[illegible]

# খম্নুঙ থোঙ্ঙাক্ অরোন্পানে

(লাঙ্গোল অশি থোঙ্ঙাক লাই)

শিন্দোকপা অমসুং হন্দোকপা

চনম হেমচন্দ্র

[illegible]

[illegible]

# খম্নুঙ্ থোঙ্ঙাক অরোন্পানে

( লাঙ্গোল অশি থোঙ্ঙাক লাই )

[illegible]
[illegible]

# খম্‌নুঙ্‌ থোঙ্‌ঙাক অরোন্‌পানে

## ( লাঙ্গোল অশি থোঙ্‌ঙাক লাই )

*অরিবা মৈতৈ ময়েক অমসুং*
*মৈতৈ লোন্দগী অনৌবা লোন্দা ইথোকচবা*

**চনম হেমচন্দ্র**

২০০৭
উরিপোক, নাউরেমথোং, ইম্ফাল।

# KHAMNUNG THONGNGAK ARONPANE

(Dealing with the story of dead souls and the Goddess of the dead)



*Edited & Published by* : **Chanam Hemchandra**
Uripok Naoremthong,
Takhellambam Leikai, Imphal.

*Year of Publication* : 2007

*Number of Copies* : 1000

*Price* : Rs 85/-

*Paper donated by* : Dr. Rajendro
Oinam Huidrom

*Type setting* : **Eigya Computer Printing Centre**
Naoremthong Bazar, Imphal

*Printed at* : **But Printers**
Kanglapark, Imphal

Prof Ch Manihar Singh

KEISHAMPAT AHEIBAM LEIRAK
MPHAL 795001 MANIPUR
Phone 22 HO[illegible]

[illegible] ৩, ২০০৭

# ৱামাঙ্

অরিবা মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্বা লাইরিকশিং লেপ্পা লৈতনা সম্পাদন তৌদুনা ইবা অমসুং ছাপা তৌদুনা পুথোরক্লিবা চনম হেমচন্দ্রগী অনৌবা খূদোল ''খমনুঙ্ থোঙ্ঙাক অরোন্পানে'' পারুবদা য়াম্না নুংঙাইনা থোকই। লাইরিক অসি শরূক অনী থোকই: অহানবগীনা তাইবং মীশিংনা (অঙাঙ অমসুং অহল অনীমক) শিরগা মাগী মাগী থৱায়না অশিবগী লম থোঙঙাক লাইরেম্বীগী মফমদা লাকপগী মরীক চুম্বা ৱারীনি। পাবদা য়াম্না পূক্লীং নুংশিনিঙাইনি অমসুং ৱাখলসু খলহল্লি। তাইবং মীনা শিববু থারি: ''খমনুঙ কোককোই লৌৱোলপী। নুরা পাউথেম হইবীনা পললেম মমা সাতানা।। পলথৌ মাপা সাতুনা।। আঙাঙ নাওৱা সাংকি থাওৱাইপু।। খুৎতা হইরাঙ নিঙথিবা পাইতুনা থেম্না থেম্না পুথোকখিয়ে...।।'' হৌজিকসু লাঙোল থোঙঙাক লাইরেম্বীগী মশাইগোন্দা লৈবাক্কী চক্ফু অচৌবা অমদা ঈশিং হাপ্তুনা লমশাং লাক্লবা অশিবশিংগী থক্লনবা থন্রি হায়নৈ, ঈ তৈবা উরবদি অঙাঙ মরাই তাগনি। মদু লাইরিক অসিদা থারি: ''থরুঙ মপালতা লাইচা য়ীসিং লইরিক পকপাবু।। নাওৱা মরৈনা লেকচাপাতা খারুঙনাতী কললপানা নাওৱা অনৌবা খায়াৎ চীল লৈকি খারুঙ মাপালতা তাইবং য়ীখেঙ মাতেইয়ে।।''

অনীশুবা শরূক্তা তাইবং মপুনা মীওইববু শেন্নগা নাব, শিবগী শরূক্তি তম্নমদ্রে। অদুনা ''কোরৌ নোংথৌতা পাল্লিপা।। লিলতাওরেল।। লোইতাম থাচা পাখংপাতা।। য়াহিপপা অসিপানা।। মানাও য়ীপুঙু কোনচীল তুথোকপা।। পাখংপাতা কৌতনা ৱাহমখিয়ে।। য়ীসানৌ য়ীপুঙু কোংলৌতোল লৌথিপা নাহাক।। অইহাক তাকি।। তাইপঙ চারা মিরেপ সমথাশীরকপা অসিপু।। য়ীচীল য়ীনাওনা।। নাপা সিপা খমনুঙ তেপা সাৱা তোমপা অসিপু।। আমুক নোংতমপী-বরমতাবাপাতী।। তাইপঙপান অসিতী।। লইমানাসু খাঙঙামলরোইয়ে।। নামু মিযাম সিংপু খুরক চলনারাকানি।।''

অসুম্না তাইবং মী মরক্তা কোযনা চৎলগা মবানিনা চেঙপাক খুৎলৌ মাপা অমসুং সাবিক লাইনৌতাপী ওল্লগা থেমদুনা হায়বীরে মদুদি নাব' অমসুং শিবা হায়বসি যাম্না নুংঙাইবনি অমসুং মখোয়না চাগে, থক্কে হায়বমখৈ মনীংথুংনা ফংগনি হায়বীরবদা, তাইবং মীশিং থাজদুনা নাপা থেমএ অমসুং মমৈদা শিপ্ত্রে। অসুম তৌনা হযিচক্তা শিবমদবদু খুনুংচক, লাংপাচক, কোলনাচাকতদি শিনরক্রে।

য়াম্না নোক্নীংবা ৱারীনি। অসিগুম্বসি করিগুম্বা লাইনীং অমত্তগী লাইরিকশিংদা নৎত্রগা করিগুম্বা মী কাঙলুপ অমত্তগী খুনুং পুৱারীদা থেংনদ্রি। ঐনা পাবা ৱাৎপনবা?

অনীমক্কী লোন, অরিবা নত্তে, বানানগী মতাংদা 'দ'গী মহুত্তা 'ত' অমসং 'ব' গী মহুতা 'প' শীজিন্নবদি থেংনৈ। ৱাহৈ অরুবা খরা য়াওরবদুসু সম্পাদক্না য়াম্না চুননা হন্দুনা পীরি, অদুনা পাবদা থোইনা লুনা থোক্ত্রে।

লাইরিক অসিদা খম্নুংকোন্দা লৈবা বৈতরনি মানবা তুরেল, শিরগা মৈ থাবা, পাপ চেনবা, চেন্দবশিংগী ৱায়েল অমসুং অকোনবদা ব্রজ বৃন্দাবন মানবা 'হযী' শান্নফম, ''লাইয়ীংথৌনা।। লাই নুরাসিংকা লোইনানা।। নাকল নাকল লেপতনা সিংঙেল লৈরাং চাইনৌযে'' অমসুং ''মতম লাইরেনবি নিপালকা।। লোইনানা সালনারি।।'' হায়বসিনা গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম মণিপুরদা চঙলবা তুংদা ইবনি হায়বা উৎলি।

সম্পাদক্না মণিপুরীদা হন্দোকপা অমসুং অরোইবদা পীরিবা 'শন্দোকপা ৱারোল' অনীসিনা লাইরিক অসি মতম চঙনা ইথোকপনি হায়বদা নৈননিংঙাই লৈতে।

# ৱাহয় খরদং

হয়া হে তাইবঙ পানবগী মপুও। চঙজরি নহাক্কী খুয়াখাদা পাংদ্রবনা। পুয়া খুৎয়ী লাইরিকসিবু তু ংগী মীওইবশিংগীদমক ইবীদুনা থম্বীবম্বা মমিংফাও পনবীবমদ্রবা ইবুধৌশিংগী খুয়ালেলদা খুরুমজৈ। লমদমসিদা লাইবিকসিবু মাঙদনবা তাবুনুংদা মতম শাংনা লিদুনা থম্বীরক্লিবশিংবু মতম পৃম্বদা ইকাই খুম্নবা উচ্ছরি।

খমনুঙ থোঙ্ঙাক অরোন্পা কৌবা খুৎই পুয়া লাইরিকনা পীরিবদি : তাইবঙ মীওইবনা পোক্লবদি শিগদবনি হায়বা তাকপী তম্বীবা তাইবঙশেম্বা মপুগী পবিং চৎলমশিং অমদি তাইবঙ পানবা মীওইবগী থৱায় য়াইবীবেলনা শেম্বী শাবীরকপা, মপুগী মফমদা মনাক য়ৌনা চৎপদা অশিবা থৱায়না থেংনবশিংগী অৱা নুংঙাইবা পৃম্বা য়েক্তুনা শৈথানা ইবা, থৱায় য়াইবী ওইবা শক্তম্না লাইরৈপাক্তা ওইরিবা মওংশিং তাক্তুনা, হৌরকলোলগা লোয়ননা মীওইবদা খঙহল্লি। পৃক্লীংদা অৱা নুংঙাই ফাওহনবদা মপুঙ ওইনা অশিবগী লাই থোঙঙাক নিংথৌ অমসুং থোঙঙাক লাইরেম্মগী মরমদা তাক্তুনা ইরি।

খুৎই লাইরিক পুয়াসি ৱাংখেম চাওবীমচা পণ্ডিত য়াইমা সনাকোনুংনা শীজিন্নরম্বনি হায়দুনা মহাক্কী মচা ইবুংঙো ওঝা ৱাংখেম বিধু সিংহ ময়াংলাংজিংদা লৈবনা পীবিরকপদগী শিন্দোক হন্দোকচদুনা পুথোকচখিবনি, লাইরিক পীবিবকপা ওঝাবু খুরুমজৈ। লাইরিক অসিদা মমল য়াম্নবা ৱাহে কয়া অইবা ওইনা পীবিরকপা ইকাইখুম্নজরবা ওঝা প্রো. শ্রীচোংথাম মণিহার সিংহবু খুরুমজৈ। লাইরিকসি ঙম্বা মখৈ অশোই অঙাম য়াওদনবা হোৎনজখিবনি। পাংদ্রবা ওইবনা পাবীরিবশিংনা অরান অহুই থেংনবীদুনা তাকপীরক্লবদি মথংদা চুমথোকচগনি। তেংবাংবীরিবা ওঝা থোকচোম থোইবা সিংহ, শামুশং উকুদা লৈবগী মফমদা ইকাই খুম্নজরি। লাইরিকসিদা মতেং পাংবীরকপা ডা. রাজেন সিংহ, য়ুম্নাম হুইদ্রোমদা লৈবগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উচ্ছরি।

চনম হেমচন্দ্র
উরিপোক নাওরেমথোং

# ঙাইরম্মু

হে ইবুংঙো তাবি-ও
নুংশি হৈনা নতুং ইঞ্জগে।
মীৎকুপ খূদিং নঙগা লোয়নজগে
নঙগী থৌজাল ঈরিক য়াওদনা
করম তাইবঙ পাল্লু হায়বনো ।
তুরেল ব্রাইখুবী ইচানা লেপ্লে মথা ফাকপগুম
করম খাইগুম খাইনসি হায়বনো
খুবাক খূৎকা লাইখন-সা
খুনিং খোঙকা মোইতোল কাং
মায়কৈ সলাই খঙদ্রবা ননাইনা
মীৎস্না থোইনা মীৎয়েং তাংজুম্নবা
চীনবান মোইকাই তঙাং মোমোম্নবা
চেংলৌ শকপান থোইনা হেনবা
য়েংবিরম্মু অমুক্তা চেংলৌ মীৎথিৎনা।
লাংলেন ব্রাপুম খায়বগুম খায়
লৈরাই খোইরি তৎকুম তৎ
নিংথম ফৈজুপ খাইগুম খাই
চৈরৈ মরাক থৎকুম থৎপীরববা ?
য়াইথোং তংকানুবী মহৈ থাং
খমুং সিতাম্নবী পাউথেম-হৈ
হেনবা লৌশঙ খাদা পানবা-হৈ
পীরেল হৈদি খমুং-হৈ
পম্মৌ ইপা পানিল-হৈ
পল্লেম ইমা পীনিল-হৈ
হৈরাং হৈনা চীন্দা তংদ্রিঙৈ
ব্রাংদেমখোম্বী শিংজু চাদ্রিঙৈ
নহাক্না পীরকপা চৈনা খাংজরি
খমুং থোঙঙাক অশিথেলদা
নরা অঙাং চীংখুথেলদা
ননাইবু যোনবা লৈতনা ঙাইবিরম্মু।।

হেমচন্দ্র

# য়াওফম তাকপা

[illegible]

[illegible]

# খম্নুঙ্ থোঙ্ঙাক অরোন্পানে

( লাঙ্গোল্ অশি থোঙ্ঙাক লাই )

ঔ হায়ী হা য়াহে খোইয়ুম সিতাপাপু।। য়ীখুৎ ১০মা লোল্না।। খুরুমনা য়ীচালাক্কে।। খম্নুঙ্ থোঙ্ঙাক্রেল্পু[১]।। য়ীচালাক্কে।। তাইপঙ্পাল্পাকি মাপু।। আতীংয়া[২] য়ীয়ু সীতাপানা।। তাইপঙ্ মীপু সেম্পাতী।। ব্রানা সেময়ে।। লাইচা য়ীসিঙ্কি চাংতোল্থাক্তা।। য়ীয়ুনা লেপলাকা।। লাইচা য়ীরোলনুংতা।। য়ীয়ুকি মামি লৈরিপা।। আতু য়েংতুনা।। মাখোঙ্ মিতম্ লওতুনা।। ব্রানা সেমখৎলাক্য়ে।। তাইপঙ মিতো য়ীয়ুনা।। পীপা-পুনসিতী।। চাহি চামা নিপাল্ পীয়ে।। আসুম পীপা পুনসিপু।। লাংফম্নাতী। য়াম্পানা।। চাহি পুনসি লম্তাং।। য়ৌতানা মানা মানা তৌচাপা মাতুং য়ীল্না লাংফম্ তা কারে।। নুমিৎনাতী মই অোইরে।। কানানাতী খঙ্অোইয়ে।। চাহিনাতী য়ীসিঙ্ অোই থানাতী থাও অোইরে।। খাং আতুপু থাংকৎলে।। মিকি পুন্সি কক্সিল্লে।। সিংলি চামামাক্পু পুন্সিল্লাকলে।। মিহুল্ চামা মাক্সুংপু লোইনা ফুক্তুনা কাখৎলাক্লে ব্রাপা ফৈরেল্

---

ঔ হায়ী হায়া কৌরিবা অনী শুদবা, হে ইপা ইমাগী মশক ওইরিবা তেংপানবগী মপু খোইয়ুম লাইদি শিদবা নহাকপু ইখুৎ খুৎবাম চাংজৌ ১০মকপু লোয়নজদুনা নহাকপু খুকমজনা ইজরক্কে। খমনুঙ থোঙ্ঙারেল কৌববু মথংশিংনা ইজবক্কে। তাইবঙপানবগী মপু ওইবিরিবা অতিংয়া ইপু সিদবনা তাইবঙ মীওইববু শেমখিবদি ব্রানা শেমখিয়ে। লাইজা ঈশিং তরং ঈপাক্কী চাংদোল থক্তা ইয়ু ইপুখৌনা লেপ্লবগা, লাইজা ঈশিং তবং ঈরোলনুংদা ইয়ু সিদবগী মমি লৈরিবা অদু যেংদুনা মহাক্কী শক্তম মিতম লৌদুনা ব্রানা শেমগৎলকয়ে। তাইবঙ মীদো ইয়ু ইবুধৌ শিদবনা পীবা পুন্সিদি চহী চাম্মা নিপাল পুন্সি পীয়ে। অসুম পীখিবা পুন্সিদুগী মনুংদা লাংফম ওইবা য়ৈখাই থিনগাই পুন্সি লানফমদি য়াম্বনা অপীবা পুন্সিগী লমদাং চহী য়ৌঙমদনা মশা মশানা তৌজবা মতুং ইন্দুনা পুন্সি লাংফমদা কাথেকলে। থোকলিবা নুমিৎনদি মৈজাও মৈরী ওইরে। তাইবঙ কনাদি খঙঙম্লরোইয়ে।। চহীনদি ঈশিং ওই। থোকলিবা থাগী খোঙচৎনা থাউগী মতৌ ওইরে। তাইবঙ পুন্সিবু খঙঙমদ্রবা খাং অদুদা থাঙ্গৎলে। মীওইপোক্কী পুন্সি ককশিন্দুনা ভৌদুনা শিংথানা মশীং থিরিয়ে, শিংলি চাম্মামকপু পুরিবা সামু হকচাংসু পামেল উকুগুমলক্লে পুম্নমক তাশিন পুনশিল্লক্লে। হল্লিবা মিহুন চাম্মামকসু লোইনা ফুক্তুনা কাথৎলক্লবা মতম ওই, অন্না-হকশোং হইরোং হাকনা থাঙনা ব্রাবনা ফৈরেল

লাওপা ফম্মাং চীঙ্ং খুনুমংম্না তাম্না লুরুকতা।। থাব্রাই ৫ মাক্পু কাকে।। হাইসললাকলে।। ম্না লিকলু তৎতুনা লিকলাং চোইনা তাখাবে।। লইমাবেল্পুতী খুস্কুমলে। যীম্নুতী চৎকে হাইনা।। য়েংসিল্লাক্লে।। য়ীম্নুনা লেঙ্খারাপাতা।। মিআহপাকি থাব্রাইপ্।। খমনুঙ সাবা তাম্পাত্তী।। কান্মনা তাম্পানো।। হায়না কাবি আমল খম্লই কুম্পাভী। 'মাচঙ্ থোঙ্পু থিঙ্হৌবে।। অসি থোঙপু হাংখবে। তাইপঙ পাল্পাকি থাব্রাইনা লাকপাত্তী।। মাতৌ কাবমনা লাক্পানে'। হাইপাত্তা।। খমনুঙ্ কোককোই লৌরোল্বী। নুবা পাওথেম হৈবীনা পন্সেম্ মামা সাতানা। পল্থৌ মাপা সাভুনা। আঙাঙ নাওব্রা নাংকি থাওব্রাইপ্।। খুৎতা হইরাঙ নিঙথিপা শাইভুনা। থেমনা থেম্ন পুথোকখিয়ে।। পাখঙ্ লাংচেং তোইবাপাকা।। তান্লোই নামুংবী শানা কৌথোকখিয়ে। পাখঙ্ লেংকা চাওপা ফৈবা তালকা ফাপা। তোইবাপাকা।। চান্নাপা মারুপ শাভুনা।। হইবাঙ নিংথি

---

শাউবা ফমমা চীংখুনু মিংম্না ⁻মনা লুককথাক্রা থব্রায় মঙামকপু অহাংবদা কাগে হায়শন্নক্রে। থব্রায় ম্না লিকলু তৎতুনা লিক্লাং চোইনা তাথবে। লাইরেমমা ইমা লৈমারেলবাদ খুমকুমলে। যাইবিবেল থব্রায় মহাক্তি চৎকে হায়না ঙেংশিন্নক্রে। যাইহীবেল থবায় ঈয়ু মহাক্রা সামু হকচাং থাদোকপ্রবদা মীওইবগী থব্রায়বু যাইবী থব্রায় য়াওব্রবা খমনুঙ সব্রা তানবা খব্রায়না হকচাংবু খমনা পাদোক্রবা শিবদি কবম্না শিববনো হায়না করি তৌনঙৈগী অমল খমলে কুমবনো, ঙকচানরিঙৈ অচঙ থোঙপু থিঙহৌরে. অশি থোঙব হাংখবে. তাইহঙপানবগী থব্রায়না অশিলমদা লাকপদি, মতৌ কবম্না লাকপনো হায়রবদি খমনুঙ কোককোই লৌওনবী লাইরেম্বী নুরা পাউথেম হৈবীনা পল্লেম ইমা শাদুনা পল্থৌ ইপা শাদুনা, অঙাং-নাওব্রা হকচাংগী যাইবী থব্রায়বু খুৎতা ফৈবাং নীংথিজবা খুৎপায়নদুনা নুংশি থোইনা থেম্না পুথোকখিয়ে। পাখঙ লাংচেল মথোং কাখৎলকপা ওইরগনা তাম্লোই নুপী শামাম্নবী পান্দম ওইনা শাইওন্দুনা মাঙদা লেপ্লা কৌথোকখিয়ে। পাখং লেংগা মপুঙ ফারবা ফৈম্না তানবা লৈবাই থোংথোংগুম মশা-মঙ ফবশিং ওইরগনা লমলোই চাম্নবা মরুপলোই শারদুনা মাঙদা লেপ হৈবোং

পা লৈরাং ফাচাপা পাইতুনা সামু লেংফাঙ্নানা।। মাতাও অোইনা।। থেম্না থেম্না থোকখিয়ে।। হানু হলথি অোইপাকিনা তাল্লোই লাইরেম্বি অোইতুনা পুখিয়ে।। হানু মাল্লৈ কাবিসুঙ। মাপুরোই নৎতা।। মাপুরোই সানাপু থোক্খিয়ে।।✩।।✩ খম্নুঙ্ কোক্কোই লৌঅোন্বী[৫]।। নুরা পাওথেম্ হৈবিনা পাইরিপা হইরাঙ্ আতুপু।। চারাপাতা তাইপঙ্ পাল্পাকি।। লম্তাং হল্পা।। য়ারারোইতাপানে।। হইরাঙ্ লৈরাং আতুসুং চীল্লাপাকা।। তাইপঙ্ অোইপাতী য়াতালে।। হইরাঙ্ চাহল্কে।। লৈরাং আতুপু চীল্হল্কে।। থৌরিবি খম্নুঙ্ কোক্কোই লৌঅোন্বিনা[৫]।। হইরাঙ আতু চাহল্লে।। হইচারুপাকি।। লৈচীল্লুরাপাকি।। থাব্রাই মাহাক্না।। তাইপঙ্ পাল্কি লম্তাঙ্ হল্লাক্পা য়াতাপানা।। খম্নুঙ্ সাব্রা তাল্পা।। আমল্ সিঙকুমখিপানা।। আসুম্না।। নুবা পাওথেম্ হইবিনা।। তাইবঙ্ মিঅোইপাকি।। থাব্রাই ৫ মাক্।। মিকা

---

নীংথিবা লৈবাং ফজবা খৃৎতা পাযদুনা সামু হকচাং পক্লা লেংঙা লেংগোন্না মরুপ ইতাও ওইনবু থেম্ন থেম্নদুনা থোকখি চৎখিয়ে। হনু মতম ওইববা চহী লমদাং যান্নবশিংগীনা তাল্লোই নুপী য়ৃন্থুরেনবী শক্তম মতৌ ওইনা থেমনা ব্রাহায়না পুথোকখিয়ে। হানু মালৈ কারবী অহল মতম ওইববীশিংগীসু মপুরোইবদি নৎতা মপুরোই ওইনা শক্তম মতৌ ওইনা লৌদুনা থেমথোকখিয়ে।

খম্নুং কোককোই লৌওনবী নুরা পাউথেম থোইনা হৈবীনা পায়রিবা হৈরাং অথোইবা অদুবু চারবদা তাইবঙপানবা মীওইবগী মপোক ওইনা অমুক হনবা য়ারোইদবনে। হৈরাং লৈরাংশিং অদুবু চানা চীল্লবগা তাইবঙ মীওইবা ওইবদি য়াররোই। হৈরাং চাহনগে, লৈরাং অদুবু চীলহনগে হায়দুনা থৌদোংলিবী খম্নুং কোককোই লৌওনবীনা হৈরাং অদুবু থেম্না চাহল্লে। হৈরাং হৈ চারবগী লৈরাং লৈচিল্লুরবগী থব্রায় মহাক্না তাইবঙপালগী লমদাঙ অদু হল্লকপা য়াদবনা খম্নুং শাব্রা তানবা অমল শিঙকুমখিবা তাইবঙ পানবা থাদোক্তুনা শিখিবা অসুম্না নুরা নুপীশিংবু পাউথেম হৈবীনা তাইবঙ মীওইবগী, থব্রায় য়াইবী মঙামক মিগা

থানা ৬ মাক্পু।। থাব্রাই থেম্না থেম্না পুখিয়ে।। খম্নুঙ্ কোক্কোই লৌব্রোল্বি৫।। নুরা পাওথেম্ হইবিনা।। থাব্রাই নম্পা মাফমতী।। লালাম্ পুঙকি৬ মাতোলতা। আসি খোইরি।। কইথেল্ কারিপা আতুতা।। ব্রালতেং খোইবি৭ সিংচু চামিনারাকা।। খম্নুঙ্ কোক্কোই লৌব্রোলবি।। নুরা পাওথেম্ হইপীনা।। ব্রারম্ ১ হাইরাক্য়ে।। অইকি য়ীতুঙ য়ীল্লাকুনো।। তাল্নু নংতে থংলেন্ নংতে।। নাতা চাল্নাবি নংতে। নাতাও চাল্নাপা নংতে।। নঙখোইতী আমল্ সিঙকুম লাক্লাপানে।। তাইপঙ্ লম্তাং হলপা য়ারালোইয়ে।। আঙাঙ্ নাওব্রাসিং য়ীতুং য়ীল্লাকাকুনো।। নগল্ পল্থৌ নংতে।। পল্লেম্ নামা নংতে।। অইতী খম্নুঙ্ কোক্কোই লৌব্রোন্বি।। নুবাপাওথেম্ হইপীনে।। নামানাপা লইপা লমতম থিচারুঅো।। হাইরাক্লে।। আঙাঙ্ নাওব্রা অোইপানা।। ব্রারাম আতু তাপাতা।। পল্লেম্ মাল্বি য়ীমা

---

থানা তরুকম্নপু, থব্রায় মহাকপু থেম্না থেম্না পুখিয়ে। খমনুং কোক্কোই লৌওনবী নুবা খোইনা হেম্না পাউথেম হৈবীনা থব্রায় মাবু ফাবা মফমদি লালামপুঙ্গী মতোলদা অশিবশিংগী খোইরি কৈথেল কাবিবা অদুদা ব্রালতেং খোইবী শিংজুবু চামিন্নববগা, খমনুঙ কোক্কোই লৌওনবী নুবা পাউথেম হৈবীন। ব্রাবম অমা হায়রকয়ে— 'হৌজিক্তি ঐগী ইতুং ইল্লক্লগনো নঙগী চান্নবী, খোইনৌ নমান্নবী নংতে নথংলেন চান্নবসু নংতে। খোইনৌ নতা চান্নবীসু নংতে। লমলোই মরুপ নতাও চান্নবসু নংতে। নখোয় পূম্নদি অমল সিঙকূম্নক্লবা অশি লম্বীদা লাক্লবনে, তাইবঙ পালদা অমুক খোঙদানা হনবা য়াররোইয়ে। অঙাং নাওব্রাশিং-ও, অমুক ইতুং ইন্দুনা লাক্লগনো, নপল পন্থৌ অপোকপসু নংতে, পল্লেম নমা অপোকপীসু নংতে, ঐদি খমনুঙ কোক্কোই লৌওনবী, নুরা পাউথেম হৈবীনে, নমা অপোকপী নপা অপোকপনা লৈবা লমদমবু থীজরু-ও। হায়নবু হায়রক্লে। অঙাং নাওব্রা ওইবশিংনা ব্রারম মপাউ অদুশিংবু তারক্লবদা। পল্লেম ইমা মানবী

অো।। য়ীমানা লইপা মাইকৈ।। য়ীপানা লইপা লম্‌তাঙ্‌পু।। খারা তাকপীরম্‌অো।। য়াংলও লামাতাঙ্ সাঙ্‌না লাক্‌লাপাকি। লাইচা য়ীসিঙ্[৮] য়ীখওলাংপানে।। পল্‌লেম্ পীমাবি য়ীমাকি খোম্‌লাংবু লামপানে।। আৱা হকচোথাখারে খোমলাং খারা থক্‌কে তাক্‌পীঅো।। হাইচাপাপু।। নুরা পাওথেম্ হইবিনা পাওখুম্‌লক্‌য়ে।। আঙাঙ্অো।। তাইপঙ্ লমতাঙ্‌তী মুৎহওরে।। নঙ্‌পু পোক্‌বি পোমাবা পল্‌লেম্ পল্‌থৌকি লম্‌তাঙ্‌পু।। তাক্‌পীপা চারারোইয়ে হাইরম্‌লোকা।। নুরা পাওথেম্ হইবিতী।। নাওৱা মামাঙ্ লেপ্‌মতম্‌সক।। লাক্‌ঙম্‌তানা মাঙ্‌খিরে।।☼।। আতুকি মাতুঙ্‌তা।। নাওৱা মাথিক্ নৌনা।। আমল্ সিঙ্‌কুম্[৯] তম্‌লাক্‌পসিংতা।। পল্‌লেম্ য়ীমাবু য়াওপারা।। পল্‌থৌ য়ীপাপু লাক্‌পারা হাইনা।। কোইনা কোইনা য়েংচাপাতী।। পল্‌লেম্‌কি সক্‌পু ক্রুতা।। পল্‌থৌ মাপা ক্রুতারাপাতা।। আঙাং নাউৱা অোইপসিং

---

ইমা-ও। অপোকপী ইমানা লৈবা মায়কৈ লম, অপোকপা ইপানা লৈবা লমদমবু মায়কৈ কদোমদনো খরা তাকপীরম-ও। য়াংলৌ লম্বী লমশাং শাংনা লাকপনা, লাইজা ঈশিংনা অরাম খৌরাংবনে,পল্লেম ইমা অপোকপীগী খোমলাংনবু লাম্বনে, অৱা হকনা হকচাং চোকথরে খোমলাং খরদং ওইরবসু থকখিগে তাকপীও। হায়না হায়জববু নুরা পাউথেম হৈবীনা অমুক হম্না পাউখুম পীরক্রে। অঙাং নৱা ওইবা-ও, তাইবঙপানগী লম্বী লমদাংদি মৃৎহৌরে হনঙন্নরোই, নঙবু পোকপী নমা-নপা, পল্লেম-পন্থৌগী লমলেন লমদম অদুবু তাকপীবা ঙন্নরোইয়ে হায়রম্নগা নুরা পাউথেম হৈনীদি, নাওৱা মমাঙমক্তেদা উনা উনা শক্তম মশক খঙদনা মাঙখিয়ে।

অদুগীদি মতুংদা নাওৱা ওইবশিংনা পূক্লীং নুংশি মথৈ লৈতনা, অমম-শিঙকুম তন্নকপশিংগী থৱায়না অশিবা ওইনা চৎলিবশিংগী মনুংদা অপোকপী ইমাবু য়াওবরা অপোকপা ইপাপু লাকপরা হায়না কোইনা কোইনা থিদুনা য়েংজবদি অপোকপী মমাগী শকপু উবা ফংদ অপোকপা মপাগী মশকপুসু উবা ফংদরবদা অঙাং নাওৱা

না।। আহল্ অোইপসিংতা।। হন্‌না ২ হাইচারক্‌য়ে।। পল্‌লেম্ মাল্‌বিঅো।। পল্‌থৌ মাল্‌পাসিংঅো।। নাখোইনা নাপারি মাল্‌পা।। নামোম্ মাল্‌বি য়ীখোইপু। পল্‌লেম্ য়ীমানা লইপা লম্‌তাঙ্‌পু।। খারা পুসিল্‌বিঅো।। নাওব্রা[10] য়ীখোইপু ম্না লাংচেল্ ব্রাইচাকে।। হইনা তুংয়ীলচাকে।। খারা পুবিয়ো হাইচারাকয়ে।। পল্‌লেম্ পোক্‌মাবি যীমানা লইপা লম্‌তাঙ্‌পু।। খারা তাক্‌পীরম্অো।। য়ীমাকি ফইরা তম্‌তা কোল্‌তে য়াতাচারাকা খোম্‌লাং মাইয়োক্।। পীপুক্ থল্‌না থক্‌চাকে।। হাইনা নাওব্রা অোইপাসিংনা।। হেক্‌ঙাই মাপাওচাওনা মিৎম্রা থম্‌পাল ২মাতা তারংকি লাইচা লিক্‌লু মাতুম তৎনা মালেম্ লইতা তানা য়ীরাচেল্।। হিক্‌না হিক্‌না কপ্‌না ২ হাইচা লাওচাপাতা।। আমল্‌সিকুম্‌লাপা।। আহল্ অোইপাসিংনা।। নাওব্রাঅোইপাসিংপু।। মাতৌ নুংঅোল্ মিকপ্ হিক্ হাইখোলপু।। হুললাল্ ঙাতারাপাকি।। মাচা মা

---

ওইরিবশিংনা, অশি লম্বীদা চৎলিবা অহল ওইরবশিংগী মফমদা হম্না হম্না হায়জরকয়ে। পল্লেম ইমা অপোকপী মানবী-ও। পস্থৌ ইপা অপোকপা মানবশিং-ও। নখোয়গী অপোকপা নচানিপা মানবা, অপোকপা নচানুপী মানবী ঐখোয়বু অপোকপী পল্লেম ইমানা লৈবা লমদম মফমদবু অমুকতা খরা পুশিনবিরম-ও। নাওব্রা ওইবা ঐখোয়দি ফিজি ফিনা নখুৎ নশা পায়জদুনা হৈনা নতুং খরা ইনজগেনে। খরা পুবিয়ো হায়না হায়জরকয়ে। অপোকপী পল্লেম ইমানা লৈবা মায়কৈ লমদমবু খরা অমুক্তা তাকপীরম-ও। ইমা অপোকপীগী ফৈরা মতমবাক্তা তুম্না লৈজরগা অমুক্তা ইমাগী খোমলাং পায়জনা ইপুক থম্না খোমলাং অদো থকচগেনে হায়না নাওব্রা ওইবশিংনা হিক্লা হিক্লা কপ, মমিৎ মিৎম্রা থম্বাল মানবা অনীমক্তা পীরেল ঈরা লাইজা হৌ পীরাংনা লাইজা লিকলুশুম মতুম-মতুম মালেম সৈবাক্তা তানা ঈরা চেম্না,চেম্না হিক্লা-হিক্লা কপ্না কপ্না হায়জবা-লাউজবদা, অশি লম্বীদা চৎলিবা অহল মতম ওইরবশিংনা নাওব্রা ওইবা অঙাংশিংবু মতৌ নুংশি থোইবা মীকপ হিক হিক খোলবু তাদুনা লৈথোকপা ঙমদরবগী। মচাদা

তম্ মিক্প্ নুংস্রোন্ খোল্পু পীপুক্ নুংতা।। খল্থেংলুরাপাকি।। নাওব্রা সক্থোং য়েংনা হাইপীয়ে।। আঙাঙ্ নাওব্রা ওইপসিংঅো।। পল্লেম্ নামানা লইপা লমতাঙ।। পল্থৌ নাপানা লইপা লম্তাঙ্গী।। খঙ্পা ঙম্লারোইয়ে।। নাওব্রা নঙখোইবু পুপীকে।। য়ীতুং য়ীল্লকঅো।। নাপল্ পল্লেম্কি।। লাইচা খোম্লাং য়ী নঙথাপা।। নাওব্রা লাইচাখোম্লাং পীপু থল্পাতুপু।। কাওঙাম্তানা ফঙলারোইয়ে।। পারি চেংলৌ মাল্পাসিংঅো।। লাক্সিক্অো ২।। য়াতাপাকি অহল্ ওইপানে। নুরা মাইকোই হেল্বী।। পাখঙ্ লেংকা চাওপাসিংনা আমল্সিঙ্কুম্পা।। আয়ামপাসিংনা খমূনুঙ্ পাওথেম্বিনা।। আযাম্পা থোক্লামলাপাতা।। তাইপপ্পাল্পাকি থাব্রাইনা।। হলচীনফম খঙ্তাপানা।। খুৎতাং পীফম তইনা।। তাংচা মারুলুক্না।। তারং লাইচা য়ীবাচেলনা।। য়াংলৌ লমতাঙ্ খঙ্তাপানা।। আব্রা লৈখৈ

---

মচা মতৌগুম্না নুংশি মতৌ ওইবা মীকপ খোলবু তাবদা পীবুক নুংদগী পোকচবা মচাবু নীংশিংলুরবগী নুংশি থোইনা অঙাং নাওব্রা শকপানথোং যেংলদুনা হাযবিরকয়ে।অঙাং নাওব্রা ওইরিবশিং-ও। নখোয়বু পোকপী পল্লেম নমানা লৈবা লমদম, অপোকপা নপা পন্থৌনা লৈবা লমদমদি হৌজিক্তি খঙবা ঙন্নরোইয়ে। নাওব্রা অঙাং নখোয়বু পুবিরগে। ইতুং ইল্লক্লো। অপোকপী নমা ওইবগী লাইজা খোমলাং ঈ নঙথরকপবু অঙাং নাওব্রা ওইবনা লান্নক্লবা মতমদা খোমলাং পীবুক থন্না থকচবা অদুবু কাউঙমদনা লৈবদু হৌজিক্তি থকপা ফংলরোইয়ে, পারী ইচা চেংলৌ মশক্কা শকমানবশিং-ও। লাক্লো লাক্লো চৎলশি, ঐখোয়দি চহী লমদাঙ য়ামখিবনা য়াদবগী অহল ওইবনে নুরা শককোই হেনবী, পাখং লেংগা চাওরকপশিং-ও, হৌজিক্তি অশিবা লমদম অমল শিঙকুম্বা অয়াম্বশিংনা খমনুঙ পাউথেমবীনা পাউথেমনদুনা অয়াম্বনা থোক্লক্লবদা। তাইবঙ মীওইপোক্পী থব্রায়না হনজিনফম মফম খঙদবনা খুৎতা মিৎলু পিরাং পীফম তৈনা তাংজা মরু লুক্লা মিৎলু পীরাং তরং লাইজা ঈরা চেন্না য়াংদৌ লমদাঙ লন্বী খঙদবনা অব্রা মথৈ।

তাল্না।। মাল্লেম্ লইমাই থাক্তা।। অোন্না থোইনা মীকপলে।। খুপাক্ লাইখল্সানা।। তাইপঙ্ লম্তাঙ্ ক্রুতারে।। আসুম্ তাইপঙ্পাল্পু।। থাথোক্নিঙ্ঙাতাপাকিপু।। মিৎন্না থম্পা ২ তা।। তারঙ্ মীরা হও চীঙ্চুম্ মীফুৎ মীচেল্থাপাকুম্ মিৎকপ্লম্য়ে।।০।। আসুম্ তাইপঙ্ লম্তাঙ্ ক্রুতারাপাতা।। থাব্রাই[১১] আয়ামপাসিংতো।। খমনুঙ্ য়াঙলৌ লম্তাঙ্ সিংলাক্লে।। নোংপা মাতাইলেল্তী।। চীঙ্সা লোক্চম্ মীরম্ ৫ ফাংপাতী।। মায়াই খাইনা চেললে।। চংলে।। হাইরাকা।। তানুংনিতী তারুং লাইরেম্বিপু।। য়েলোই নাতৈনা তৈ থামহময়ে।। খারা চৎলাক্ লাপাকা।। লাংগোল[১২] নিতী।। নিংথৌ লোক্।। লাইমীংথৌপু য়েৎলোই নাতৈ থমনাময়ে।। খারা চৎলাক্পাকা।। থোঙঙাক্ লইমা লাইরেমবি।। মীরু লিপী।। অসি থেলফম[১৩]।। সিরক্লিপা থাব্রাই পোথাফম্।। মীবে

---

হায়নিংঙাই লৈতবা মখৈ অশি লমলেন লমদম লৈমায়থক্তা ওন্না থোইনা মিৎলু পীরাং শিন্দুনা মীকপলে। খুৎপাক খুৎকা লাইখল শানা তাইবঙ মীওইপোক লমদমবু মিৎয়েংজববু উবা ফংবা লৈখিদরে। অসুম তাইবঙ মীওইপোক্কী মপোকপু থাদোকনিংদবগীবু ওইবনা মিৎন্না থম্বাল মানবা মিৎলু অনীমক্তা পীরাং তরং লাইজা ঈরা হৌবনা চীংজুম ঈফুৎ ঈশিং চেন্থবগুম্না কপ্না কপ্না য়েংলময়ে।

তাইবঙ মীওইপোক্কী লমলেন লমদমবু উরকতরবদা য়াইবী থব্রায় ওইবা অয়াম্বশিং অশি লমলেন য়াঙদৌ লমদাঙ চৎনা লাকপনা। নোংপাল মতাইলেলকী চীংশাং লোকলেন লোকচাও ঈরম মঙা ফাংবদি ময়াই খাইনা লাম্থোক্না লাকলবগী তুংদুদা তনুংনিতী তরুং লাইরেম্বী মশাইকোলবু য়েৎলোই নাতৈ লাম্থোকনা তুংওইননা থনম্রে। লমদম খরা চৎনা লাক্লবগা লাঙ্গোলগীদি নিংথৌ লোক্কী মকাইফম লাইনিংথৌবু অমুক য়েৎওইননা লাম্থোক্নুনা তুংওইননা থম্নম্রে। লমদাং খরা চৎলক্লবগা থোঙঙাক লৈমা লাইরেম্বী, খরুঙ ঈশাইফু ঈশিং পুলাং য়োক্না খিনবী অশিবশিংনা থেলনা লৈফম, অশিবা থব্রায়শিংগী পোথাফম

ম্মকি মাসাইকোল্ য়ৌচারাপাতা।। চীঙবা লাইথোঙ্ হাংলারে।। ফাল্খোঙ পাইচারারে থাব্রাই আতুপু য়েংতুনা।। য়ীবেম্মা য়ীরুংলিবিনা।। খুৎলাম্ তোইনা নুংসি কোলোই পাওমেল্না হাইরকয়ে। পারি য়ীমোমখোই য়ীমানা নঙ্খোইকি তামাক্।। খারুঙ য়ীমাই চোল্না।। লাইচা য়ীসিঙ্পু[১৩] খিললিয়ে।। য়াংলৌ লম্তাঙ্ সাংনা লাক্পাকি।। য়ীখৌ লাংলিকানি।। তাঙ্চা কোরেক্পু[১৪]।। সামু নাখুৎনা পাইতানা। লাইচা য়ীসিঙ্ কল্তানা।। পীপুক্ থল্না থক্চাওো।। আরাম্ খৌরাং কোক্চাকাতানে।। আব্রা হুইসোন্ চীক্নেম্কানিয়ে।। হে পারি য়ীমোম্খোই।। য়ীযুকি লাইচা য়ীসিঙ্ থাক্চৌওো।। কারিকি য়াতাপানো।। পাবি সেৎনা ব্রা য়ীমোম্ খাইনা ব্রাকি।। থক্পানে হাইনা থক্কাতানে। খুম্মল্তাপাতা।। লাইরেম্মানা হাইরক্য়ে।। পারিওো।। য়ীমোম্ য়ীবেম্মাসিংতো অসিথক্ওো।। নঙ্খোইপু তাইপঙ লম্তাঙ্তী।। হল্পা য়া

---

তাইবঙ ইমা ইবেম্মগী লমলেন লমদম মশাইকোলবু য়ৌজরক্লবদা, চীংঙু খোইমোম লাইরেম্মগী লাইথোঙ হাংলদুনা চিঙ্ঙু লাইরেম্বী মহাক্পী ফালখোঙ খুয়ারেন পায়ররে। থব্রায় অদুবু য়েংনা ইমা লাইরেম্বী ইবেম্মা তাইবঙ থরায় য়াইবীরেলগীদমক লাইজ ঈশিং পুলাং য়োক্লা খিনবীনা খুৎলাম তোইনা নুংশি যাব্রা খোঞ্জেল খোম্থোক্না লোয়নননা হায়বিরক্লে। পারী ইমোম পুম্নমক ইমানা নখোয়গীদমক্তা পুলাং খরুঙ ঈশিং ইমাই চোলনা লাইজা ঈশিংবু থন্না হাপ্তুনা খিন্দুনা থমলিয়ে। য়াংদৌ লম্বী লমশাং লাপ্না লাকপগী লাইজা ঈশিং অরাম খৌরাংলম্নগনি। তাওজা তুম্বা কোরেক অসিবু সামু নহাক্পী নখুৎমক্লা পায়জদুনা লাইজা ঈশিংসিবু কন্দুনবু নপুক পেন্না থন্না থকচৌ-ও। অরাম খৌরাং পুম্বা লোইনা কোকচগদবনে। অব্রা হকচাং চোকথখিবশিং পুম্নমক ভোইনা কোক্কনি। হে, পারি ইমোম ওইবা পুম্নমক। তাইবঙ মপুগী লাইজা ঈশিং অসিবু থকচৌ-ও। করিগী য়াদবনো। নপারি ইচা কাইনা ব্রাদগী নমোম নচানুপী খাইনরকপা ব্রাদগী অব্রা মৈশা কোকনা কাউনবা থকপনে হায়না থক্কদবনে হায়বা মওাইরে। হায়না খুন্নক্লবদা, লাইরেম্মনা অমুক হায়রকয়ে, পারি-ও। ইমোম ওইবী ইবেম্মশিং-ও। অশি-অব্রা কোক্লবা থক-ও। নখোয় পুম্বদি তাইবঙপালগী লমদাংদদি হনখিবা।

রারোইয়ে।। পল্লেম্ নামা নৌনা নামাসানা।। পলথৌ নাপা নৌনা।। নাপা সানা।। তাওচীঙ হৈ হইরাঙ পীপাতী।। করিকি হোইয়ারাকপানো। খুৎলাম তোইনা পাওথেমপাতী কারিকি হোইয়ারাকপানো।। তাল্লোই নৎতানা তাল্লোইসা।। থংলেল্ নৎতানা থংলেল্সা।। হইরাঙ্ নিঙ্থিপা।। লৈরাং ফাচাপা পাইতানা।। পাওথেম্পাতী।। কারিকি হোইয়াপানো।। আসুম্না পল্লেম্।। পল্থৌ সাবি।। লাইরেম্মাকি মাপাও নিঙ্থিপাপু।। তাচারাপাকি।। লাইচা থক্তাপাপু য়ারোরোই।। হাইপা বুচারাপানা।। তাংচা কোরেকপু সামু খুৎনা পাইতানা।। খারুঙ য়ীচোল্ থক্কি কল্লাতানা।। লাইচা য়ীসিঙ্ থক চৈয়ে।।☼।। আঙাং নাওরা ওাইপাসিংনা।। খম্নুঙ্ সারা তাল্লাক্পা[১৫]।। আমল্সিঙ্কুম্ তম্লক্পা।। নাওরা মাখুৎ আপীসাক্না।।ক।। পল্লেম্কি খোম্লাংপু তাম্খিপা।। লাইচা য়ীখই খক্লাক্পাকি।। নাওরা সাম্মা তাম্চাপাসিংনা।। কোরেক্ অপীসাক্ য়েংনা।। পাইচা

---

অমুক য়াররোইয়ে। ঐনা নখোয়গী অপোকপী পল্লেম নমা অনৌবা অমুকসা, পন্থৌ অপোকপা নপা অনৌবা অমুক শানা তাওজিং হৈদি হৈরাংসিবু পীবদি করিগী হৈরাং অথোইববু লৌ হায়বা য়াবনো হায়, মখূৎ খূৎলাম তোইনা তোইনা হৎতুনা কৌশিন্দুনা পাউথেমবসিবু করিগী য়াবনোনে। য়ূমগী নুপী তাল্লোই নৎতনা তাল্লোই নুপী-শা, থংলেন নরা নপুরোইবা নৎতনা নথংলেন নিপা শানা হৈবাং নীংথিবা লৈরাং ফজবা পায়দুনা পাউথেমবসিবু করিগী হোয় হায়না য়াবনো। অসুম হায়না পল্লেম মমা পন্থৌ মপা শাবী ইমা ইবেম্মা লাইরেম্মগী য়ারা মপাউ অশেংবা থুমথোই নীংথিববু, তাজরবগী, লাইজা ঈশিং থকতববু য়াররোই হায়বা খঙজ-উজরবনা, তুম্বা কোরেক তাওজা মথোক থূবাম খূৎনা পায়জনা খরুঙ চক্ষু চাওথোইবা ঈশিং চোম্না লাংলিবদুদগী মথূৎমক্তা ঈশিংবু কঞ্জদুনা লাইজা ঈশিং থকচৈয়ে।।☼।।

অঙাং অপিশা নাওরা ওইবশিংনদি খমনুং শারা অশি লমলেন তাল্লকপনা। অমন শিঙকুম অশিবা হায়বদু ওইরক্রবনা কনা হাক্তা য়াওদা নাওরা অঙাং মথূৎচাদি অপীশক্তা কপ্পা কপ্পা পলেমগী খোমলাং অবাম থৌরাংলববু নরা খোমলাং থকচবদি ফংদা কপ্লদুনা খোম্লাং মহৎ ওইনা চরমহাক্তা কংলবগী লাইজা ঈশিং থক্লবা থৌরাংজবা নাওরা অঙাং অপিশাদি ওইবনা মহাকশাংনা লাম্বদি ফংদা তুম্বা কোরেক অপিকশকপু য়েংনা খম্না

না।। কল্চাপাতা।। খারুঙ্নাতী ব্রাংপানা।। ফংতাপানে।। পল্লেম্ মামাকি খোম্লাংলাক্ য়ীখৌ মলাম্পানে।। য়াংলৌ লম্তাঙ্ সাংনা আহল্ তুংয়ীল্।। য়ীল্তাল্চারাক্পাকি।। হুইসোন্ য়ীখও লাংনা লাম্পানে।। য়ীসিং থক্পা ফংতাপানে।। খারুঙ্ মাপাল্তা লাইচা য়ীসিং লইরিক্ পক্পাপু।। নাওব্রা মারৈনা লেক্চাপাতা।। খারুঙ্নাতী কল্পানা নাওব্রা আনৌপা খায়াৎ চীল্ লৈকি।। খারুঙ্ মাপাল্তা।। তাইপঙ্ য়ীখেং মাতইয়ে।। নাওব্রা হোংঙা খোল্থাংনানা।। হিক্ অংহিঙ্ মিকপ্নায়ে।। লাইচা ফংতাপা নাওব্রা মিকপ্ মাতৌ য়েংঙম্তাপাপু।। ব্রুপাতা।। আহল্ অোইপসিংনা।। তাইপঙ্ মালংপাল্তা সেৎনা খাইনা।। নৌনা থানম্পা।। পারি মামোম্[১৬] সেৎনাপাসিংপু।। নিঙ্সিংলাতানা।। কোবেক্ য়ীসিং য়ীচোল্ খাক্ কল্লাকা পীথক্য়ে।। আসুম্না খম্সা ব্রাতাঙ্লক্পসিংপু লইকোল্নুঙতা থা থাসিনা।। আব্রা হক্চীক্ঙৈ হক্চীঙ্ খক্থেল্লায়ে।।☆।।

---

পায়জনা ঈশিং কঞ্জনবা হোৎনজবদা, পুললেন খরুঙনদি মরেপ অঙাং নওব্রাদগী ব্রাংখিবনা ফংঙমদ্রবদা, পল্লেম পোকমাবী মমাগী খোম্লাংদি ইখৌ লাংলকপনে, য়াংদৌ লম্বী লমদাঙ লমশাং লাকপগী অহল মতুং তুংইন্না লাকচরকপগী অব্রা হাক্বা ব্রানা লাইজা ঈশিং ইখৌ লাংলকপনে, অবাম খৌরাং কোকনবা ঈশিং থকপা ফংদবনে পুললেন খরুঙ মপান্দা ঈশিং ঈরিক লৈনা পকপবু নাওব্রা অঙাং ওইবগী থোৎলবা মরৈনা অব্রা খাংনা কোক্লবা লেকপদা খরুঙনদি কনবনা তাইবঙ অঙাং নাওব্রাগী লৈতোন অঙাং ঈখেং শিনথঙৈ নাওব্রা অঙাং খাঙ্ঙমদা খোনথাং য়ৈনা অহিং হুঁঙা মীকপ্নরে। লাইজা ফংঙমদবা অঙাং মীকপ মতৌ য়েংঙমদববু উবদা অহল ওইবশিংনা তাইবঙ মাল্লং পানবদা শেৎনা খাইনরকখিবা নৌনা থম্নম্খিবা মপারি মমোম শেৎন খাইনা কাইনরকপশিং নীংশিংলক্কুনা ভুম্বা কোরেক ঈশিং কলনা থকঙৈগী ঈশিংবু খাকনা অঙাং নাওব্রা ওইবদা পীথক্করে। অসুম্না লাইজা ঈশিং ঈথকপা ইমাগী ব্রাহৈ মপাওদগী ফংবশিং, ইমাগী মশাইকোন্দা পোখাজনা থব্রায় থাশি ওইনা অব্রা পোখানা পূম্নমক্কা পূন্না লৈররে।।☆।।

খমনুঙ্ খোঙ্ঙাক্ য়ীমা[১৭] কাইফম্তাকি।। সান্না পল্কেল্ লাক্পসিংনা।। নুঙ্ঙা মাকোই চৎলাক্পানা।। লাংচীঙ মাতোল্[১৮] কাখৎলাক্লে।। চীঙ্সাঙ্ লম্সাঙ কাখৎতানা।। তুরেল্ লুখাই লাল্তানা।। লাইচা য়ীরোঙ ৩মক ফাংপা লাক্তানা চীঙ্সাং লম্তাঙ্ চৎলাক্তানা।। লম্লেল্ খোঙ্হাম্পাৎ য়ৌরাক্য়ে।। খোঙ্হাম্পাৎ য়ৌরাপাতা।। আমল্সিকুম্ লাক্পাসিংপু খোঙ্হাম্ খুৎহাম্য়ে।। আতুকা হইরু লোক্তা ফিসু ফিচামলে।। থেম্মাই লাংতা ফিফৌয়ে।। মাহক্সাঙ্ থাইসিংনা।। চেঙহ ব্রূতী সমখোঙলাংনা লূচাবাপাক্সা।। সম্চেৎ লৈনা হাৎলে।। লাইচা হক্চোৎ ফিতৈরাপাকা।। চাক্য়োম য়ুখোম্ চারে।। আসুম্না লোইরাপাতা।। থাব্রাইনা কোইনা কোইনা য়েংলে হাইপাকি।। মাকোই নুঙ্অোল্ চীঙ কৌয়ে।। আতুতা নোংপোক্ চাক্য়েংসেল্পু য়েংলূপাতা।। লাইচা তাবঙ্ থক্কি মিরেল্ খাল্য়াংনারাক্পাতা।। থাব্রাইনা তাইপঙ্ লম্তাঙ্ য়েংলাক্পাতা।। মাহক্ সাঙ্পু।। থাল্ফম্ মইখু-খু লম্য়াকাই কাইথিল্লম্য়ে।। খামবি মইসালাংয়ে।। আতুপু লাইসাক্ য়েং মিংশেল্ খোংকৌয়ে: মইবি

---

লাইবেম্মা খমুং খোঙঙাক ইমা ইবেম্মগী মকাইফমদদি-য়ৌ, পলগে লাকপশিংনা, নুঙঙা মকোই ইমা মাগী মকাই চঙলবশিংনা লাংজিং মতোল লোম্না কাখৎলক্লে; চীংশাং য়াংদোং য়াংবী কাখৎতুনা, লাকপনা তুরেল লুখাই লানথোক্লা, লাইজা ঈশিং অহুম ফাংবা মফমদা লাক্তুনা চীংশাং লম্বী লমতাঙ চৎনা লাকপনা লমলেন লমদমদি খোঙহামপাৎ কৌববু য়ৌবক্লে। খোঙহামপাৎ লমদমবু য়ৌরক্লবদা, অশি লমদম অমনশিংকুম লমলেন মফমদা লাক্লিবা পূম্বদি খোঙহাম খুৎহাম মহাকচাং শেংদোক্লে। অদুগী তুংদুদা হৈরু লোকপু কৌবদা ফিসু ফিচামলক্লে। থেনমাই লাংদা যিফৌযে, মহাকচাংবু তশেং তরু নাননা চেঙহী সমখোঙ চাবগ উতী শমখোং শেংজনা লুজা, নাঞ্জলবদা শন্নাং সমচেৎ লৈনা নাননা হাৎচরে। লাইচা ঈশিং হরুচাং ফিচোৎ ফি অতৈ হোংজরবদা চাকযোম য়ুখোম চারেদো। অসুম চাবা থকপা লোইরবদা থব্রায় য়াইবী মহাক্লা কোইনা কোইনা য়েংলক্লে হায়বগী মকোই নুঙওন চীং-ও তৌনা কৌয়ে। অদু মতুংদা নোংপোক, নোংপোক চকয়েং শেলপু য়েংলুঙেদদি, লাইজা ঈপাক তরং থক্কী মিরেল থব্রায়না খালয়াংনরকপদা থব্রায় য়াইবীনা তাইবঙ লমদম লমদাঙদা য়েংলকপদদি মহাক্কী সামু মহকচাংদি ময়ূম মরমদমদা মৈবী মৈ হৌ, মৈইক পোংলোইনা, মৈবি মৈশা লাংনা য়ৈরক্লে, য়ৈরকপা মফম অদুবু মশক-য়েং, মিংশেল খোং-ও হায়না কৌয়ে। খাম্বী

তাঙ্গোই পাইপাবু য়ুরাপাতা।। থাব্রাইসিংনা।। মাহাক্ মাহাক্কি মাহাক্সাংপু।। খাম্‌বি[১১] তাঙ্কোনাপাপু য়েংনা য়েংনা।। তাইপঙ্ লম্‌তাঙ্‌হন্‌পা য়াতারাপা।। কল্‌চাও হৌনা মিৎস্না তারং মীরা সিন্‌থানা।। খুতাং পীফম্‌তৈনা।। মিকপ্‌চারে।। তায়পঙ্ লম্‌তাঙ্কি।। তাল্‌লোই কাইনাব্রা।। পারি মামোম্ সেৎনাব্রা।। মাপাচা ঙোইপুম্‌পা কাইনাব্রাপু।। খল্‌না থামোই খুৎনাম্‌নানা ব্রোন্‌থোইনা কপ্‌চারে।। পালেম্ পোক্‌মাবিসিংনা তাইপঙ্ নাওব্রা আখুপা।। নাওব্রা অপীসাক্‌সিংপু।। ফইরাতাল্‌তা পম্‌না।। খোম্‌লাং থাব্রোক্‌নানা।। খুৎচেং খুৎচুম্‌লাক খাচাই লেংব্রোল্ চুপ্‌না।। খোম্‌লাং মাইব্রোক্ ফঙ্তারে হাইনা।। নাওব্রা আখুপাপু য়েংনা খল্‌না।। থামোই লাইয়ুম্ কাইপাকি ব্রোন্ থোইনা কপ্‌চায়ে।। খমনুঙ্ য়ীল্‌লাক্‌পা নাওব্রা সামা আখুপাসিংনা।। আঙাক্ হুইচানা পালেম্ পল্‌থৌপ্ পোক্‌মাবি পোক্‌মাপাপু।। কাইনা মাসক্ খঙ্‌চরাপাকি।।। নাব্রা হোংঙা মিকপ্‌নারম্‌য়ে।।০।। ঙাংহাক্ মিকপ্ থেল্‌লম্‌লাপাকা।। কপ্‌না কপ্

---

মৈবী ব্রাইনা মহকচাংবু তাঙশোই পূম্বা চাক্লা কেনবা উরবদা য়াইবী থব্রায়শিংনা মহাক মহাক্কী মহকচাং পূম্ববু খামবী মৈদা তাংগোই উৎ ওইনা তারকপপু য়েংনা য়েংনা তাইবঙ লমদম লমলেন্দা অমুক হনবা য়াদরবদা অশাউ কলক কঞ্জাও হৌনা মমিৎ মিৎস্না তরং পীরাং ঈরা শিন্থজা খুদাং পীফমতৈনা মিৎকপ্পবক্লে। তাইবঙপানবা লমদমদা য়ুমগী নুপী কাইনা-ব্রা, মচানিপা, মচানুপী শেৎনরক কাইনরক ব্রারীবু মাপাচা মঙাইরোই মরুপ মপীজা পূম্নমকপু কাইনা, খাইনা খন্না থম্মোয় মৈশা ফাওনা ওন্না থোইনা কপচরে। পল্লেম ওইবী মমা পোকমাবীশিংনসু তাইবঙ মীরমলেন্দা লৈহৌবা অঙাং নাওব্রা অপীশা পীকত-পীক্লিবশিংবু ফৈরা মতম্পাক্তা পন্নকপা খোন্নাং মপুক থন্না পীথকপা, মখূৎ খূৎজেং তনৌবা খজাই তনৌ তনৌ ওইবদা লেঙওননা চূপচনা খোন্নাং ইনবা ফংঙমদরে হায়না পোকচবী অঙাং নাওব্রা অপীকশাবু য়েংনা নুংখলনা থম্মোয় লাইয়ুমনুংদা অব্রা খাংনা নিংখনবগী ওন্না থোইনা কোবৌ থক্তা কপচৈয়ে। খমুং অশি লমলেনদা লাকপা অঙাং নাওব্রা অপীকপশিংনদি অঙক মতৌ ওইনা মমা মপা অপোকপা অপোকপী কাইনরকপা ব্রাবু মদোম মশক খঙজরক্লবগী নাওব্রা অঙাং ওইবশিংসু মদোম কাইনা মৈশা ফংনা হুঙা মীকপনরক্লে অশি লমলেন লমদমদা।।০।।

ঙাইহাক পূংগোই মীকপ থেলনা লৈরন্নগা, হৌনা কপ্পা

না চৎলাক্পানা।। সম্লাং সম্পুম্ ১না থোং থারিপা।। সম্লাং সম্পুম্ ১ থোংলেল্ পাম্পৈ অোরিপা।। তুরেল্ য়ীপাক্ লাইচা আচাওপাপু।। লাল্তানা।। থোঙ্কারেল্ থোঙ্ঙারেল্ য়ীয়ু সিতাপাকি।। ফাল্থোঙ্ পাইচারাপাতা।। আফাপা ফৎতাপা বুরিপা।। লাই আতুনা।। তাইপঙ্ লাপ্পাতা মানা মানা তৌচাবক্পা।। মাহই থওরাঙ্চারাক্পাকিপু।। মাতুং য়ীলনা নুমিৎ সিঙ্পুম্ খুতীংকি থৌচৎনাপাকি।। অনচী[২০] লাইয়ুম থারিপা।। আফাপা।। ফৎতাপা আরোল্ আথুপ্।। খুবাল্ চীন্থিকিপু।। আথুপ্ আথঙ্না ব্রায়েল্লিপা।। থোঙ্নিংথৌকি মাঙ্তা।।। আফাপা থৌচারাক্ পাসুঙ্।। ফৎতাপা তৌচারাক্পাসুঙ্। মকি ২ তৌচারাক্পাপু।। অঁনচী[২০] লাইয়ুম্য়েং।। লইবোই মাতীক্পু।। লোইনা হাইপীরাপানে।। ফৎতাপা তৌরাকপা।। খুবাল্ চীল্থি মিনম্ সোংয়েংপসিংনা।। থৌতীক্ অোক্পকি মাতুংয়ীলনা।। তৌচা মাতীক লাক্নাতানা থম্খিয়ে।। আফাপা তৌচারাক্পা।। থৌচাল্ মিয়োক্ মিচাল্।। পা

---

কপ্না মথোঙ থাংলদুনা লাকপনা। শন্নাং শমদি শম মপুম অমনা থোংগী থোংপাক ওইনা থান্নিবা শন্নাং শম মপুম অমনা থোংলেল থোংদুগী খুৎপায়ফম পান্বে ওইনন্নিবা থম্মুং অশি তুরেল লাইজা ঈপাক ঈশিং চাউথোইববু লাম্হোকনবা থোংলেন থক্তা থব্রায়মিরেল হামফোইনা থোংগী পামবৈ পায়না ঈরেল ঈপাক লান্দুনা চীঙু থোঙঙারেল থোইয়ুম ঈয়ু শিদবগী মকাইফম ঈয়ু মাগী ফালখোঙ পায়জরবদা, অফবা ফত্তবা পূম্ববু উবিরিবা লাই অদুনা তাইবঙপানবদা মীওইবা মহাক্না মানা মানা তৌজরকপা, চানবা মহে থৌরাঙজরকপগীবু মতুং ইন্না নুমিৎ শিংপুম পুংজা খুদিংগী মিংয়েং শাংখে থৌচৎনা য়েংলকঙৈগী অঞ্জি লাইয়ুম চৈশিং সোইফদব্বা থেক্না থানা থমন্নিবনা, অফবা ফত্তবা অরোল অথুপ, হুরাল চীন্থি খৈবীক অরোন অথুপ খঙনা ব্রায়েন্নিবা, থোঙঙাকনিংথৌগী মমাঙদা অফবা থৌদা তৌজরকপসু ফত্তবা কোন্দাই তৌজরকপসু মাগী মাগী তৌজরক্কলসু অঞ্জি লেঙদবা শোইদবা মাঙদব্বা ময়েক লাইয়ুম থানা থম্ববু য়েং, লৈরোই মতীক ওকপবু লোয়ননা হায়বিরবগী, ফত্তবা তৌরকপা হুরাল চিন্থি মীনম তৌহৈদবা তৌখিবা পূম্বা মাগী মাগী শিশিংনা য়েংবশিংনা তৌরক তৌরকপগী মতীক মতুং তুংইন্নদুনা তৌজখিবা মতিক পূম্বগী মহে ফংফম থোকপা থম্না চাকথুংখিয়ে। অফবা তৌজরকপশিংনা নুংশি থৌজাল মিংয়েংনা, অফ-থৌজাল মীয়োক মীচালকপা

রি পুরি থৌখঙ চারাক্পা।। লাইপু কুরুপু।। খুয়াখাতপু থৌচৎ মাসক্লাক্না।। থৌখল্খুয়া তালচারাক্পা।। পল্থৌ পল্লেম্ ২পু পাখঙ্ পল্লেম্কি।। নাওয়োক্ লমল্পু থৌনিচারাকপা।। হয়ীকুরু[১১] খুয়াখাপু।। য়াইপী পীপুক্ চঙ্চানা।। পুনেম্ থৌকাওতানা। পাল্তম্ হইরু লৈরাং থৌকল্।। চঙচারাক্পা।। লাইচা য়ীরোঙ য়ীরম্ খুতীং সাল্তেং থৌনিচারাপা।। খোইয়ুম্ লাইথোঙ্ খুতীংতা।। খুয়া য়ীপাৎনা। থৌচৎ লাইনিং পারে কিসিচারাক্পা। মাকি মাকি অঁনচী লাইয়ুম্ য়েক্খোৎ খঙ্না।। থৌচাল্ মারল্কি।। য়ীয়ু থোঙ্ঙাক্ নিংথৌ সিল্থানানা। থাব্রাই সিংনা লৈকি ভুলাইতোংতানা।।। লম্মুক্নাপা লৈতানা।। কোরও লাইলৈপাক্ কাতানা।। তাইপঙ্ পাল্ পুম্পাবু সিতাপাকি পোল্তা।। লৈকোল্তা।। তাল্ফঙ্চাতানা লৈখিয়ে।। থোঙলোল্তী আসি মইকোল্চারে।। হয়ী হয়ানা কোল্লাকে।। হয়ী হায়া।। হয়ী হয়া হয়ী হয়া।।☆।।☆।।☆।।

---

পারি পুরী অহল-লমন থৌখঙচরকপা লাই গুরুশিংগী খুয়াখাদা চঙজনা চৎনা লমচৎ খঙনা ঙাক্লা থৌগন খুয়া লাংনা মথক থোংবা থকসি লমচৎ ঙাক, অপোকপা মপা অপোকপী মমা অনীগী মতৌঙম নিংনা নাওয়োক য়োকলক লমন শিংঙমদবসিংনা খুয়া থৌনিজরকপা,হয়ী কুরু তাইবঙ পানবা মপু সেম্বীবা মহাক্কী খুয়াখাবু পূক্লীং লাইয়ুমনুংদা কাউজবা লৈতনা পুনেম খুরুমজা, পূক্লীং থব্রায় চঙবনা হৈরু হৈরাং লৈরাং থৌগলনা চঙজরকপা, লাইজা ঈরোং ফাংবা য়ীরম খুদিং শাথংনা ঈরু শালতেংনদুনা থৌনিজরকপা, খোইয়ুম লাইথোঙ খুদিংদা অঙম্বা মতিক লৌনা থৌচৎলক্লুনা লাইনিং পরে পূক্লীং চঙজরকপশিংগী মাগী মাগী লেঙদা অঞ্জি লাইয়ুম ময়েক মখোৎ য়েংনা খঙনা থৌজাল মাগী মরল য়েংনদি ঈয়ু থোঙঙাক নিংথৌ মহাক্কী শিম্থানা থব্রায়শিংনা লৈরাং লৈগী দোলাই নীংথিজবা তোংনা, লম্বী লমমুক্লবা লৈতনা কোরৌ নোংদোল লাইরৈবাক তান্না কাখিদনা তাইবঙ পালবা পূম্ববু খোইয়ুম শিদবগী পোল মফম লৈকোলনুংদা তান্না চৎচবা ঙমজ, চঙজদুনা লৈজখিয়ে। থোঙলোন মরোল অসিমদি মথাং অমা ওইনা থমনা হয়ী হয়া, হায়না শোঞ্জনা তেংপানবা মপু নফমদা চঙজরি হয়ী হয়া হয়া হয়ী হয়া মিংথৈসু শোঞ্জরি।

কোরৌ নোংথৌতা পাল্‌লিপা।।লিল্‌তাওরেল।। লোইতাম্ থাচা পাখংপাতা।। য়াহিপ্‌পা অসিপানা[২২]।। মানাও য়ীপুঙ্ কোন্‌চীল ভুথোক্‌পা[২৩]।। পাখংপাতা কৌতানা য়াহম্‌খিয়ে।। য়ীসানৌ য়ীপুংঙু কোংলৌতোল্ লৌথিপা নাহাক্।। অইহাক্ তাকি।। তাইপঙ্ চারা মিরেপ্ সম্‌থাপীরম্‌পা আসিপু।। য়ীচীল য়ীনাওনা।। নাপা সিপা খমুনুঙ্ তেপা সাব্রা তোম্‌পা অসিপু।। আমুক্ নোংতমপীরমতারাপাতী।। তাইপঙ্‌পাল্ অসিতী।। লইমানাসু খাঙ্ঙাম্‌লারোইয়ে।। নামু মিয়াম্‌সিংপু খুরক্ চল্‌নারাকানি।। নোংতম্‌মুসি পাওয়ীথোল্‌কি।। হায়ীচাক্ কৌপা চাক্ আসিতী।। লোম্‌খিকাতৌরে।। হায়াচক্ কৌপা চুক্‌পু লাক্‌কাতৌরে।। নাপা।। সিপাতী তম্‌পীরাম্‌অরে।। তাক্‌বু তীক্‌পীরুঅপা য়াতে।। থৌরম্ কারাম্ তৌসিকে।। নুমিৎ ম্না খোম্‌তোল্‌পাতঅ।। য়াহিপ্‌পা য়ীসানৌ য়ীপুংঙু নঙ্না।। লাইপু নিঙ্‌পা অোরো।। নাসাপী য়ীহাক্‌না লাইনুবি অোইনা।। মাপোক্ আমা পোক্

---

কোরৌ নোংথৌ নোংদোন থক্তা য়ায়েল থৌদানা পাল্লিবা লিলতাওরেল লোইদাম থাজা পাখংবদা য়াহিপনবা অশিবনা, মনাও ওইরিবা ইবুঙো কোনচীলতুথোকপা পাখংবা কৌরুতুনা য়াহায়খিয়ে, ইশানৌ ইনাও ওইবা ইবুঙো কোংলৌতোল লৌথিবা-ও নহাক ঐহাকতগী তাইবঙপালবসিদা তাইবঙ চাদা মীরেপ শমথবীরম্বসিবু ইচিন-ইনাও অনীনা, নাবা শিবা, খুমুং তেপা, শাব্রা তোমপা শিদুনা খুমুং অশি লম্বীদা হল্লকপা অসিবু মথোয়দা চাকথুং ওইনা পীরমদরবদি তাইবঙপাল অসিদি লৈরি হায়বা খঙবা ঙম্নরোইয়ে। নমু মীওইবশিংনা খুরক চন্দনা লৈফম চাফম লৈররোই। অমুক্তা শিবা নাবশিং মথোয়দা পীরুশি হায়না য়াথং য়াহায় খোলগী। হয়ীচক কৌবা চক অসি লোইখিগদৌরে। হায়া চক কৌশা চকপু লাক্কদৌরে, নাবা শিবদি কনাদা তম্বীরমদরে থৌজিক্তি তাকপী তম্বীরুদবা য়াদে। থৌরম করম তৌরগা তাকপী তম্বীরুসিগে হায়না নুমিৎম্না খোমতোনবদা য়াহিপনবা ইনাও ওইবা ইবুংঙো নহাক্না লাইনিপা ওইরো। নয়াম্বা ঐহাক্না লাইনুপী ওইনা মপোক অমা মনুং ওম্না পোকনা

আমা পোক্লুতানা।। তাইপঙসিং অসিপু।। নাপা।। সিপা হায়পাতো।। নোংতমবিরুসি হাইতানা।। মাসাবি মসানৌ আনিনা হৌনাতানা।। মাপোক্ মিহল্ তম্কা তৌকাতাপাকিপু।। চীঙ্ঙু কোইচা তীল্নারাক্লে।। ☆ ।।☆ ।।☆ ।। মুপা চীঙ্খেরোল্ নোংচুপ্ লোক্লৌকোল্।। নিংথৌ কোংতীংলেল্না লাই আেইখিপা।। থুপ্খিপা মাতুতা মাচাপোক্নৌআে তানা লইমা পীয়াইনু পাল্নাতুনা।। নিংথৌ আেইরে।। চাহি নুংসাংনা পাল্লাকা।। মাচা আমা থানাফম্তা পোক্লে।। কোলোল্ থোল্তী নিংথৌ হইরোংঙাঙ্ ঙাঙ্থাঙাঙ্লেল্ আে তৌনা কৌয়ে।। অসিকিতী মাতুংতা।। অসিপা কোন্চীল্ তুথোক্পা মাচীল্ মানাওনা নাপা।। সিপা য়েল্লাকা তৌপাকি।। হাইনখিপা ব্রাকি মাতুং য়ীল্না।। তাইপঙ্লেল্তা।। পোক্লাকে হাইনা কোইচানারাক্পাতা।। পীয়াইনু কৌবিকি সিরোইনুংতা ব্রাইথুংলারে।। মিকি চাহিতা।। মাসিং কুম্লাংখঙ্তানা।। নুংসাংনা মিরোল্নম্লাকা।। কোইরৌ নোং আমাতা।। নোংমাকি আয়ুক্তা।। পীয়াইনুনা।। য়ীসাইফু আমা পুতুনা লাই

---

তাইবঙ ওইনা পোকলূদনা তাইবঙ মীওবশিং অসিবু শিবা-নাবা ওইবশিংবু চাকথুং নোংতমবীরুরসি হায়দুনা মচিন মনাও অনীমক্না হৌনদুনা তাইবঙ মীওইবা মপোক মনুং ওন্না তাইবঙ পালবা ওইনবা মীওইপোকতা চীঙডু অনীনা মীওইচা ওইনা তীল্লরে।

মুবা চীঙখেরোল নোংচুপ লোকলৌকোন নিংথৌ কোংতীঙ্লেলনা লাইওইখি থুপখিবা মাতুদা মচা ওইনা পোকনৌ-ও। তনালৈমা পীয়াইনুগা পান্নদুনা নিংথৌ ওইরে। চহী নুংশাংনা পানফরবদা মচা অমা থানফমতা পোকলে। কোল্লোই মমিং থোলদি নিংথৌ হৈরোংঙাঙ ঙাঙ্থাঙঙাঙলেল-ও হায়না মিংকৌয়ে। অসিগীদি মতুংদা অশিবা কোনচিলতুথোকপা মচিন মনাও অনীনা নাবা শিবা তাইবঙদা য়েলগদৌবগী হায়নখিবা ব্রাকি মতুং ইল্লদুনা তাইবঙপালদা পোক্লকে হায়না কোয়না কোয়না য়েংনা থিরক্লবদা পীয়াইনু কৌবীগী শিনয়োন পীবুকনুংদা ব্রাইথুংলরে। মীগী চহীদা মশীং কুমলাং খঙদনা নুংশাংনা মীরোল্লক্লবদা কোইরৌ নোংদী নোংমগী অয়ুক মতম ওইবদা পীয়াইনুনা ঈশিং ঈশাইফু অমবু পুদুনা

চা য়ীপাল্ লাংলুইয়ে।। আতুতাকি য়ীসাইফু মাপা থেল্‌লোংতা।। খিল্‌লম্‌লাপাকা।। য়ীমুং লাংতা চঙ্‌লুইরে।। ব্রাংলেল্ পুঙ্‌খাই মারুম্ অোইরাপাকা।। থেল্‌লোংতা থানাম্‌পা।। য়ীসাইফুতু লৌসিল্‌কে নিঙ্‌খল্‌তুনা।। মাপাল্‌লাংতা থোক্‌লাক্‌লে।। য়ীসাইপুল্ মানাক্ য়ৌরাপাকা।। য়ীসাইনুংতা য়াওরিপা লাইচা আতুপু।। ছি কারিনো।। হাইনা।। সামু মাখুৎ অনিপু খুক্‌লুতা সেংসৌনাতুনা।। ব্রাংলেল্ পুঙ্‌খাই আমাতংপু অইকুম্ মি তাই হাইনা।। মিৎয়েং সান্‌খৈরুপাতা।। য়ীখঙ্‌হেক্ খঙহওতানা।। য়াঙ্‌লম্‌তাকি কারাক্‌তানা।। লারাইলেল্‌ফু পাংপাতাকি।। থারাই অনিখক্ ফল্ ফল্ হেক্ চোংথোক্‌লাক্‌য়ে।। থারাই অনিতু খুৎসম্‌নানা।। খুৎচেং পাল্‌লোইনারে।। আমানা নিপানি আমানা নুপীনি।। হেক্ পোক্‌পাকা ব্রাহই আমা হাইরাম্‌লাকা।। আতুতাকি মাঙথারে।। ব্রাহৈতী অইখোই আমুক্।। তাইপঙ য়াংকোইরখিনি হাইরম্‌য়ী।। মিকি মাপোতাকি মাপোক্ লাংরোল্ তোপ্‌না পোক্‌লাকয়ী।। হাইপাকি পোইরৈতোন্[২৪] আনি য়াওনা ফাইপোক পোক্‌য়ী।। হাইতানা খোঙ্‌ফাঙ্ আতোল্‌পা মমিংনা।। তাংখোম্‌পা কৌখিয়ে।। নু

---

লাইজা ঈশিং ইপাল লাংনা শোক্লকয়ে। অদুদগী ঈশাইফু অদুবু শুমাং থেল্লোংদা খিল্লম্নবগা, ইমুংদা চঙলুইয়ে। ব্রাংলেন মতম পুঙখাই অমারোম ওইরবগা, শুমাং থেল্লোংদা থনম্বা ঈশিং ঈশাইফুদুবু লৌশিনগে নীংলদুনা, মপাল লাংদা থোক্লক্লে। ঈশাইফু পুল্লাং মনাক য়ৌরবগা, ঈশাইফু পুল্লাংনুংদা য়াওরিবা লাইজা ঈশিং অদুবু উবদা ছি ! ঈশিং লাইজা অসিদি করিনো হায়না সমু মখূৎ অনীবু খুকউলুদা শেংশৌনদুনা ব্রাংলেন মতম পুঙখাই অমত্তং ঙকচাননা ঐশুম মিতাই হায়না মিৎয়েং শানথৈনা য়েংলিঙৈদা ইখঙ হেক খঙহৌদনা য়াঙলোমদগী কারক্তুনা লরাই লেম্ফু কোইরেল পাংবা লোমদগী থরায় অনীখক ফল ফল হেক চোংথোক্লক্লে। থরায় ওইবা অনীতুদি মখূৎ খূৎশম্লনা খুজেং পাল্লোইনরে। অমনা নিপানি অমনা নুপীনি। হেক পোকপগা ব্রাহৈ অমা হায়রব্রগা, অদুগী তুংদা মাঙখরে। হায়রম্বা মব্রাহৈদি ঐখোয় তাইবঙপালদা লাক্কুনা লৈরখিনি হায়রম্মী। মীওইপোক্কী মপোক্তগী মপোক লাংওল ইতোপ তোপ্না পোক্লকই হায়বগী পোইরৈতোন, অনী য়াওনা ফাইনা পোকই হায়দনা খোঙফাঙ অতোনবা মমিং মিংকৌনববু তাংখোমপা হায়না কৌখিয়ে।

নুপী আতুনা।। লাইকি মাপোক্ লাংব্রোল্‌কুম্ পোক্‌মী।। হাইতুনা লাইতাইপঙ্ লাইন্না খোল্‌খি।। পোকপাতাকি মাফম্ খঙতানা।। চৎখি হাইপাকি।। তাইপঙ্ কোইচানাখিপা।। হাইরো।। সুপ্‌না মমিঙ্‌পু তাইবঙ্ কোইচাইনপা পোইরৈতোন্।। লৈনাওতাবি২৫ খোলখিয়ে।। ☆।।☆।।☆।। আমাসুং কংলই লইপাক্‌কি।। নিংথৌ পাল্‌পা মারাম্।।০।। হৈনাও পোইকৌপা অসিনা।। মায়াম্‌পুং নিংথৌপোংথাপু।। তাথিতুনা।। তাল্‌থোক্‌লাকা।। মানা মুফোঙ্ লইমা পাল্‌নাতুনা।। নিংথৌঅোইরে।। চাহি নুংসাংনা য়েক্‌নাপা লৈতনা পাল্‌লাকলে।। নুংঙাইনা পালাপা মাতুংঅতুতা।। আয়াম্‌পা থোংথানা পোক্‌লাম্‌পা।। নিংথৌ হইরোংঙাঙ্ থাঙাঙ্‌থেল্‌না।। তাইপঙ্ কোইচাইপানা খারা খোম্‌তুনা।। মাপাকি খুফম্ তাল্‌কে হাইপাকি।। হুয়েল্ লাল্‌তারে।। মাতম্ আতুতা হৈনাওপোই অসি খাঙ্‌পা ঙাম্‌তারাপকিপু।। লাল্‌চেল্ মাঙ্‌ব্রোইনখিয়ে।। নিংথৌ পোংথানা লাইব্রোইখিরাপা মাতুংতা।। মাচা য়ীপুঙ্ ঙাঙ্‌থা ঙাঙ্‌লেল্‌না।। য়ুহা লইমা পালনাতুনা।। নিংথৌ অোইরে।। য়েক্‌না তীংখং লৈতানা মীরেপ চান্না সম্‌থাতুনা।। চাহি নুংসাংনা পাল্‌লাম্‌লাকা নোংকাখিয়ে।। মাতুং আসুম্‌না মিরেপ্ চাতা নাওতা সম্‌থাতুনা।। কংলৈ কৌপা লইপাক্ অসিতা।। নিংথৌ ১৭৪চা

---

নুপী মোনুচা অদুনা লাইগী মপোক লাংওলগুম্না পোকই হায়দুনা লাই তাইবঙ ওইবনা লাইন্না হায়না থোন্নখি। পোক্লকঙৈদগী মফম খঙদনা চৎতুম চৎখি হায়বগীদমক তাইবঙ কোইচনখিবা হায়খরে। অসুম তৌনা মিংথৈনববু তাইবঙ কোইখিবা পোইরৈতোন, লৈনাওতাবি মিংথোন্নখিয়ে।।

অসুম কংলৈ লৈবাক্কী নিংথৌ পানবা মরম হৈনাওপোই কৌবা অসিনা, ময়াম্বুং নিংথৌ পোংথাপু, তাথি য়েংথিদুনা তাম্থোক্লবগা। মহাক্না উফোঙ লৈমা লৌদুনা নিংথৌ ওইরে। চহী মতম কুমওল নুংশাংনা য়েক্ল-তিংখং লৈতনা পান্নক্লে। নুংঙাইনা পান্নক্লবগী মতুং অদুদা ময়াম্বা লাইওইখ্রবা পোংথানা পোক্লম্বা নিংথৌ হৈরোংঙাঙ্ থাঙাঙ্‌থেলনা, তাইবঙ কোইনা চৎনা মী খরা খোমদুনা মপা পম্বৌগী খুভম তালগে হায়বগীদমক হুয়েল লানশিং লান্দারক্লে মতম অদুদা হৈনাওপোই মায়োক য়ানা খাঙবা ঙমদরবগীবু হুয়েল লালচেল মাঙওইনখিয়ে। নিংথৌ পোংথানা লাইওইখিরবা মতুংদা মচা ইবুংঙু ঙাঙথাঙাঙলেলনা য়ুহা লৈমা পান্নদুনা নিংথৌ অমুক ওইরে। য়েক্লা তীংখং লৈত মাওদা মীরেপ চাদা শমথরক্লুনা চহী মনুং নুংশাংনা পান্নন্নগা কোরৌ নোংগাখিয়ে। মতুং অসুম্না মীরেপ চাদা নাওদা শমথরক্লুনা কংলৈ লৈবাক

মাহম্‌ফুতারা মারি আসি পাল্‌লাম্‌য়ে।। অসি হাইখিপা মি মারোল্ অসিতী।। সিচাতানা।। মানিঙ্ তম্‌না চাপাতা ব্রাৎতাপা।। চেঙ্‌না চেঙ্‌কইতা।। থুম্‌না থুম্‌খোংতা।। ঙানা ঙাকইতা সিঙ্‌না সিঙ্‌কইতা।। ফিনা ফিকইতা।। আসুম্‌না মানিঙ্ মাথা তম্‌না।। নুংঙাইনা পাল্‌পা।। সিপা নাপা খঙ্‌তাপা।। মিরোল্ আমা আনিমাসিতী।। হায়ী চক্‌কিনে খংঅো।।☆।।☆।। হায়া চক্ মাচীল্‌তা হৌরাক্‌লে অসি আনা তম্‌পীপা।। আরি অনৌ সিল্‌নাপা।। অমুক্ পোক্ অমুক্‌সি অসিপ্ খাম্‌বি মৈতেক্ চাক্‌খৈপা খেতারাপলতোম্ লোম্‌লোই আমা কৌয়ে।। খংঅো।।☆।।☆ ।। পোইতোল্ খোঙ্‌ফাঙ্ আতোল্‌পানা।। তাংখোংকা মাচল্‌নুপী।। লাইতাইপঙ্ সনাকা।। আনি অসিনা ব্রাতাল্‌নাতুনা।। আমুক্ হল্‌না নোংচুপ্ হারম্‌তা।। য়াথোক্ লম্‌য়ে।। চীঙ্‌ঙু লাই আনিসিনা নাপা সিপা তম্‌বিপা।। হৌরাক্‌পাকি ব্রারম্ অসি অোল্‌থোক্‌পনি।। পোইরৈতোন্‌না চেঙপাক্ খুৎলৌ।। মাইপা[২৩] কৌনা।। চেঙ্‌মিৎ তম্‌তুনা।। তাইপঙ্ মিঅোইপসিংকি।। হওখিরাপা মাতাংলম্।। অোইরাক্‌কাতাপা থৌথোক্।। থোক্‌লাক্‌কাতাপা।।

---

অসিদা নিংথৌ (১৭৪) চামা হুমফুতারামরি অসি য়ৌনা পাল্লন্রে। অসি হায়খিবা মীরোল মরোল অসিদি, শিবা নাবা খঙদনা মনীংতম্না চাবদা অব্রাৎপা খঙদনা, চেঙনা চেঙগৈদা, থুমনা থুমখোংদা, ঙানা ঙাকইদা শিঙনা শিঙ্‌কইদা, ফিনা ফিকইদা, অসুম্না মনীং মথা তম্না, নুংঙাই মরাং কাইনা পানবা,শিবা নাবা খঙদবা মীরোল অমা অনীমা অসিতী।। হায়ী চক্কীনে খঙনৈয়ে।০।

হায়া চক চঙলকপা হৌরক্লবা অসিদদি অনাবা তম্বীবা, অরি-অনৌ শিন্নবা, অমুক পোক অমুক শিবা, অসিবু খামবী মৈতেক চাকথৈবা খেতরা পলতোম লেমলোই অমা কৌয়ে। খঙঅো।

পোইরৈতোন খোঙফাল অতোনবা তাংখোংগা মচননুপী লাই, তাইবঙ লাইন্নাকা অনী অসিনা ব্রা তান্নদুনা অমুক হন্না নোংচুপ মায়কৈ লন্নেন লমদমদা। খুনকুম য়াথোক্লময়ে। চীঙঙু লাই অনী অসিনা নাবা শিববু তাইবঙপানবদা তম্বীবা হৌদোকরঙৈগী ব্রারম অসি থৈবিক্তি ওন্থোকপা থৌওংনি। পোইরৈতোন্না চেঙবা খুৎলৌ য়েংবা মাইবা কৌনা। চেঙবা হৈ, চেঙমিৎ তমদুনা তাইবঙ মীওইবশিংগী হৌগ্রবা মতাং লমশাংশিং ওইরক্লদবা থৌদোক ব্রাথোক থোক্লগদবা

থৌরাম্।। আতুকুম্‌পা।। পোৎমাঙ্ চৈমাঙ্‌পাকি ব্রারাম্।। তাইপঙ্ মিকি মাপুক্ নুংঙাই হারাওহন্‌পা।। ব্রা আসি খৈপীক তাহাতানা। য়ুম্‌থোঙ্ খুতীং কোইনা চৎতুনা।। আমাইপা খুৎলৌ।। মাপাওপু চেলাক্‌লে।।আতুকা লাইতাইপঙ্ পাল্‌পানা।। মামিং সারিক লাইনৌতাবি[২৭] কৌনা লম্‌থোঙ য়ুম্‌থোঙ্ খুতীংতা।। মাসম্ মানা য়ীকাফানা।। মাফি মারোল য়ীচোল্ চোন্‌না। সারিক্ লাইহুই কল্‌না খিঙ্‌তানা।।। লইকোই লইপাক্ কোইনা চেল্‌তুনা লাইকি মপাও আমা চেল্‌লাক্‌য়ে।। লাইকি মাপাও মারোল্ আতুতী।। পল্‌লেম য়ীনুং সিয়োন্‌নুংকি নামু পোংথোক্‌পা ব্রাখল্ ব্রাথি মুতাপানা।। পাইমা য়ীরৈ চল্ আব্রা পোৎথা হল্‌তুনা।। ব্রাইথুং ফম্‌বি খঙ্‌তানা।। তাইপঙ্ কারিকি তামাক্‌পু কোইচানাপানো।। ফম্‌লেল্ লুচীং তাল্‌ফঙ্‌পা।। চইনৌ সনা ফঙ্‌কোৎ ব্রাইরংচাল্‌কুম্‌না।। ব্রাইথুঙ্ ফম্‌বি খঙ্‌তানা।। তাইপঙ্ ফংঙাম্‌পাপু পাওনৌআে।। ব্রাহই অসি হাইনা কোইনা পাওচেল্‌লে।। চীঙ্‌ঙু লাইকি তাংঙাম্‌পা

---

থবক থৌরম পুম্বা অদুগুম্বা হায়। পোৎমাঙ চৈমাঙবগী ব্রারম ব্রাবু তাইবঙ মীওইবগী মপুক পূক্লীং নুংঙাই হরাওনবা ব্রা অসি খৈবীক হায়না তাহন্দনা য়ুমথোঙ খুদিং কোইনা চৎতুনা অমাইবা খুৎলৌ য়েংবা মপাওবু তাক্লা পাউচেল্লক্লে। অদুগা লাইস্নানা তাইবঙ পানবদা মমিং শরিক লাইনৌতাবী কৌনা লমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংদা চঙ, মশম মনা ইফা ফানা মফি মরোল ইচোন চোন্না শরিক লাইহুই কন্না খিঙ্‌দুনা, লৈকোই লৈবাক কোইনা চৎনা চেন্দুনা লাইগী লাইপাউ মপাউ অমা ওইনা চেল্লক্লে। লাইগী মপাউ মরোল অদুদি— পল্লেম ইমা পীবুক শিনয়োননুংদগী নমু মীওইপোক ওইনা পোক্লকপা ব্রাখল ব্রাথি মুন্না খন্দবনা, পাইমা পূক্লীং লংলা লংজিন্না পুন্না অব্রা পোথা খঙদবনা পলেপ ব্রাইথুংফম খঙদনা, তাইবঙ করিগীদমকপু ওইনা লৈফবনো। ফমলেন লুচিং অহেনবা তানফংবা চোইনৌ সনা তাঙবল থোইদোক অহেনবা থোইবা অমা লৈরি ব্রাইথুংফমদি খঙদনা তাইবঙ নখোয় পুম্বনা ফংহৌনবা অমুক্তা ব্রাহং পাউহংনৌহৌ-ও। ব্রাহে অসি হায়না কোইনা চৎনা পাউচেল্লে। চীংঙু লাইগী মতিক তাকগুম্বা

খোইয়ম্ মাপাও থৌলম্ খোল্‌পু ।। মাতাচালাপাকি ।। আমাইপা আমাইপী ২মাকতা ।। কোইসিল্‌তুনা ।।লাইরোল্ লাইপাও তাপানি হাইনা ।। নামু মিয়াসিংনা কোইনা কোইনা য়ীল্‌নারে ।। লাইকি থৌতীঙ্ খোইয়ুম্ পাওচেল্ তারাপাকি ।। মাতুং আতুতা ।। তাইপঙ্ কোইচানারিপা ।। মাখোয়সিংতুনা ।। সারিক্ লাইনৌতাপাকি মাফম্‌তা ।। লাইকি মাপাও খোল্‌পু ব্রাহম্‌নাচাখিয়ে ।। নাপা সিপা[২৮] তম্‌বিপা ।। চেঙ্‌পা খুৎলৌ আমাইপা ।। সারিক্ লাইনৌতাপী ।। নাখোই আনিনা ।। চীঙ্গু লাইকি মাপাওখোল্ আতুপু নোংতম্ আমাতা তম্‌পীরম্‌মু ।। তাইপঙ্ অইখোই অসিপু ।। মাপাও কারাম নোংতম্‌পাকি তৌরকা ।। নুংঙাইপা হাইপাতু ।। য়াকাতাকে হাইচারাক্‌য়ে ।। আতুতা সারিক লাইনৌতাবিনা ।। হাইবিখি ।। তাইপঙ্ পাইমা সিল্‌লৈ লোম্‌পাসা ।। তুলৈ য়ীলৈ চল্‌পাসা ।। নাপোংখোক্ লম্ নাখোইকি ।। নুংঙাইপা সারুক্ ব্রাইথুং ফম্‌পী ।। অোইচাকাতাপাতী ।। তওরাং ফক্‌তা[২৯] রোন ।। লুতুং সক্‌লাং খোইপাকসা ।। আমাইপা আমাইপীনা ।।

---

খোয়ুম লাইগী মপাউ থৌরম য়াব্রাখোলবু, মীওইবশিংনা তাবা ফংজবগী অমাইবা অমাইবী অনীখক্তা ইকোই কোইশিন্দুনা লাইরোল লাইগী লাইপাউ তাবনি হায়না নমু মীওইবা পূম্বনা কোইনা কোইনা মতুং ইমরে। লাইগী মথৌ ওইবদি খোইয়ুম লাইপাউ পাউজেল তারবগী মতুং অদুদা তাইবঙ ওইবা পানফরিবা মখোয়শিংনা শরিক লাইনৌতাবী মাইবীগী মফমদা লাইগী মপাউখোলগী মরমদা ব্রারম খঙনবা ব্রাবু ব্রাহংজখিয়ে। নাবা-শিববু তাইবঙ মীওইবদা তম্বীনবা চেঙবা খুৎলৌ য়েংবা অমাইবা,শরিক লাইনৌতাবী নখোয় অনীনা চীঙঙু লাইগী মপাউখোল অদুবু নোংদম্রগদবা অমৎতা তম্বী হায়বীরম্মু, তাইবঙ মীওইবা ঐখোয় অসিবু লাইগী মপাউ ওইবা করম্বা নোংদমলকপশিং থবক থৌদা পাঙথোক্রগা নুংঙাইবা হায়বদু য়াগদগে হায়জরকয়ে। অদুদা শারিক লাইনৌতাবীনা হায়বীখি তাইহঙ মীওইবা লৌশিং পূক্লীং থেনবশা তুলৈ ঈলৈ তুফক তুফাইনবশা তাইবঙ মীওইপোক ওইনা খোঙদাবক্লবা নখোয়গী নুংঙাইবা শরুক ব্রাইথুংফম ওইগদবদি তৌরাং ফকতা ওন, লুতুং শন্নাং খোইবাকশা অমাইবা অমাইবীনা।

খারাই লাইকল্‌না।। কাওরেল্‌ পোল্‌সেম্‌পাকুম্‌।। নামুপোংথোক্‌ পায় নাখোইপু পোল্‌ সেম্‌বিরাপাকা।। নাখোইকি নুংঙাইপা সারুক্‌ অোচাকানিয়ে।। হাইনা লাইকি মাপাও চঙ্‌পাপু থৌতীক্‌নানা চেল্‌বিলাক্‌লে।। আতু তারাপাতা।। তাইপঙ্‌ কোইচানাপাসিংনা।। ব্রাহম্‌খিয়ে।। চীঙ্‌ঙু লাইকি থৌতীখোল্‌ লাইকি কোলোতুপু।। মাতৌ কারাম্‌ তৌরাকাপা।। আমাইপা আমাইবিনা।। খারাই লাইকল্‌তুনা।। পোল্‌সেমপীকানি।। হংচালাক্‌য়ে।। আতুতা সারিক লাইনৌতাবিনা।। আমাইপাপু তওরাং ফক্‌তা মোললাং মাইথা তন্‌তাই থানা য়াহিপ্‌ ফক্‌তাইনানা আনাপা সাহালাপাকা।। মিয়াম্‌ চঙ্‌তানা।। আনাপা আতুকি নুংঙাইনাপা।। মাসা আতু নোইবি নান্‌পী হম্‌বিতুনা অানা লাইকল্‌সানা।। হোংনাহল্‌লে।। মানা চাকে থক্‌চাকে হাইপাতুতা।। থিতুনা পীচারে।। মিয়াম্‌ চঙ্‌তুনা আনাপাতুকি নুংঙানাপাতা। থৌখল্‌সেপা তৌহল্‌লে।। মাতম্‌ আতুতা।। সারিক্‌ লানৌ তাবিনা।। হাইরাক্‌য়ে।। নামু তাইপঙ্‌ কোইচানাপাসা।। নাপা হাইপাসি হেক হৌরাক্‌লাপাকা।। মানা চাপাতা আসিনা চাপা

---

খরাই য়ুমদি লাইকলননা কাওরেল ষণ অথোইবা শেনবগুম্না, নমু মীওইপোক মপোক ওইনা তাইবঙপালদা লৈরবা নখোয়বু কোইশেন শেন্নরিবনা নখোয়গীদমক নুংঙাইবা শরুক ওইনবা খাকলিয়ে হায়না লাইগী মপাউ অচঙববু মথৌ ওইনা পাংনবা লাইপাউ ওইনা পাউজেনবীরক্লে। পাউজেনশিংদু তারবদা তাইবঙ মীওইপোক ওইবশিংনা ব্রাহং পাউহংজখিয়ে। চীঙভু লাইগী থৌদাখোল লাইগী মপাউখোল অদুবু মতৌ করম তৌরবগা অমাইবা অমাইবী অনীনা খরাই থোঙ্গাল য়ুমদা লাক, লাইকলনতুনা কনানা শেনবীগনি হায়না অমুক হংজরক্লে অদুদা শারিক লাইনৌতাবীনা অমাইববু তৌরাং ফক মথক্তা মোল্লাং কোকখাং মাইথা ফমথানা য়াহিপ ফকতা হিপনা য়াতা ওই, অনা লাইকল শানবা হোংনহল্লে, মানা চাগে থকচগে হায়বদু অনাবা মীদুদা পীজরে। ময়াম চঙদুনা অনাবা অদুগী নুংঙাইনবা থৌগল লাংকল চঙনা তৌহল্লে, মতম অদুদা, শারিক লাইনৌতাবীনা হায়রকয়ে। নমু তাইবঙ মীওইপোক ওইনা লৈরিবশিং-ও নাবা হায়বা অসি হেক হৌরক্লবগা, মানা চাগদবা অসিনা চাবা

য়াই হাইপা আহাওপাতা খল্তুনা।। মিপুম্ খুতীংনা।। থিতুনা পীচাকাতাপানি।। হাইপাতা খল্তুনা।। মিপুম্ খুতীংনা থিতুনা।। পীচাকাতাপানি।। হাইপাতা তাইপঙসিং আতুনা মাপুকৃতা খল্লে। নাপা হাইপাসি য়াম্না নুংঙাইপা।। মাসক মায়োং আমানি।। আতুনাতী য়ীখোইসুং নাপা হাইপাসি তম্লাসি তম্পাতায়ে।। খল্লাতুনা মখোইকি মায়াকৃতাকি।। মি আমা নায়ে।। মাতুতা অমাইপা আমাইবি আনি আতুনা।। তাইপঙ্ মাখোই পুম্নামাক চঙ্তুনা।। নুংঙাইনাপা সেপা তৌহল্লি।। চাকে থক্কে হাইপাতা পীচা পীথাক্হললি।। মাতুং আতুতাতী তাইপঙ্সিং আসি।। অইসুঙ্ নায়াকে।। অইনা হাল্না হাল্না নাখিকে অই হাল্খিকে।। হাইনানা মাহই মাহই মুল্নায়ে।। আতু য়ুপাতা খুৎলৌ মাইপা মাইপীনা হাইয়ে।। হে তাইপঙ্সা আসিতাকি অমুক্ হেল্না।। নুংঙাইপা আমাপু লইরিতো।। মাতু য়াবু তাপাতা তাইপঙ্ মিয়োইপসিংনা।। হংমী আতুতী আমাইপা আমাইবি আসিতাকি।। আ

---

য়াই হায়বা অহাওবদা খন্দুনা, মীপূম খুদিংনা থিদুদা পীজগদবনি হায়বা মহাক্না চানিংবশিং খন্দুনা থিদুনা মীপূম খুদিংনা ফংনবা হোৎনদুনা থিদুনা পীজগদবনি হায়না তাইবঙশিং অদুদা খঙনবা কাউদনবা মপুকতা খলহল্লে। নাবা হায়বসি য়াম্না নুংঙাইবা মশক মওং অমনি অদুনদি ঐখোয়সু নাবা হায়বসি তগ্লসি তম্বা তারে খন্দুনা মীওইশিং মরক্তগী মীওইবা অমা অনাবা অমা ওইহল্লে তন্রে, মদুদা অমাইবা অমাইবী অনী অদুনা তাইবঙ মীওইবা নখোয় পুম্নমক চঙদুনা মহাক নুংঙাইনবা থৌগল লাংকল তৌহল্লি, অনাবনা চাগে থক্কে হায়বদা থিদুনা পুরকহন্দুনা পীজ পীথকহল্লি। মতুং অদুদদি তাইবঙ মীওবশিং অসি ঐসু নারগে ঐনা হাম্না ঐনা হাম্না নাখিগে ঐনা হানখিগে হায়না মহৈ মহৈ ভমগা অমগা মুম্নরে অদু উবদা খূৎলৌ মাইবা মাইবীনা হায়রক্লে। হে তাইবঙ মীওইবশিং-ও, অসিদগী অমুক হেনবা নুংঙাইবা অমসু লৈরিদো। মদুগী য়াহৈদুবু তাবদা তাইবঙ মীওবশিং অদুনা অমুক হংলকই। অদুদি অমাইবা অমাইবী অসিদগী

মুক হেন্‌না নুংঙাইপাতুত্তী কারাম্ তৌপানো।। তাক্‌পীয়ুকাপা হাইরাক্‌লে।। আতুত্তা আমাইপা আমাইবি অনিতুনা। হাইরাকয়ে।। হে তাইপঙ্ ব্রাথি ব্রামুল্‌তাপাসা।। নাপা অসিতো আতুতাকি থোইনা হেল্‌পা নুংঙাইপাত্তী।। ব্রাথোঙ্‌বিকি লময়াইতা মোনুনা ব্রারে পোৎথাপা।। খমনুঙ্ সাব্রাতাল্[৩০]।। আমল্ য়াইথোঙ্ থারৈকুম্।। লময়াই কাইপুথিল্।। পল্‌লেম্‌কি মারুম থাকোল্‌লা।। নোংথৌ কোইরও মাথাক্‌তা।। আঙৌপা থাকল্‌লাং।। খাম্‌বি মৈতারেং আপুপা মইসালাং।।মালেম্ নাওহিংসানা লোল্‌না ফুপৎ।। লৈনা থক্‌তাথা।। নাওব্রা মাপোক্ মিহল্‌তম্‌পা।। আসীপু হেন্‌না থোইপা নুংঙাইপা।। তাইপঙ্ কৈতাপু লৈরম্‌কাতাকে।। হেক্ হাইরক্‌য়ে।। আতুপু তাপাতা তাইপঙ্‌সিং আতুনা মাতুত্তী মাতৌ কারম্ তৌপানো।। ব্রাহম্‌লাক্‌য়ে আতুত্তা আমাইপা আমাইবি অনিনা।। মাতুত্তী য়ীখোই তৌকে য়েংচৌঅো।। হাইনা মাতৌ নুংঙোল্‌কি সুমাং থেল্‌লোংতা লোংনা য়ীখাঙ্‌ফম্‌তা।। খাংপোক্ সঙ্‌লিংব্রাই।। চংবি লারাক্ মাথানা।। লাফুৎমাকক্‌থা লোংনা য়াহিপ সাংতারাপাকা।। মারাক্‌ফিঙৌ কুপ্‌তুনা।। মাই

---

অমুক হেনবা অথোইবা নুংঙাইবদি করি করম তৌবনো। অমুক্তা তাকপীয়ুগবা হায়রক্লে। অদুদা অমাইবা অমাইবী অনীদুনা অমুক হায়রকই হে তাইবঙ মীওইবা ব্রাগী ব্রাখোঙ হৌরক ব্রারী হৌফম ব্রাপা থিদ খন্দবশা ! নাবা হায়বদো অদুদগী থোইনা হেনবা অথোই নুংঙাইবনি, হায়বগী ব্রাফোং ব্রাখোং ওইবদি ব্রাংথোঙবীগী লময়াইদা মোনুনা ব্রারে পোৎথাবা,খমুং শাব্রা তানবা অমলনা য়াইথোঙ থারৈ কুম্না লময়াই কাইবু থিল, তাইবঙ পোকপী ইমা পল্লেমগী মরুম নাক্তা থাগোলনা নোংথৌ কোরৌ মথক্তা অঙৌবা থাকল্লাং খল খাম্বী মৈতেরেং অরা অপুম্বনা সমু হকচাং মৈশা লাং। মালেম লৈদা অমুক হন্না তিন, অনৌ লৈনা তাংথক ওইনা নাওব্রা মপোক অমুক মীতমনা, খনু ওন্না হল্লকপা অসিদগী হেন্না থোইনা নুংঙাইবা তাইবঙ অমা কৈদবু লৈরমগদগে হায়নবু হেক হায়রক্লে। মব্রাহৈ অদুবু তাজরবদা তাইবঙ মীওইপোকশিং অদুনা অদুদি মতৌ করম তৌবনো হায়না ব্রাহংজরকয়ে। ব্রাহংদুদা অমাইবা অমাইবী অনীনা নখোয়না খঙনীংলবদি ঐখোয় খঙনবা তৌগে য়েংজৌ-ও। হায়না মতৌ ওন্থোক নুংঙোলবগী শুমাং থেললোং অদুদা লোংনা ইখাঙফমদা হিপঙে খাংপোক শঙলিং লৈনা খল, চংবী লাগী লারাক অমা থানা লফুৎ মোনখাংনা লোংনা য়াহিপ শাংশাংনা হিপ্না লৈরবগা মরাক ফিঙৌ অমা কুপতুনা

কৈ চুথেক ৪ মাক্‌তা ফিকোই খন্‌চীল্‌লাপাকা।। আমাইশানা অসিপাকি মাসাক্‌ তম্‌লে।। লাইন্না[১] সারিক লাইনৌতাবিনা।। আমাইশপু কৌতুনা।। লৈসি লৈথোল্‌না।। তেংথা নাওরৌনারাপাকা য়াম্‌না নুংসি হিক্‌ হিক্‌নানা।। নুংসি নুংঙ্গোন্‌ মিকপ্‌লে।। আতুকা আচা আথুম্‌ আহাও হৌ।। আক্কাপাতা পৈতুনা ফিরোল্‌নাচীংপা।। আসি পোৎলোই সুনা থল্‌লে।। মাতৌসিপু য়েংবু আসুম্‌ তৌপাসিপু বুফোং হোংপা কৌয়ীতো।।০।। পৈরিপা পোৎলোই পুম্‌পাসি।। আসিপা মানা লৌচাকানিয়ে।। আতুকা অসিপা মানা লৌচাকানি।। আতুকা আসিপা সাকৈ মাপাল্‌তা লইরিপা।। নাখোই য়ীখোই পুম্‌নামাকসুং।। চাপা সেৎপা ফংজাকানি।। আসুম্‌না তাক্‌পী তীক্‌পীতুনা।। বফোঙ্ হোঙ্‌পা হাইনা।। মাখোই মায়াম্‌ তীন্‌নাতুনা।। চীঙ্‌ঙু মাপুরেল্‌ সিতাপাকি।। কোলোই মিংথৈলেল্‌পু সক্‌সোল্‌তুনা।। অসিপা মানা ফংচানাপা হাইতানা।। আতীয়া সিতাপাতা মিংথৈ সোল্‌না কৎয়ে।। পোৎ পুম্‌নামাক্‌তু মাতুং আতুতা।। খারা খাইতো

---

মাইকৈ চুথেক ৪ মাকতা ফিকোইনা ফিনা খনজিল্লগা অমাইবনা অশিবা শানা মশক তম্লক্লে। লাইন্না শরিক লাইনৌতাবীনা অমাইবা মহাকপু কৌদুনা লৈশি লৈথোল ব্রাহে তেংথা নাওরোইনরক্লবদা য়াম্না নুংশি মতৌ হিক-হিকনা নুংশি নুংওলগা লোয়ননা মীকপুরে অদুগী মতুংদুদা অচা-অথক, অথুম-অহাও পূম্বা লাংদুনা অহাওবা অকক্লা পৈনা, ফিরোই মশীং ব্রাৎতনা সুনা থম্না তম্লে। মহাক্কীদমক্কি হায়দুনা, মতৌ অসি থৌদোক অসিবু য়েংহন-উহনলে মীওইবশিংদা তাকপিরে, মসিবু উফোং হোংবা কৌয়ে হায়না তাকপীরে।

পৈরিবা পোৎলোই পোৎশিং পূম্বসি অশিবা মহাক্না পূম্নমকসি লৌজগনি ফংজগনিয়ে। অদুগা অশিবা মহাক্কী মরল ওইনা লৌজগনিয়ে। অশিবগী শাগৈ ওইবশিং মপান্দা লৈরিবা নখোয় ঐখোয় পূম্নমকসু চাবা শেৎপসু ফংজগনি। অসুম তাকপী তীকপী তম্বীদুনা উফোং হোংবা হায়না মখোয়ময়াম তীন্নদুনা চীঙ্‌ঙু মপুরেল শিদবগী কোল্লোই মমিং মিংথৈলেনবু শক শোন্দুনা অশিবা মানা ফংজনবা হায়দুনা, অতিয়া শিদবগী মিংথৈ মিংলেন শক শোলনা ফংলে কৎনৌ-ও, পোৎ পূম্নমক অদুবু মতুংদা খরা

কৃতু না আচাপোৎ পুম্নামাক্।। মাখোইতাসু খারা খারা পীচারে।। মাতৃতা তাইপঙ্সিং[৩২] আতুনা আমুক্ খল্নৈয়ে।। অং চুম্লে অসিনা হেল্না নুংঙাইপা আমানিনা আসিতে খল্তুনা।। হাইতানা।। আনাপা অসিপা মাখোইতা নৎতানা।। মীখোইসুং খ্বাইসুং।। ব্রাতানা চামিনৈয়ে।। আতুকা মি[৩২] অসিপা অোইরুরিপা আমাইপা অসিনা ফংমীপা পোৎ আয়াম্পা আসিতো।। ব্রাংলেল্ পুঙ্খাইমারাম্তং।। নিংসা হোল্তানা আসিপা অোইরুরাকা।। আনাপাতাকি অসিপা।। হাইপাঅসিনা আমুক্ হেন্না।। য়াম্না নুংঙাইপা আমানি।। আতুনা মীখোইসুং সিপা হাইপা সিপু।। তৌনারাসি সিনারাসি।। আসি ব্রারাম্পু হাইনারাতুনা।। খুৎলৌ মাইপা লাইনাওতাবি[৩৩] মাক্তা।। য়াম্না লুনা তীল্লুকানা খল্চানাতানা নিচারে।। নাতাইরেম্ মীখোইপু।। সিপা হাইপা হাইপা থৌতম্ আসিপু ফংচারাকে।। থৌচাল্ লল্কুপীয়ো।। হায়নানা য়াম্না পাম্চানা হাইচানারে।। হাইচা আনোল্ ব্রাহাইসি তাপাতা।। লাই ২মানা য়াম্না পাম্

---

খাইদোক্নুনা অচা অথক পোৎশিং পূম্মক মখোয়পূম্বদসু খর খরা পীজরে। মতৌ অদুদা তাইবঙশিং অদুনা অমুক হন্না ব্রাখলনৈয়ে। অং চুমলে অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অসিদি অমা অমুক নৈরম্নোই খল্লদুনা অনাবা অশিবা মখোয় খক্তা নৎতনা ঐখোয় খ্বাই ব্রামিন্নবা খিবীকপুসু চামিম্নৈয়ে। অদুগা মী অশিবা ওইরুরিবা অমাইবসিনা ফংলিবা পোৎ অয়াম্বা অসিদি ব্রাংলেল্ পুঙখাই অমুক্তং নিংশা হোন্দনা অশিবা ওইরুবগী ফংখিবনি। অনাবদগী অশিবা হায়বা অসিনা অমুক হেন্না থোইনা হেন্না য়াম্না নুংঙাইবা অমনি অদুনদি ঐখোয় পূম্বসু শিবা হায়বা অসিবু তৌনরসি, শিনরসি। ব্রারম পূম্বা অমত্তা ওইনা হায়নরদুনা। খুৎলৌ মাইবা লাইনাওতাবী অনীমক্তা য়াম্না লুনা পামজনা, খনজদনা য়াবিগনি নীংলদুনা হায়জরক্লে, নখোয়গী ননাই ওইজরিবা ঐখোয়বু শিবা হায়বা, তম্বীবা থৌসে ঐখোয় পূম্ববু ফংজরগে থৌজাল লনকুবীরম্মো হায়জনা য়াম্না পামজনা হায়জরক্লে। হায়জবা নোঞবা ব্রাহায় অসিবু তাবদা লাই অনীমক্তা য়াম্না

মুনা লোল্থূপ্নানা।। পীথোক্নিংতাপাপু জোইনা হাইরাক্য়ে।। মাসিকি থৌরোংসিতী।। তাইপঙ্ নঙ্খোইনা হেক ফংপা য়াপা নৎতেতা।। হাইরাপাতা।। নুংবোন্ তাইপঙ্সিংনা লৈসি নোল্লুক্নানা হাইচেয়ে।। তৌবিকুনু পীবিতাপা য়াদে নিচেয়ে।। আতুতা লাই আনিনা তাইপঙ্সা নংখোইনা হাইচারাপানিকিনা লৌচারো কারে।। হৌচীক্তী আনাপাসুং অসিপাসুঙ।। লৌহওরো হাইনা লাই অসিপা স্নামাহি পাখংপা ২ মাক্না।। তাইপঙ্সিংপুম্তা নোংতম্বিরে।।০।। আতু মাতুংতাকিতী।। নামু তাইপঙ্সিংপু থৌরম্ য়াথং কাইফাতাপানা।। তাইপঙ্ মিসি য়াম্না নানারে।। মাথং মাথং সিয়ে।। আতুম্ সিরাবাতা সিখিপা মিসিং আতুকিনি হাইতানা মাকি মারোল্ হিপ্না চানাপা।। আসি পোৎলম নিংথি নিংথিপা।। আহাও আথুম্নাচীংপা পুম্নামাক্।। মায়ুম্ মায়ুম্তা পইতুনা থম্বিরে।। আসুম্ তৌতানা থম্পাসি য়ুম্থোঙ্ খুতিং হাঙ্তারে।। সিখিপা মিসিং আতুতী আমাতা হল্লাক্তারে।।

---

পামু লোম্ন-থূপ্না থমজবগুম্না পীথোকনিংদবগী মওং ওইনা হায়রকয়ে মসিগী থৌওং অসিদি তাইবঙ মীওইবা নখোয়না পাক হেক ফংঙম্বা য়াবা নৎতেদা হায়রবদা। পূক্লীং তৎতনা নুংওনবা তাইবঙ মীওইবশিংনা লৈশি লৈথোন নোম্লুকচদনা হায়জেয়ে তৌবীগনু পীবিদবা য়াদে হায়বু হায়না নিজেয়ে। ম্রাহৈ অদুদা লাই অনীনা তাইবঙ মীওইবশা নখোয় পুম্বনা হায়জরবনিনা লৌজরো ফংজরো ফরে অদুদি হায়না পীবিরে। হৌজিক্তি অনাবসু অশিবসু অনীমক মীওইবা নখোয়না য়ানা লৌহৌরে হায়না, লাই অশিবা ম্নামহি পাখংবা অনীমক্না তাইবঙ মীপুম খুদিংদা অরেপ্না নোংদমবিম্রে।

হৌম্র মতুংদগীদি নমু মীওইবা তাইবঙশিংবু থৌরম য়াথং লাইনা পীবা কাইফদবনা তাইবঙ মীওইবা য়াম্না নানরে মথং মথং শিনরে। অসুম শিরবদা শিখিবা মীশিং অদুগীনি হায়দুনা মকি মরোল হিপ্নবা চানবা অশিবগীদমক পোৎলম নিংথি নীংথিবা অহাও অথুমনচিংবা পুম্নমক ময়ুম ময়ুমদা পৈদুনা থমবীরে। মতৌ অসুম তৌনা থম্বশিং য়ুমথোং খুদিং হাঙলক্তরে। শিখিবা মীশিং অদুদি অমত্তা হল্লকপা কৌবা লৈতরে।

আতুতা তাইপঙ্‌সিংনা খল্‌নারাক্‌লে।। কারি মাতৌনো হল্‌লাক্‌তাপসিপু।। অমাইপানা সিপা তম্‌পাতী।। আমুক্ হল্‌লাক্‌তুনা অইতী লম্ আতু য়ৌরুরে।। পোৎসক্ আতু অসি ব্রুরকয়ী।। অসি লৌতুনা নাখোই খ্বাইকি নাপালতাকি।। অইতী আব্রাৎপা লৈতানা নুংঙাইনাপা।। আতুকা লইপাতারি।। আসুম হাইনা ব্রারি ব্রাতাই সানবিতুনা।। য়ীখোইকি য়ীনাক্‌তা লাক্‌তানা।। নুংঙাই ব্রারিনাতুনা লইয়ে।। কারি মাতৌ নুংব্রোননাপানো। য়ীখোই তাইপঙমিনা সিরাপাতী।। আমুক্ হিংকৎলাক্‌তারে।। মাসক্‌সু ব্রুতারে।। মাপোৎ মাচৈ লাংনা তাম্‌পাসুং আমাতা লৌরাতারে।। মাতৌ অসিনাতী তাইপঙ্‌মি য়ীখোইকি মাঙ্‌নাপা।। মারম্‌তা আমাইপা আমাইপী ২না থৌরাং তৌরাম্‌পাপু ওোইরেতানা।। হাইনা তাইপঙ মিয়াম্‌সিংনা।। খঙ্‌নারাক্‌লে।। আসুম্ হল্‌লক্‌তারাপাতা খল্‌নৈয়ে।। আতুতী য়ীখোইনা আমাইপা আমাইবি ২ অসিপু থিপা তারে।। হাইনাতুনা তাই

---

মতৌ অদুদা তাইবঙ মীওইবশিংনা খন্নরক্লে। করি মতৌ ওইদুনা হল্লকতবা অসিবু অমাইবনা শিবা তম্বদি অমুক হল্লক্লুনা ঐদি লম অদু য়ৌরুরে। পোৎশক অদু অসি অসুম উরকই। মসি লৌবা ফংজরিবা অসি নখোয় খ্বাইগী নপান্দগীনি। ঐগী অব্রাৎপা লৈতনা নুংঙাইনবা নখোয়না হাপ্পকপনা নুংঙাইনা লৈবা তারি অসুম হায়না ব্রারী ব্রাতাই শাবীদুনা ঐখোয়গী ইনাক্তা লাক্লুনা নুংঙাই ব্রারী শানদুনা লৈয়ে। অদুগা করি মতৌ ওন্থোকপা নুংওন ওন্নবনো। ঐখোয় তাইবঙ মীনা শিরবদি অমুক হিংগৎলকপা কৌবা লৈতরে মশক মশাসু উবা ফংদরে। মপোৎ মচৈ লাংনা তম্বসু অমত্তা লৌরবা কৌবা লৈতরে। মতৌ অসিনদি তাইবঙ মীওবা ঐখোয়গী মাঙনা তাক্লবা মরমদা অমাইবা অমাইবী অনীনা থৌরাং মতৌ তৌরম্ববু ওইবা তারেদনা হায়না তাইবঙ মীয়ামশিংনা খঙনরক্লে। অসুম্না হল্লক্লদরবদা পুম্নমক্না খন্নৈয়ে। অদু ওইরবদি অমাইবা অমাইবী অনী অসিবু অমুক থীবা তারে হায়নরদুনা

পঙ্ মিয়াম্ হৌনানা।। তক্সি সিতং সোল্নাতুনা।। কোইনা কোইনা থিরাক্নারক্য়ে।। মাতম্ অসিতা চেঙ্পা খুৎলৌ মাইপা সারিক্ লাইনৌতাবি ২না লইপা য়ারাক্তারাতুনা।। মাফম্ খঙ্হল্তানা চেল্ লোৎ লোৎখারে।। লাই ২না আসুম্না।। তাইপঙ্ মিঅোইপাসিংতা।। নাপা সিপাকি মাথৌ মাঙাম্ অয়াম্পাপু।। তাক্পী তীক্পীরাম্লাপাকা।। ব্রুহাল্তাতুনা লইনা লোৎনা মাঙ্খারে।। মাতৌ আসুম্না হায়ীচাক্[৩৪] কৌপা অসিকি মামইতাকি।। তাইপঙ্ অহল্ আহল্ কায়ামুক সিপা হৌরে।। নাহা অোইপা মাখইনা মিরেপ্ চারা সম্থানাপা।। মাতাম্ ঙাইনা লইনারে।।☼।। অসিকি মাতুংতা।। খুনুং চাক্[৩৫] ।। লাংপাচাক্[৩৬]।। কোলনাচাক্[৩৭] ফাওপা।। সিরিপা অসিনি।। মিনা সিনিংতানা সিপানি।। লাইনা কাতৌতে।। হায়ী হায়ী হায়া হায়ুম হায়ুম হায়ুম।।☼।।

---

তাইবঙ মীয়াম হৌননা, তকশি শিতং শোন্দুনা নুংঙাইতা মখৈ ফংনা কোইনা কোইনা থিরকপা হৌনবক্লে। মতম অসি ব্রাইদা চেঙবা খুৎলৌ মাইবা শরিক লাইনৌতাবী অনীনা লৈবা য়ারক্স্রদুনা মফম খঙহন্দনা চেন্না তুমিন্না লোৎখ্রে। লাই অনীনা অসুমনা তাইবঙ মীওইবশিংদা নাবা শিবগী মথৌ মঙাম অয়াম্ববু তাকপী তীকপী তম্বীরন্নবগা উহন্দদুনা লাইনা লোৎনা মাঙখরে। মতৌ অসুম্না হায়ীচক কৌবা অসিগী মমৈদগী তাইবঙ অহল, অহল মতম ওইরকপশিং কয়ামুক্লা শিবা হায়বদু হৌরক্লে। নহা ওইবা মখৈনা মীরেপ চরা-চাদ শমথনবা, মতম ঙাইনা লৈনরে।

অসি হৌখ্রবা মতুংদা খুনুং চক লাংবা চক কোম্নাচক ফাওবা শিবা নাবা তম্লরিবা অসিনি। মীওইবনা শিনিঙ্জনা শিবনি লাইনা কৈদৌদে। হায়ী হায়ী হায়া হায়ুম হায়ুম হায়ুম।।

হাইনা নৌনা লৈরাং ব্রুতাপা য়েল্‌নিঙ হল্‌লে।। হইরাঙ লৈরাং পুম্‌নামাক্‌ ।। লৈকা ফল্‌না সাংকাইরে।। খোইমু লাপা আমোম্‌সিংনা ঙংনা ঙংনা কোপাইরে।। আনৌপা হইরাং লৈরাংকি লৈকোল্‌তা।। লাইনুরাসিংকা লোইনানা।। কোলোমিংলেল নিংথিপাপু।। সক্‌সোল্‌না সাল্‌নৈয়ে।। হইরাং লৈরাং মানাম্‌পু।। আয়াং খম্‌কোল্‌ লোইনানা। কোইনাহম্‌না সিল্‌পাপু তাল্‌চরি।। সিল্‌মারি ব্রুমং নিংথিপাতা।। লৈরাংকি মারুপ্‌না লৈকা ফল্‌না ২ সাংকাইরে।। সাল্‌নারি লাইপুংথৌ লাইনুরাসিংকা।। সিল্‌মারি ব্রুমং নিংথিপাতা।। সাল্‌নারিয়ে লাইয়ীংথৌনা।। লাই নুরাসিংকা লোইনানা।। নাকল নাকল লেপ্‌তুনা।। সিংঙেল্‌ লৈরাং চাইনৈয়ে।। হয়ী মিংলেল্‌ সোল্‌তুনা।। মিচঙ্‌ ২ লেপ্‌তুনা সিংঙেল্‌ লৈরাং চাইনারি।। সিল্‌মারি ব্রুমং নিংথিপাতা।। মালেম্‌কি লৈকোল্‌ আহেল্‌পা য়াইতা।। য়ীপুংঙোনা ঙাল্‌লিয়ে।। য়ীপুংঙু য়ীপেমপা আনিনা।। লৈরাং পোলথাক্‌ য়াইতুতা।। য়েংকা আোইকা ফম্‌পাল্‌ লাংনা।। নিংথি ঙাস্‌থোইপীরিয়ে।। ব্রুমং মাইকোই নিংথিপাবু।। হইরাঙ লৈরাংকি

---

হয়া হাইনা নৌনা লৈরাং উদবা য়েম্নিং হল্লকলে। হৈরাং লৈরাং পুম্নমক লৈরাং লৈকা ফলনা শাংকাইরে খোইমু লাবা অমোমশিংনা ঙংনা ঙংনা কোইনা কোইনা পাইররে। অনৌবা হৈরাং লৈরাংশিংগী লৈকোলদা লাই নুপী নুরা ওইবশিংগা লোয়ননা কোল্লোই মিংলেন নীংথিজবশিংবু শক শোম্না শান্নররে। হৈরাং লৈরাং পূম্বগী মনমবু অয়াং মালং নুংশিৎ খমগোলগা লোয়ননা কোইনা হয়া শিৎলকপবু ফংজরি। মপুগী মরী শিথরকপা উমং নীংথিবতা লৈরাংগী মরুপনা লৈকা লৈরাং ফম্না ফম্না শাংকাইরে, শান্নররে। লাইবুংথৌ লাইনুরাশিংগা লোয়ননা নাকল নাকল লেপ্তুনা শিংঙেল লৈরাং চাইনৈয়ে হয়ী মিংলেন শোন্দুনা মিচং মিচং লেপ্তুনা শিংঙেল লৈরাং চাইনরি। শিলমরি উমং নীংথিবদা মালেমগী লৈকোল অহেনবা ময়াইদা ইবুংঙো তাইবঙ মপু ওইবনা ঙানখিয়ে। ইবুংঙো ইবেন্মা অনীনা লৈরাং পোলথক য়াইদুদা য়েংকা ওয়গা ফম্বাল লাংনা নীংথিনা ঙাম্থোইবিররে। উমং মকোই নীংথিববু হৈরাং লৈরাংগী

নুংসি লৈনম্পু।। নামি খম্কোল্ আয়াংপানা।। লিরি লিরি লৈনম্ লোইনানা থেকল্লি।। মতম লাইরেনবি নিপালকা।। লোইনানা সাল্নারি।। মাইকই লাইতী আকোইপানা।। চীঙ্গু থৌকল্চঙচারি।। আনৌপা লৈকোল্তা নৌনা নৌনা য়েল্নিংহল্।। লৈকা ফল্না ২ সাৎলিয়ে।। য়ুমঙ্ মাইকোই খুতীঙতা।। মাইকইব কোইরাক্লে।। লাইরেম্পী মায়াম্না সিঙ্ঙেল লৈরাং পাইতুনা।। চীঙ্গু থৌকল্ চঙ্চারি।। মাতম্ লাইরেম্বি নিংথিপীসিংনা।। লৈরাং খুৎতা পাইতুনা। চীঙ্গু মাপু থৌগল্লি। হয়ী হয়ী সোল্তুনা কোইনা ২ চেল্লি লাইনুরা মায়াম্না।। লাইরেম্বি লাইয়ীংথৌ ২ না ।। চঙ্চা নোল্চারাক্পা।। থৌরাই চীপাসিংপু খুৎলাম্ তোইনা কৌসিল্বি লৈকোল্কি পোল্তা লৌসিল্লিয়ে।। লাংপুম্লোল্তা তীল্হল্য়ে।। হয়ী হয়ী হেয়ী য়ো।।০।।।০ ।।

---

নুংশিবা লৈনমবু নামীবা নুমিৎ খমকোল অয়াংবনা লীরি লীরি লৈনম পূম্বগা লোয়ননা থৌগলরি। মতম লাইরেম্বী নিপালগা লোয়ননা নুংঙাই থোইনা শামররি। মায়কৈ লাইদি অকোইবনা চীঙঙু থৌগল হাঙদনা চঙজরি। অনৌবা লৈকোলদা নৌনা নৌনা য়েম্নীং হুন্না লৈকা ফন্না ফন্না শাৎনরিয়ে। উমং মায়কৈ খুদিংদা মায়কৈ য়েংনা কোইরক্লে। লাইরেম্বী ময়াম্না শিংঙেল লৈরাং পাইদুনা চীঙঙু মাগী থৌগল চঙজরি মতম লাইরেম্বী নীংথিবীশিংনা লৈরাং খূৎতা পায়দুনা চীঙঙু মাবু থৌগল্লি। হয়ী হয়ী শোন্দুনা কোইনা কোইনা চেল্লি, লাইনুরা ময়াম্না লাইরেম্বী লাইয়িংথৌ অনীমক্তা চঙজা নোঞ্জরবদা থরায় ওইবশিংবু খূৎলাম তোইনা কৌশিনবিনা লৈকোলগী পোন্দা লৌশিনবীরে। লাংপূম লোন্দা তীলহলবীয়ে। হয়ী হয়ী হেয়ী য়ো।।০।।

# শন্দোকপা ৱারোল

## লামায় ৩

১। খম্‌নুঙ থোঙ্ঙারেল্ :

লৈপাক হামৈরম পাকপাতা লাইয়িংথৌনা ফমঙৈকি মমিংতী পেংসরি কৌয়ে। লাইরেমমাতী চীরিখোমপী কৌয়ে। লাইয়িংথৌকি মমিংতী সানা তীনপুকতে কৌয়ে। মচানিংথৌ ৪ পোকয়ে। অহলপকি মমিংতী তীনমুরেঙ কৌয়ে। য়াইমাবকি। মমিংতী। তিনকাওরেল। কৌয়ে। য়াইমাবা ১গী মমিংতী হিংতিল কৌয়ে। অতোলপকি মমিং সনাতীনঙাঙ লীক কৌয়ে। অহলপতী। থোঙঙারেল ওইখিয়ে। য়াইমাপা ১না নোংথৌ সরারেল ওইখিয়ে। য়াইমবা ১দি লাইগী নিংথৌ অথোইবা ওই, ওইরবগা সনচীঙ মতোলতা কাখৎলপগা। সেলকোয়রেঙ্ কৌয়ে। ১রক কারাবতা তীনলুরেল কৌয়ে। ১রক কারবগা মীৎতারেং তাকুপপা কৌয়ে। থাতা ফমলবগা মমিং থাপুরেঙ কৌয়ে। লাইয়িংথৌনা মমিংদি ঙাঙচীরীক কৌয়ে। নুমিৎতা ফমলবগা নুমিৎকি মমিংতী। সংকোননু কৌয়ে। লাইয়িংথৌকি মমিংতী কুপত্রেঙ কৌয়ে নুমিৎকি মখোয়তা চংখিরে মীতোংঙ কৌয়ে। লাইরেমমদি মীরেঙন কৌয়ে।

*(লৈশেমলোন লামায়, ৫০।)*

২। অতীংয়া : অতীংয়া কৌপাতী থাব্রারেল মহাকনে।

*(খঙজোই য়াঙোই, লামায় ১-২)*

## লামায় ৫

৩। ব্রা ফৈবেল লাওপা ফম্‌মাং চীঙ্ : অহিঙ্‌বু ঙানবা নুঙথিলবু মমবা মফম অনিমকতো খঙলবদি মী কৌবা মপোক খঙনা লৈবা মীনে। কবিগীদমকনো হায়বদি নোঙথিন মমবা হায়বদি মীৎ পাংলিঙৈতি তাইবং পানবদা নুমিৎ থানচিংনা মচু লৈবথিবীকসু পুকনিঙ লৌশিং নিঙথি নুংঙাই অঙাল অসা লাইরিক লাইসুনাচিংবা অখঙ অহৈ থৈপীকপু

য়ুনায়ে। গুরু লাইসুঙ মখঙএ। মীওইপা মখৈতি খমনুঙ মনুঙতা শিনা লৈরিয়ে নুমিৎ খুতিঙ শিনা লৈরিয়ে তুকীদমক নোংথিলপু অমম্পা কৌয়ে। অহিংবু ঙালাবা হায়বদি য়ুম মনুঙবু কৌএ। ফমুংসুঙ হিপনববুতি খঙনুঙ কৌএ। লাঙপু থোকপ থোয়া লিতিঙপোক কৌএ। থোঙকাঙপুতি পুঙফু নোঙফাইফম কৌএ। য়াবা ফেরে লাওবা ফকমাঙচীঙ কৌএ। য়ীরুফমবু খুনু মিন্না তামবা লুরুক চীঙ কৌএ। থোঙচিনপুতি চেংজা লানলুমথেম কৌএ। থানফমপুতি সন্না ঙাইনথেল কৌএ।

*(খঙথোই য়াঙোই ২।)*

৪। থবাই : মীনে মাখোঙ ৪ পানপানে মাসা পালপানে। মারুম থুপানে। মারু লৈতপা তীননে। য়াহী খুনু কাওচেঙ থারাও কক্চেং খোইয়া। নাপী সীঙপী। অচৎপা চৎতপা অকংপা আতেক্পা। বু-য়া পুমনামানা চিংনা আসী খৈপীকনা থায়ায় অোইরিয়ে। নিংসা হোললিপা খৈপীকপু হঃ রে কৌয়ে। মপালতা সীৎলিপাতি নোংসিৎ কৌয়ে। নোংসিৎ অসিনে। নোংসিৎ নিংসা ২ মা১তানে।। হায়না নীঙয়ে। হায়পপু ১ লৈপাকুম তৌয়ে। মপালতা সিৎলিপা নোংসিৎনা লাই সিতাপা অতিয়া কৌয়ে মনুংতা লৈপা নোংসিৎনা থায়ায় সিতাপানে।

*(নোংগারোল লামায় ১)*

লামায় ৫

৫। খমনুঙ্ কোক্কোই লৌঅোন্বী : অসুয়া শৈথাই: থোঙ্ঙাক নিংথৌ কোইমনাওনা থোঙাক্ অশিথেল্ মকোয় নুলোল ফাই ফাইবী তেলথাঙ থুপপোক। নুরা চীঙখুথেল পাখং খোংপাল য়াই। হালপা-চা করামবনা। লুকৈ শেংচৌননা লমতাই-য়াই। পাখং চামানা ফকলোং নাকতা য়েংপনা শীকুম-য়াই। খমনুঙ্ কোক্কোই লৌঅোন্বী অমল সামবা মীথেমবীনা পললেম পীশা য়াই। পলথৌ-পা শাথেল-তা। হৈরাঙ খুৎতা সুনা তাওচীঙ হৈয়েল-য়াই। পললেম পীনিল হৈ। পলথৌ পীনিল হৈ তাওচীঙ পীয়েল হৈ। হৈরাঙ্ মাচেৎ অমাবু চারবদি। তানলোই তুকাও-হৈ। থংলেন য়াকাও হৈবু হৈয়োল-য়াই। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা। চীঙঙা লাংথাকপী পিসুম শালাওপী। কাপাক য়েনতঙ হায়বী। সীঙনাঙ্ চোমচাওসুপী। থংলেল-য়া লৈতপবু। য়াকা সাপী তানলোয়-তু লৈতাপাবু। তুকা সাবী খুমনুং তাঙকুরু হিলানববু পাওকৌবী। শামমা শাপাংমানা কোরৌ নোংপু শোলবী। সামু মশা

পাংমনা। মাললেম লৈবু ফংবী। নাওরা মীখোঙ মীশা থেকনা। য়ারক হৈবী অমাই সিলতাকপী। অসে সিলতমপী খুমনুং পাওহনবী খঙলৈ পাওথেমবী। সমপ্রেৎ লোলয়ামবা লোইঙাং-চা। মৈমু তোমসোল-সোল। নীঙথম-চালি। নীঙথা নাওহোং অমলবা লকতপী, নমু থরায় ফাবী অশি লৈরোং খাইবী। শিদবা লৈরোং থাবী। নুংশিবা থাদা থেৎপী। নাদবা খুৎতা শুবী ওইনমবা চীনদা পুবী নঙবু, খমবা অশৈবনা চীঙখোং য়াহৌনবদি। য়োয়ময়াইবু তেংথাবদি শোইরা ঙানবা-ঙ। তৌনা কৌরে। কোরৌ খোংচোল নুপীবু কৌবতী য়োয়্লুমলোন ৬মা-ও হায়না কৌয়ে। নিংনাংবুদি তুশাং লাওব-ও হায়না কৌয়ে। হরিবুদি সারীককুমব-ও হায়না কৌয়ে। হাঙোইবুদি খোংপাল লাইমৈকক্-ও হায়না কৌয়ে। মতাইরেম খমপা অশৈবনা থোঙ্ঙাক নিংথৌ কোইমানাওভা চীঙখোঙ চীঙখোঙ য়াহৌনবা অদুনসুঙ মতোমতে।

*(নুমিৎ কাপ্পা, লামায় ২৪।)*

লামায় ৯

৬। লালাম পুঙ্ : হৌচীকতী। ললহাম্‌পুঙকি খঙনাপা য়া হায়কে। নোংহমসঙ্‌তাকি পুথোকতুনা লিক্‌লম্‌কি চুপ অোইয়ে। লাইতী কৌপারুনে। লাইমিংতী মি হিং কোক কৌনারেল কৌয়ে। পুঙ আতুকি মায়াইতা। চুপ থাপানে। মাখোঙতা নুঙ ৬ তারিপাতো।। হিংচাবা ১।। লাই ১। কাকফে লাই ১। ৩মা নল্‌লিপানে। হিংচাপীনা থোকলাপাতী। মী য়ামনা সিয়ে। কাক্‌ফৈনা মুনা থোকলাপাতী। লাইসঙ কলয়ে। ঙাংয়েকনা থোকলাপাতী নিংথৌ সিয়ে। ঙৌনা থোকলাপাতী। আঙোম নিংথৌ সিয়ে। লাইনা থোকলাপাতী আরুপা মীতু সিয়ে। ফনবা মীরাৎ পোৎয়াওতী। ফমফি ।। ফিরাক্ ২। থাখল ১। য়োৎখুনেৎ ২ সেল খুনেৎ ২। লাফোইলাফাং ৪। কা ৪ মানা। চুহই আহাও আথুম। হই মানম নাইপা ৪। লৈসং মারোং ২। ঙাংখা ১ রানতোন্ ১। নাহৈফু ১। কমপী ১। গোইচু লৈখাম। ফৌতাং ·১। লিকোন্ ঙাতাং। থুম কাকুপ।। সেল কাকুপ। থাঙ ১ য়োৎ ১। চেঙ রুতোং ১০। সারেং । ঙাতেল ১। খোইরু থাংমৈ ৫। রুচীরা ৫। থুম ৩ য়োৎসাবি খাপৈ চেকপ। মুরোক্ মারোই মাপাং। সিং পোল ।। খাংখা খামেল্ পোল।। লাসিং মুরোক পোল। খোইতীং রাই পোল। ৭ নে। য়াংকোক্ ১। সলকোম আফমপা আনৌবা। চুহি । লাপোৎ ১। কাপতু কাপলেল্। য়োৎপাক পৌরোন নুঙথঙ।

কোনয়াইপু ৫। খোঙথিংপাতা য়াংকোকতা সলখোম্ হৈনা লাৎজো। খঙজো। মাথাকতা নোংথৌ কৌরোং য়ুংপানে। লিকলমতা খোঙথিংলিপানে। খংজো। লাইমিংতী ''ঙাংহিংলেল য়ীকুপপা কৌয়ে।।০।। পুঙ আতুকি খা মৈরম পাংনা পুঙ ১ লইপাতো। য়ালতং পুঙনে মনাক কইথেল লইপানে। সারোয় খাঙনা লাৎজো। পোৎয়াও ১ তানে। সারেনতী য়োকনে। য়েল ১। য়েলহিং খোঙসি নাসিসুপা ১। কুমপীতা য়ী থলনা হাপজো। য়েক্রম ৩ য়াওজো।। য়ুতোং ১৬।। অসিসুং ১ তানে। খংজো।।০।। *(চীঙনিঙ চুপলেল ২।১)*

৭। য়ালতেং খোইবি : অশিপনা মহাকচাংবু য়ুং সেৎ সহা হায়না চাইখাইরে অশিবগী খুনমতাগী তুনা য়ালতেং খোইবি ওইয়ে।

*(লৈশেমলোন, লামায় ৫৪)*

লামায় ১১

৮। লাইচা য়ীসিঙ : লাইজ ঈশিংগী মমিংদি জোঁং চীরী। জোঁং চীথোম। জোঁং চীঙয়াক। জোঁং চীতোক। জোঁ চীসা। য়োঁ য়ুললারি। জোঁ চীখা। জোঁ চীথুম।

(তাওপীরোয়্নাইনা জোঁথী পোকয়ে মহাকতি অসিপানে। জোঁথী কৌবাদি ঈশিংগী অহৌবা মমিংনে। জোঁথীবা লৈচিল হায়নসু কৌয়ে। হকচাংদনা ফণী মহিরেল কৌয়ে। মমিংদি ফুহিংসি সনা পীবারেল সনা ফম্বাল মহিরেল সনা কোনফু জৌবারেল কৌয়ে।)

*(লৈশেমলোন, লামায় ৪ )*

ঈশিংবু অসুন্না শৈথাইঃ হা হে কোরৌ মচি ঈ য়াংবন মনাও ঈ কসা লায়ং ঈ; খাকপা পুরৈরোম্বা, পুরাং নাগাক খোকময়োক্সী ওন্দে ঈ, খোকসারোক্সী হানয়াইবা, থোংনাং নানিংরোংবা ফেজাই ঈ, লৈতুম নুংদুম ঈ, নুংমু নুংঙৌ ঈ, অয়াং কৌয়ু অসুপ্পা য়ারক্তগী শিম্হা ঈ, অশাংবম ঈদি য়াইচৎ ঈ, অয়াম্বম ঈদি য়াইকোৎ ঈ, নিংথৌ সোয়ারেল অরিবা মরিকপী মরিকপা শনকোনপী শনকোনবা ইরেন পিগ্রাই খোংয়াইবী কাসা অশেম অশা হৈবী নঙনা শেম্বীও শাবিএ হা-য়ে কোরৌ কয়াগে।

হে ইবেম্মা য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা নমিংবু কচেং ঙানবী কৌবী ঈরৈমা ঈনামুং ঈখেরেননা নামুংবী লোংদা তরংলেন তুরিকপী ঈরিক কোঙোন লনকুম্বী কংপিক কংচাও পোক্লা-ঈ, লাইজা ঈথাবী

লাইজা ঈরিবী কোরৌ নোংথৌরেল তরেৎমজ্ঞগী কুমলাকও, মালেম লৈখারোন তরেৎমজ্ঞগী কারক-ও। নদাইরেমনা পুনেমজরিএ, চীঙু ললকুবি-ও। (খুনুং লিচৎ শাজৎ, লামায় ৪৭/৫৭)

লামায় ১১

৯। আমল্ সিকুম্লাপা (শিরবা) : মীনে মখোঙ ৪ পালপানে মাসা পালবনে। মারুম থুবানে। মারু লৈতাপা তীননে। ব্রাহী-মুনু। কাওচেঙ থারাও ককচেং খোইয়া। নাপী সীঙপী।। অচৎপা-চৎতাপা। অকংপা-আতেকপা। ব্রু-ব্রা পুমনমনাচিংনা অসি খৈপীকনা থরায় ওইরিয়ে। নিংসা হোললিপা খৈপীকপু হঃরেঃ কৌয়ে। মপালতা সীৎলিপাতী নোংসিৎ কৌয়ে। নোংসীৎ অসিনে। নোংসীৎ নিংসা ২মা ১ তানে। হায়না নীঙয়ে। হায়ববু ১ লৈপাগুম তৌয়ে। মপালতা সীৎলিপা নোংসীৎনা লাই সিতাপা অত্যা কৌয়ে। মানুংদা লৈপা নোংসীৎনা থব্রায় সিতাপানে। নিংসাপু থোইনা করি হায়সীপানো খঙও। তৌপাসুঙ ১তা হায়কে। মানুং মপাল অনিমা তীলনাফারোইয়ে করিকি তামকনো হাগরাবদি। মপালতা লৈবা লাই অতুপু য়াওরৌ কৌয়ে। মনুংতা লৈপা থাব্রায়পু চেংঙা কৌযে। য়াওরৌ অতুনা ব্রাপাপু য়াওচারে হায়পাতী শিরবানে (আমলসিকুলাপা) খঙও। (নোংগারোল, লামায় ১-২)

লামায় ১৩

১০। নাওব্রা (অঙাঙ) : লাইয়িংথৌনা মীসেমখৈ কৌপাদি পীংঙ চীঙ হে ৭ কৌয়ে। মমিংতী হুংঙাঙ তরং ঙাহ্ কৌয়ে। মী ওইরকলবদি। নাওপীসং কৌয়ে। মী মাপুহ্ ফারাপতাদি। কৌবদি। নাওব্রা-খাক কৌয়ে। মী মাশক থোকলবদি। হংঙাঙলেল কৌয়ে। নিংসা হোললাপকা। য়েংয়েং। আয়েং। হ হং। মুং মীহিং। মুমারেং। য়ামারেং চৌ অ হ কৌরে। মীনা তাইবঙ ফাওরাবতা কৌবতি। লাংপাচক কৌয়ে। য়ুপাল থাতরিপাগী মখৈতী মমিং থোলহৈতে খঙও। (লৈসেমলোন শৈওনবা, লামায় ৩০/২)

লামায় ১৭

১১। থব্রাই (ফালখোঙ পাইচাররে থব্রাই আতুবু য়েংতুনা) : থব্রাই মঙাগী মমিং- থাব্রাই ৫মাপু মমিং থোনবীরে। থব্রাই ১কী মমিংতী লোললোই কৌয়ে। মফমতি থমপাল লোংনা পালপা মচিলতা সিংলি ১০ তীলপা। তুরেল তুখুল অহম তিলনাপা মচিলতা ফম্হাললে।

থব্রাই ১কি মমিংতি নলসোল কৌয়ে। মফমদি সিংখাকি, থোঙ ২মা ভিলনাপা মচীনতা ফমহাললে।

থব্রাই ১কি মমিংতি বুতিয়াল কৌয়ে মফমতী। মোইপুঙ মরৈকুমপা। খোইখাকি তাচিন লৈচিলবতা ফমহাললে।

থব্রাই ১কি মমিংতী। পীয়া কৌয়ে। মফমতী হাক মরকতা সিংলি ১০০০ অমাতা চাইচিলনা ফমহাললে।

থব্রাই ১কি মমিংতী পীয়া কৌয়ে। মফমতি থৌরিকী লুসমতা। সোং সিংলী মিংলাইপা। অহমনা তীলনাপা মচীনতা ফমহনলে। থব্রাই ৫মতি অসিনে। *(লৈশেমলোল, লামায় ৭/১)*

লাইয়িংথৌনা তাইপঙপালপা অসি থৈপীকপু সেমপা থুঙতে হায়তনা ১রক পোকয়ে। আতোং আসং পোকয়ে। পোংমারু পোকয়ে। মাই মারু পোকয়ে। লাই থোঙঙারেলনা লাইরেম্মা ১ পোকয়ে। পালথোইপীনে। আতোং আরোং লাই পোকয়ে। লাইরেমমাসুঙ লাই থোঙঙারেলসুঙ।। ১রক থাখিতুনা লাই তিন পোকয়ে। অতুকা থাব্রাই পাললিপা নিংসা হোললিপা থৈপীকনা থাব্রাই মাপুনে। হায়তনা হরাওয়ে।। *(লৈসেমলোন, লামায় ৮/১)*

১২। লাংগোল (লাঙ্গোল) : লাঙ্গোল, কৌবা মতাইমদি থিংকোরে থিংকোরে লাইরেল কোকপা থিংকোরে। মশাবি চীঙ্গোল কৌবগা মশানৌ লাঙ্গোল কৌবগা অনীনা (কৌব্রু চীংশাং লাঙ্গোল লম) লময়েননঙৈদা মুব্রা নিংথৌ অতোনবা লাঙ্গোল কৌবনা কোইজবা লমনে অদু নোংগীবু লাঙ্গোল-ও তৌনা কৌয়ে।

*(লাঙ্গোল চীংগোইবা, লামায় ১২৫)*

১৩। অসি থেলফম : (থোঙঙাক লৈমা লাইরেমবী মীরুলিবী অশি থেলফম) : কৌবা মতাইমদি থোঙঙাক অসিথেল-ও কৌবদি কদৌ নোংগীনো। লৈনুং থোংঙারেল চীংখোঙ পোইরৈতোল লৈমা লৈনাউতাবীগা মখোয় অনীমনা মপান্নি খাইনা য়াম মমোম তোকনাহকলবগীবু কৌবা লুব্রাং চীংবু ইন্দাল্লকপদা তমপা ব্রাংঙমলোন খমনুং শিতানুপীদা নুরা চামনা য়াইথোঙ কুম্বা পাখং চামনা শৌব্রা পলকেল্লকপবু নাউব্রা অশিশা ঐনা চরৈ খোইমোমননা ঙাকলময়ে।। অদু নোংগীবু থোঙঙাক অশিথেন-ও তৌনা কৌয়ে। পাখং লৈহেক থেন নুরা লৈরান থেম্নে। *(লাঙ্গোল চীংগোইবা, লামায় ১৪৯)*

লামায় ১৯

১৪। কোরেক : মরী চৎপা থোক্রম শাগে অমা, থোংক্রম মওংদা মনিং তুমথোকপা চাবদা য়াম্না থাই। হৈজিং ফানা কংলবা মতমদা মবুক্কী মরু লৌথোক্লগা কোৎথোকতুনা ঈশিং কনদুনা থকপদা শীজিনৈ। ঙল্লিগী মতমগী ঈশিং কময়বা শেম শায়বা অদুবু কোরেক তুম্বা হায়রগসু খঙনৈ; ইমা থোঙঙাক লাইরেম্বীদা মসি কৎতুনা ইমাগী মফমদা ঈশিং খরুং মনাক্তা থমই। অশিবশিংনা ঈশিং খরুংদগী কন্দুনা থরুবনি হায়না ঙসিসু থাজনরি।

লামায় ২১

১৫। খমনুঙ সাব্রা তাললাকপা : অসিপানা লৈপাকপু খোমসিলবাকুম খোমসিলরে। লৈনুং খোমসিরেল কৌয়ে। ময়োংখোংতা ইনখৎলকতানা নুঙকোয়পীপু মামৈনা ৭লক য়েৎলে মামৈবু ময়ানা চিকনা মখোয়তা থিলসিলনা লৈয়ে। লৈরিবা মফমসুঙ অতুনে। লৈবাক মখোয়নে। অতুকা কংলৈ অসিপাকা থৌতু নুঙসঙপাকা য়ীমতীলনারে মমিংতী। তীললারি হপ কৌয়ে। অতুকা থোঙঙারেল শারে মমিংতী হ হ অ অ ঙাংতুপা কৌয়ে। অতুপু খমনুং কৌয়ে। থৌতু নুঙমু সিতাপনা লেপনা য়ুংপা নুঙনে। খমনুং পুঙমায়োন কৌবাতী অতুনে। সাব্রা কংলই পুঙ ফাবা কৌয়ে।

খমনুংকি থোঙতী। অয়াঙ্‌ লমলাইফমনে। মফম মহাকতী য়ুত্রা মমাঙনে। অব্রাং থংপা নুঙকোইপী মনাক অদুনে। খুমনুং পুঙচি অমাতী। নাকলপম সুমাঙতা লালপুঙ কৌনা লালহানাফমনে। তাওলোয়নাইনা নোংকাপাসুঙ মফম আতুনে। পুঙচি ১তী। অঙোমকি মংনে পুঙচি ১তী। খংনাওতানে। পাৎথিসুঙ অতুনে পুঙচি ১তী। কোনলোয় লৈমানে। খমনুং পুঙচি ১তী চায়োমথোকফমসুঙ।। খুমনুংতা। হললকপানা। চায়োম থোকফমসুঙ। খুমনুং য়ায়থোঙ সিঙশুপানা শিঙথাফমসুঙ। সরায়েলনা লাইরিক য়ীপা মাফমসুং সরালেল ৩মাকি চীঙ কৌপাসুঙ। লুব্রাং শিমারিংপা নোংকাফমসু খোংচোলনুপী ৬মানা। নোংকাফমসুঙ পামংমারুসুঙ, কোলোই লৈমানে। খমনুং মারোল অনিমা অসিবু লৈনুঙতাকি। খমনুংসুঙ্‌ মপালতকি খমনুংসুঙ। অসাইকি লাইকা মীকা সেমলকপাআতু নৎতে। অসাইকি মীওইবা অংক কৌপা অতুনা। সেমলমপা খমনুং অনিমা অসিপু মীওইপা খৈপীকনা, খমনুং লৈতাপাপু লৈয়ে। হায়তানা নুংওন নুংশিহালয়ে। খমনুং লৈতে খঙলময়ে।।

*( লৈখারোল, লামায় ১৭/১)*

লামায় ২৩

১৬। পারি মমোম (ইমোম ) : সিতাপা মপু অদুনা থাকি মচিত্তগী হংগাম মরুগুম অপীশা ওইবা অদুবু লাকতুনা ইপানা মরু হুললপাবু ফাহৌরে ইফা কৌয়ে থা ২ সুনা নাওপুরে ইমাগী থাগী লৈ মপাল শারিঙেদা লৈনা লৈপাল ফীশেংবা নোংদা ইফানা নোংশিৎলবানা পাদোংনাদুনা ইপাতা লৈবা লৈরিক অদুবু ইমাদা থাদরকলে মরা ব্রায়রে অঙগো অদুনা ইমাগী থা ১২ মকতা লৈরমবা লৈরিক অদুবু অঙাংনা চাকচা ওইরে অদুগীবু ইচা কৌয়ে। মপাতগী হৌখিদনা মমাদা লীরুতনা পোকলারে পী কৌরে। ঈতো ওমলাপগী পীখিরে ইমোম কৌয়ে।।

*(নোংকায়োল, লামায় ৬/২)*

লামায় ২৫

১৭। খম্নুঙ থোঙ্গাক য়ীমা : চৈরাওবা নুমিৎ চহি খুদিংগী কায়দনা লাঙ্গোলদা লৈবা থোঙ্গাক লাইরেম্বীগীদমক সনা কোনুংনা মাইবা মাইবী থাদুনা ইমা থোঙ্গাক লাইরেম্বীগী খরুং, কোরেক তুম্বা, ফিরোললনচিংবা কৎতুনা ইমাগী ঈশিং হৈদুনা থৌনি, থৌনিবা লোইরগা মৈ হৌরগা মৈ অদুগী মৈঙালদা করম্বা মখলগী তীল-কাং চঙলকপগে পাইরকপগে হায়বা অদু চৎলিবা মাইবা মাইবীদুনা য়েংলগা চহী অদুগী লৈবাক্কী নিংথৌগী অফ-ফত্তবনচিংবা মহে য়েংই, লাঙ্গোল নিংথৌগী লাইশঙদসু তরুং লাইরেম্বীগী লাইশঙদসু থৌনিরোল অসি মাইবা-মাইবী থাদুনা কায়দনা থৌনিগনি কোনজল য়াইচননচিংবা তৌই।

*(শজিবু চৈরাওবা, লামায় ৩/৪)*

খম্নুঙ্গ থোঙ্গাক্ ইমা : খম্নুঙ থোঙ্গাক ইমা লাঙ্গোল লাইরেম্মাবু অসুম্না শৈথাইঃ হয়া হে হে খোয়মোম কোরৌ অব্রাংবী। খমনুঙ কোলথে অতামবী সোংলেন অথাপপী। য়েনহৌ খোইরা মরুগী নপোক খোইরা য়ান। কোরৌ মী নোংথৌ ব্রাঙপল মী কাসা-ও। নোংথীল কোঙয়াঙ মীচৈসু লোকলৌ পনম ঈনমখাঙ অলুমবী-ও। থোংলেন তলা মীপলপৈ য়ীললুম চরা মীরুথুপ। লাংচেঙ তরা মীরুথেৎ খোইনৌ মীলাং মৈতা-ও। তাইবঙ লীকলেং লংসুংয়াই লৈত্রেং নোংত্রেং অতেংবী। য়াইথোং খম্নুং থব্রাই মীথেমবী নমু থব্রাই য়াইবীরেল মীপোকপী। তাইপঙ থব্রাই পুমনমক্কি ফুরেল চাংচৌ ওইরিবী। য়োইপু নোইনু থুমলৈমা খমনুং নোংকং হুললকপী। তাইবঙ থব্রাই লীকলেং

ওইরিবী য়োইপু থোঙঙাক লৈহৌবী। অব্রাং কোরৌ নোংহৌবী খমনুং হৌওঙ খোইকুমবী। হৌওঙ কুমপা খোই, লৈতাঙ চাওখোং নাযেৎ খোইকুমপী। লব্রাই লৌসি খোই শংলৌ নোংকলি, অব্রাং কোরৌ নোংনথাপা খোইকুমপী। খমনুঙ থোঙঙাক নপাল উনাইতা নারাল লীচৎতবী। তাইবঙ নোংসাপালকি লৈচঙ লেনফু মরা ওইবিবী। সিতাবা মপালথাবী নতাবা মউ লিংনা খমনুঙ নঙগী থোঙঙাক সনা ঙৈথোম শৈওলবী। পাথম য়ৌরাই মেল ওলথোকপবু তেংথাজরককে খোইমোম নাঙল থানথপা নাচু তোংচেং খমলৌ লৈয়াপী কমপোং নাকা য়ামবা ব্রাকয়ে নহিরমবু হোলক্‌কে। তোংচেং খমলৌ নচেখুল খোইমোম সনা নতেংথা। য়োইপু চালৈ ফিসক খঙবী মুকমু হিথাংয়ামবী তাংজা মীলৈতোন খুদিঙতা লাংপন চীঙসাং খোইরেন হিকুমবী তরেৎ শেলচা মনিল নাই ব্রাংলেল মরাঙ হৌ। খুনুং হাওবোন সংসঙ থোকপী সেলকুমববু ললকুবীলক-ও। খোইমোম খাপী মথিন নাইকুনো অমাই নরাঙ হৌবীগনো। খোইমোম সনা নখোঙখাতা নমু তাইবঙ মীব্রাকমনা। পারি পুরিখোই মেলতে মেনাং খোইকুমপাবু তাইতুম তাইনা মুকমু লৈতোল কোননা পুরুমচাবককে। খোইমোম কোবৌ নথুপ হৈ, ব্রাংপন নমালহৈপু পুলসি নুংশা খুৎসিলনা লনকু তাইহেন নাইতাবী যোইবু থোঙঙাক লাইরেম্মা পলথৌ পলেম পীনাইতবী নাপল লাইবেল তাওরোইনাই অশৈ ব্রাংবী লাই তুপী থীঙকোক লাইরেমপা লাইবেল চীওয়া ফৈথিংবা। তুপী কোনতমবা লাইরেল ফৈতমপানা খোইমোম নতোম সাংৎলকপী নমা খোইমোম লাইবেম্মা যোইবু লাই নামুংবী মাললেম তমপাক লৈবেলহলবীনা লাংপল চেংকুম পালতামকুম য়োইবু নতোম তোমশাৎনবী। খোইমোম চাকোক অখৈবী নুগী নুলম তাবী পাগী পালম শকপী, লুমাঙ শমলাং চাকোলৈ লুতুং শমচী ওইবমহুল। লাইকি মপোক অথোইবী য়াইবী ফেলতং হৌভা নোংফাই সেফাহুলতা লিক্লা ব্রাইফেল তাকতাবী খোইমোম থোঙঙাক নহিবম খোঙবু নবোল য়ামববু তোংচেঙ খমনৌ নতৈখুল খোইমোম নঙগী নতেংথা পুলোল পেলোল য়ামবা সনা নতেংথা শকলককে, খোইমোম লাইনুবা অতেংবী তুপী চীঙলাই লৈমা চানু খোইমোম কোলখৈ অতামবী কোবৌ খাইকা খাইথাবী, খোইমোম সকওং অমমবী সনা চেংলৌ শকনাইতা। কোরৌ নোংনা ব্রাংভা মালেম লৈনা খঙভাবী। কোৱৌ নাপা য়েং ব্রাংপল নাথল

য়েংনা। মুকমু লৈতোল কোল, মালবী খুৎতপনা পুরুমচৈ। খোইমোম হুয়েল লাললৈমা হুয়েল লালশোক লালকুপী ব্রাইরা শাদি শালৈমা কচেং নিঙথৌ কলবী। থাঙলেল হাইকুপ চেলবী সনা চৈপুন সুবী। কাচেং নোংথাঙ চুঙসেলপী খমতৌ লেপতম চোংকুম। লালশোক তেংপাং হৈবী, তরা চাকসু চাকুবী। হুয়েল তোংমাই লেপপী খোইমোম থুমনাও হেনসোলতাবী। য়েলনাও নাহেল তানতা পুলসি ললকু হৈবী। পুলসি ঈব্রান লৈ অব্রাং সাবু লুতোং লৈবু। মুকমৈ নারিল সোলবী কোরৌ নোংমাই হল, মাললেম লৈমা অহলবী তেৎনৌ সাচৈ সৎতা সাব্রা চুমথোঙ হাংতা লাঙচল লিপুল থোকতানা। য়াব্রা খোনচেল খোলনাইতরিঙে পুনুং পালতম নাইতাপী কুমচিং হিকোক লিওঙনা চীঙখৈ লৈনা পালতমকুম, ব্রুলবী পুকনিঙ সুমপাতা কাচেং নোংথাঙ্ কুপকুম, কুপফেৎ তাকুপলকপতা নপোক খোইরা য়াহৌপী থাঙলেল হায়কুপ চেলপী, কাচেং নিঙথৌ কনবী। অব্রাং নুংকোই সেললমৈ, চারা নাকমপোং। তাঙচা নারিং সং, লিলা তোংকোলপা খ্বাঙসেৎনবী। চকমোম খানবী মৈরিথক মৈত্রেঙ মৈথাঙথৌ মৈতোংবী, নোংচুপ মৈরা পোলচেলবী নোংচুপ ফেনচী নোংহুম-সা। কৌবা লাঙ্গোল চীঙচাও সাবু সালনা শানবী। খোইমোম লাইচম লৈমা খেকমোই থালবী খোইমোম পালপা ফাবী লাইরেম্মা কৈলেল তোংবী অঙৌপা শাকোন তোংবী খিকলোয় মানপল থকতা খুরুপ মানপল হৌববু লাংকোই খোঙকুল নাইতবী। অঙালবা হেনলোই চঙপী নোংশাতনা ফৌকংবী। নোংচুতনা সাইচোৎপী ফৌরা মারম মচেং কংবু মালেম পুঙফা নীকপী, চায়চোৎ ঈসৌ লাংতাবী। খোইমোম কোরৌ অব্রাংবী কোরৌ নোংমাই অহলবী। য়োয়পু তোইপী মিংগৌনবী, কৌপী তংকানুপী পুয়্তীং ব্রাক। মালেম লৈপাক লৈরেল হলবী লৈপাক অমাইবী ব্রাহায় ব্রাচুমবী। কোরৌ নোংনা নালবসুং নাতপী মাললেম লৈনা সোনলবসু সোলদবী, কোবৌ নোংদোল নোংবু লাইকলবী মাললেম লৈপাক লৈবু লাইযেংবী, কোরৌ থককী নোংনা খঙদবী মাললেম লৈপাক লৈনা উদবী কৌবা চীঙগোল চীঙমাই হেনবী, লমলাই ঙালপা চেককুমবী অসাং লমবু ফংবা চানু ব্রাংকোল লাই লাইরুরা অতেংপী। ভুপী চীঙলাই লমলৈমা লাইরেল কচেং ঙালবা চানু, খোইমোম হেকঙায় মীনুংওন যোইবু খোইনিঙ উনলাংপী খমনুং থোঙঙাক খোইমোম লাইলেমম্যা কৌবা লাঙ্গোল

য়ুমজাও ঙালবী। খমনুং খোইমোম লাইরেম্মা হাইনা য়াংফং কোললোল ঙমতাবী। খোয়মোম পুকনিঙ নাব্রা-চা হেপনিঙ লমশং তোংপী। হেনলোয় চঙনা তোয়্‌তাওপী ব্রা সমচেৎ তোয়নাল তোয়পী। চকপা লৈখুচামতা মিৎয়েং তোই, খোইমোম চেংলৌ শককোই মীৎচুবী হেন্না তেককা তেকপা থক্তা ঈরেল লাইজা থকতা ঈফুপী নৌকা নৌপা তনৌ থকতা থৌতু চেঙচা নুংঙৌ নুংঙলেন নুংনলপী। নুংলাং নোংকা লৈকা য়ামপী থৌদু নুঙলেল নুঙমায় হেনপী, লাইজা চরাং য়েন নালেকপু লাইজা য়ীকা য়ালনা সাইতোংপী। নপাঙ উতী সেকচুম য়ী, চেংচাম ঙাফা ঈনা শমনালপী। লাংপল খোইলিক ব্রাকা লৈ মালং খোংওই লৈনম লৈ।। ব্রাত্রা সিলহৈ ঈনা থাওতৈপী সনা লাইলৈ য়ীনা হৈতৈবী। ব্রা সমচেৎ তোনাল থোই সমতুপ মাইতেং থোইনা হেলপী। খোইমোম তাঙচা লুরেল সমখাইলেন খুৎনিংথৌ তোমপোকপী মকাইফম, সব্রা তুলৈহেলনা খাই খিং খিং তাঙচা সমখায়রে। মচীন মনাও চেঙচা ফৌহোলনা চীঙসোং মতৈ মনাও অনিনা খানলৈ লৌকুম কুমবী লম খোইমোম সমচি নাওরোই হুল খিং খিং কাইনৌ সমচিনা, মদু নিংথৌ লুনিঙ হককুমপী তাঙচা লুমায় খায়বু চুনবী লুরেল শকথোং লৈকা হেনবী সমলাং নাকতৈ পাংমা অমনা কোনফমলেন য়ীরেল য়ীকুমপী। সমলাং নাকতৈ পাংমা অমতী নাকা মাঙসোক য়ীরেন চীঙকুমবী, তয়ুম নাইব্রালনাকে তৌকুমপী কাওরেল সলসিলনকে তৌকুমপী। সব্রা বুফোঙ মৈথোক চেককুমবী সমলাং তোলনা নালপী, ঙাইখোং নুরা শিনথোকহৌ মোমনু থিককালি চোমফালি। নুরা খিং খিং লৌরোই থোং অয়াং নাইপা চানু লৈমা অখোং অয়াঙ ফাপী খিং খিং চোমফা-লি মোমনু খুৎনা ওলনা সনা লাকা তোইথুপ চলপাপু। খাঙতপ নাওলৈহেনপী খোইমোম থপাক লিকখোম-লম। চাইচী হৈরাং চালনা চোইনৌ সনা পুলকুম, তাওচিঙ হৈমুল মরৈ ফারপী, মুকতা লিককোয় থিলপী থিকলেল থাদি চাইচি হেনবী খাকী হেনমোই লংনা কলপী কিয়াং লানা য়োমপাকুম অহেন মিৎচু পুকহপী। য়ারেল থাপা লিকরেং সিলকুম সেলপী হৈওন থোককি হৈরাঙ মতাচাবু থোইনা মলপীন মিৎয়েং খুফম হোংতবী। খোইমোম চীলপাল মোইকাইরেল সাপল তায়াল হৈকুম হেনবী খোইমোম হেকমায় মীনুং-ওন, অহেন পুক্লিং হনা মিৎচুপী। সমু খুৎসা তানৌ পুহপী চৈরৈ লেংতোল য়ালপীনা মাললৌ মীমাঙ খঙনা তাক, লৈকাই

হেনলোই হেননা চঙপী নত্তা নঙাইরোই খুলপোই য়াম, ঙালপা লৈতোঙ ঙালনা লেপপী, লৈরক শিলনা শিলসু খুতিঙ খোংপাল লোইখোঙ হাঙতা, হিতেল চংলৈ খুতিঙ সালতেংপী, পালপা লৈতোঙ খুতিঙ মিৎয়েংপী, খোইমোম শাগৌ নঙাই লোইনা চায়না মাইয়োক লৈনা সোংক্নীতপী, নপল থোইনা খমনুং থোঙঙাকপী নাতু থোই ব্রাংনা থোঙঙাকপী। খোইমোম নতোম হালনা থালকপী, য়োইপু কোরৌ অব্রাংপপু তেংথানপী, খমনুং ব্রাংকা ব্রাংপা মথকতা ব্রাংচাক চানা ব্রাংফমনবী। য়োইবু ব্রাং খুনেৎনবীনা অঙাওপা লমহেন মাঙহলনাপী। অশিং অথোই তুংকোলনা পাংকল হকসাং ওইনা ঙমফাতপী। পুনসি ঈব্রাললৈ থাদা থেৎপী, ওইনমপা খুৎপাম খুৎতা শুপী। অথুমপা লৈয়েং লৈতোন তোং অব্রাং কোরৌ নোংবু খোনপী। মাললেম চিথেক ৪ মায়কৈ ৮ সুংতাই ১৬ সিংখায় ৬১, লৈরোল নোংলোন ৭ মকতা পরিং নালা মাললেম লিচৎপী, নতোম অব্রাং কোরৌ নোংফংনা কোরৌ নোংলোল নতে য়াম, খোইমোম নওঙ নতৌ য়াম, য়াঙপী খুফম লৈতোং য়ামপী কাইর্পা মুংসোল হাক্লা হকপী খোংপাল লৈতোঙ খুতিঙ লৈরক শিলসু হাঙতানা সৈওনপী, খোইমোম সনা নহিরম থোঙপু লোল লোল য়ামপী মরা লিচং লিনা শৈথিকে য়োইপু খমনুং থোঙঙাক লাইরেম্মা কোরৌ থোইনা ব্রাংপী নঙবু নহাল হায়ীঙৈ লাইরেম্মা লাই নামুং নামুংপী খমনুং থোঙঙাক লাই অচিপী নয়েক কিনা তেংনা তেংথানরকপী কোলফম লৈতকপী মালফম লৈসেংপী মালেম সনা লৈফমলেলপী লৈরোল লৈমা লৈহিং কোলবী লৈসুক লৈসোই য়ামপী খমব্রা য়াংমোইনু কোকচা লৈরেলনু খোইনৌ হুমপু নারেঙ সুপী, চীঙডু খোইমোম লাইমৈ হুই তাইপঙ ঙমলোই সুপপী, বুলপী পুকনীঙ ঙকনা সুমপতা খায়ী লাইয়ী লৈনা য়াৎ, লেলফু লৈচঙ মরা ওইপী মালেম সেকনিঙ হাওসম সাকি লৈফু খুংশাপাতা লৈরী ঈসোলনা মালেম লৈখাঙ হুমলৈমা ওই, মালেম লৈতাই য়াইপী লিহৌনা নুংনাং কাওখঙ কোল পাফনপী। কোরৌ নোংথোই মতোল লোম মাললেম সাইলোঙকুম মরু য়াপী মতুপমনা লিহুনপী খমনুঙ থোঙঙাক নঙাল অরাপনা নলিক বুলথম, লিক্লা হুলকুমপা নামু য়াইপী পোৎথা-ব্রাই, অচৎ অলেপ অপকমা পুমবকি চেংলৌ শকথোং শকতম ওইবী, লাইজা খারুঙ ঈমাই চোল লাইচা খারুঙ হাংদনা ঈরুংবী, তাঙচা কোরেক মখুৎনা পাইহননা লাইজা পীপুক

থলনা পীথকপী, য়ীয়ুকী লাইচা ঈশিং পীথকনা থব্রায়কী অরাম থৌরাং কোকহনবী। তাইপঙ কোইচা লনথোই তালপী চীঙু লাই সিতাববু নিঙশিংনা তেঙ্গপাং পাঙকল থাব্রাই ওইবী থম্মোই লৈত্রেং লৈকানুং, থমপাল ব্রুলবী পীপুক লাইয়ুমনুং, ব্রুলবী নিঙশিং তাংথৎ নাইতা থম্মোই লাইয়ুম লাইমিৎ ওইনবী, মুকমু লৈতোন লৈ তারেংপী লাংপল খোইলেল হীকুম তাংথৎনাইতপী হুমপু নারেঙ সুপী। লৈকন মাথং শিৎনা লেংপী নোংকি মাথং সিননা শিংনথপী, চিলতাই সমচিলনা য়ুমতিল লাইকোয় য়াইতা লংনাপী থাব্রায় লাংওনবা নুমিতাং সোইসেল অপোক চাতা লাইহুই য়েলপী য়োইপু লাই নামুং নামুংপী, মায়েংকি তেংথালকপী চেংলৌ শকনাইতপী, খোইমোম লাই অপকমা পুমবকি নঙাল মৈরী থোই অরাপী চেংলৌ শকপাল শকথোং ওইরিপী খমনুং থোঙঙা নঙাল অরাপনা খোইমোম লাইসক ওইনা ব্রালিলপী, পাংকল নথৌ থোইনা হেলপী খুৎসু নথৌ থোইনা হেলপী, খুৎশা তাংথক তানৌ হেলপী, থব্রায় অপকমা লৈরি পুমবকি নিংশা নুংঙাইনবা ওইরিবী। নামুংপী থাব্রাই নোংত্রেং তোংপী সাথৌ চৈকন থেকপী, পাংকন ঙমফাতপী খোইমোম লাইকি য়েকনপা খৈপীক পাংকন ঙমফাতাপবু নোইহৎপী, খোইমোম হুয়েন লাললৈমা, লালসোক মৈরা চাওকুম চাওবী, লালফম য়াইফা থোইবু থোইপী, লালফম চৈকন থেকপা খাঙফাতপী মাললেম য়ীনথাইলকপতা, কোরৌ নোংলি থুখাইলকপদা পুকনিঙ হপা তিংখং সৌনাইপা খোইমোম লাইরুপ তালথোকপী নমু পোংলুপ মাঙহলপশিং, য়োয়পরেং খারা সাথৌ থোই খোইমোম সকতোং ঈঙাঙ-কা। থাঙহাই নোংথাঙ কুপা পালতম তাহল সাঙাইসেল পাইকুমনা, পুকনিঙ তিংখং নাইপা মাঙহনবী পাংকন লালসোক নমাঙ খাঙফতপী লালসোক মীথৌ অহেন শকপী, খমতৌ লেপতম মঙম চোং লালফম খুদিং কুম্মে য়েংপী, খোইমোম লুরেল তাঙচ শমপোকতপী তাঙচা লুরেল সমলাং চোইকেলতপী, থারেল থাদি থিকলেল থনাইতপী ব্রুলপী পুকনিঙ ফান সুম অমম মখৈ লৈতা নাইদপী, নতোমময়েংকি ওইনা ভোংথাললকপী মালেম লৈপাক লৈরোল লৈতরিঙে লাইজা তলং ঈপাক থকতা তাইবঙ সেকমোং কাইপী পানতমকুম, পারিং লাংসঙ মরী তৎতনা তানথোং ময়ুং লেপতমপী, লেমথোঙ মফৈ ওননা তমপী পরিং লাংসং থানা থাপী, লাইচা ঈফম ওলনা ওনপী মাললেম লৈপাক

পোৎলুঙ খাঙপী। নোংথৌ মরোল পোৎলেল য়াপী। চীঙলেল চীঙচাও পোৎলুমপুপী, খুনুং লাংপাকোক চানু ওইবী লাই নামুং নামুংবী নঙনা নশাবী লাই নামুং নামুংপা মায়েঙকি নতেংথাবু তেংথানরকপী মাললেম লৈপাক চানীঙ লৈখৈকি, মাললেম লৈফু খুংসুপতা পানফনপী অঙৌপা চীঙঙ্ থোয়ম লাইতীনফম ভীললিল তোলতৌ মপোক অহালপা নিংসা থব্রাই য়াইপী থোঙ মিৎলং নারং খোইপুং থোঙ সাব্রা তুখোং খুতীঙ হাংদা চীঙঙ্ লাইয়েক সুনা হাকোকপা, লাইনামুং নামুংপী লীয়েৎনরকঙৈ ভাওরোইনাই সিতাপা লাইয়ুম য়ুমওইনা, মালং য়েৎতা লই লৈমনা খমকোল ওয়তা লই হুমমানা, নমু তাইপঙ নোংসা পালপতা খোইমোম তোয় তাওহোনপী খোইমোম থোঙঙাক কোরৌ অব্রাংপী নঙপু খোইমোম নপোক হাথা হৌয়ে, থোঙঙাক লাই নামুং নামুংপী খমনুং থোঙঙাক থব্রায় পীমাপী লাইজা তরং ঈপাক থককি খোইমোম ইতাও লাই অয়াঙপী য়াইপী লিলতাও লালনঙনা থৌদু নুংনা সাকাং থকতা লাইচা য়ীদি নুংকৌ মহালকপগী ভীললি তোলতৌলেলকা লিয়েৎনা, মাললেম মনুং ওইনা ওইরকপা লোইতাম থাপু খাই, তরা চাকতি চাতংতানা ফমফমপী খোলচেল খাকপা তেললোইনবী খমনুং থোঙঙাক খোইমোম য়ুমফমলেল কৌপা নঙকি চীঙলেল নাপোমতী খোইমোম তমপা ব্রাঙম পানথোইবীনা নোংপোক খোইয়ুম লাইয়িংথৌগা তোয়নবিঙৈ কৌবা চীঙ্নুং সোয়রকলে হায়নখি কৌবা চীঙ্নুং শোয়-ও কৌয়ে। খমনুং সিতানুপী সান শানওনখি কৌবা খমনুং থোং কৌয়ে। খোইমোম খমনুং সিতা নুপী সানওলকপা কোরৌ থোংথবক ব্রাংবন্না চাওথরকয়ে। কৌবা লোকসা অমদা থুপলময়ে কৌবা নোংতা থুপ-ও কৌযে। লৈমালৈনাওতাবী মপারি শিখি-লম নাউবা অপিশা হলব্রাই চীঙ্, হাওকপ চীঙ্শাং খুনফম ঙাংচেং নউব্রা অপিশা মরাল য়ুমশাঙৈ নহা খুনলিং চীঙ্ কোলোইনা কৌবা খুনফম ঙাংচেং ময়ুমফম খমচীংকোন হায়হৈবা অমম খমলৈ থাথোকফম থারোং লোইরেন ওন্না লোকনে নিংহন শিহন খাবী লেংনাউখোম্বী খমনুং খোংনিং অশি তম খোইমোম ব্রাংঙলোন নাউবা অপিশা শানওননোং ফিশেৎ তমনা নৌনা হল্লক নিংহন শিহন লৈনাওতাবী ঙাইবোইন কোলোয় মমিং থোনসু হোংলকয়ে। তমপা পাম্হোইবী নাউব্রা অপিশা মশানৌ চৈরৈ খোয়তোম নাথোকললকয়ে। নাউব্রা খোয়দোন পাৎ কোললোইনা ঙাকপা লোকতুনা

শেমবা ব্রাইনে, পোইরৈতোন লৈনাউতাবী অমাইবা অমাইবী শচিবী লাংকাপ্পী লৈরি লৈফোংবী মংব্রাই তুংব্রাইনু কাইবা য়াংকা কম্বি লুরোইথোং মৈবুল হাইচাও থান খোমলেল মঙহিপনা পারি শাৎনলৈনে মপাও হায়ববু মমোম ফুইরকয়ে, মমোম ফুইগেনে, মপাও হায়গেদি মপারি মচানুপা শাৎলকয়ে। মাইবা থোংনাং কাইবায়াং খোমলেন মঙচং মাঙয়িন মংদা শোইগেনে। খোমলেন মঙহিপনা হায়খি মমাইবা মংদা মংচং সোয়গেনে। পোইরৈতোলনা কৌবা লমলেল খাবনরিগেনে খাবন হামতেং-ও কৌয়ে। লৈনুং থোঙঙারেলনা অনৌবা অমরক খমচিংকোন শাচুং নিংথৌশানা নিংহন শিহনবা পাউ তাকখৎলকয়ে। মাইবা থোংনা কাইবায়াং-ও নিংথৌ পুন্সি নুংশাং নি-ও, লৈমা পুন্সি নুংশাং নি-ও, চীঙলোল তমলোন সুদুনা কুরেক তেনবী থোকনা তোনকব্রাইনা ঈমা থৌফি লৈফমবীনা লৈফনলো ঙাইঙোই লৈরাম্বীনা লৈরাম-ও। কোরৌ নোংবু লাৎ মালেম লৈবু তাই সুপনি শোইনিরিয়ে।।

(লাইচৎলোন তেংথা)

চৈরাওবা : চৈরাওবা নুমিৎকী অয়ুক্তা ঈরু শাদেংনবগীদমক নুংজেং ঈশিং, মন্ত্রী পুনশিবগী পুখ্রি, লাঙ্গোল পুন্সিখোং ঈশিং, খাখোং, লাইখোং, মারোং খোং, খোং ৭ অসিগী ঈশিং শোক্লগা তিনসিন্দুনা ঈরু শাদেংবনা মীদুগী চহিগী ফৎতা হৌবা কোকই হায়না লৌনৈ।

চৈরাওবা নুমিৎতা অয়ুক্তা য়ুমশিংদা লাইনিংথৌ সনামহি ১সুং লৈমরেন। অনিদা অনৌ অপেন কৎলগা কৎলিবশিং অদু মথেল ওইনাথোংদুনা থোঙ্গালদা ব্রাই তৈথোকতুনা হৈরুক পান ধুপ থাওমৈ কৎতুনা চাকলুকা অহুম, অনি, অমত্তা কৎপসু য়াওই। চাকলুক অহুম কৎলিবা অসিদি ওনখিবা চহিগী নুমিৎ, কুমশি চৈরাওবা নুমিৎ, নোংমৈগী চৈরাওগদবা লাইদি অহুম হায়বদি ঈরমম্মাবা তুম্মাবা, ঈরমশেনবা তুশেম, কুমসনা কুমলিক লাই অহুম্না খুল্লবা মতুংদা অরেম্বনা হনবা কোকচাও, হনু লৈখম, খুন্দাহানবা ৩মক্কা ফংবীয়ু হায়দুনা থোঙ্গালদা থাদোকই। অনি কৎলিবা অসিদি লাইয়িংথৌ, লাইরেম্বাগী ব্রাথলদনা কৎলি। অমৎতা কৎলিবা অসিদি তাইবঙ শেম্বা মপুগীনি হায়বগী মওংদা কৎপকী মওংনি। চৈরাওবদা শাগৈগী সনামহি লাইনিংথৌ লৈমরেল ঈশাইফু শেংদোক্তুনা হৈ লৈসু কৎলি। নুমিৎসিদা ঙমহৌদ্রবদি ৫নি মনুংদা হৈ-লৈ তমজনিংবসু কৎনৈ। কোনুংদা অয়ুক্তা

লাই নোংশাবা,পাখংবা য়ুমজাও লাইরেম্বী লাইগী লাইশংদা খোং হাংনা লাইগী ফিরোই হোংদুনা অথেনপোৎ কৎকনি, লৈহন ভমগনি। লাইখংবম শাগেনা লাই নোংশাবগী লুক হৌগনি নুমিৎনা য়ুমশকৈশদা লুক কৎলি। লাইশ্রম শাগেনা পাখংবগী লুক হৌগনি নুমিৎনা ইরাইদা লুক কৎলি, য়ুমজাও লাইরেম্বীগীনা থাওরোইজম পীবানা লৈপাকপোকপা নুমিৎতা লুক কৎতুনা চয়োল অমদা অমুকখক পাঙথোকই।

চৈরাওবা নুমিৎতা চহি ওইনা লাঙ্গোল খোঙঙাক লাইরেম্বীগী মাইবা মাইবী থাদুনা খরুং কোরেক তুম্বা ফীরোলনচিংবা সনা কোনুংনা কৎতুনা লাইগী মতিক ময়াই শকতুনা থৌনি লোইরগা মৈ হৌরগা মৈ মৈঙালদা করম্বা তীল-কাং চঙলকপগে হায়বা মাইবা মাইবীনা য়েংদনা চহিদুগী লৈবাক নিংথৌগী অফ ফত্তনচিংবগী মহৈ য়েংই। লাঙ্গোল নিংথৌগী লাইশঙ, তরুং লাইরেম্বীগী লাইশঙদসু মাইবা মাইবী থাদুনা লৈবাক নিংথৌগীদমক থৌনিদুনা কোনজল য়াইচন তৌই। ইবেনথৌ হুইতোন পোকপীগীসু মাইবা মাইবী থাদুনা থৌনিরোল থায়নদগী কাইদনা পাঙথোকই। শল্লাই পোকপা লাই ইপুথৌশিংদা হে-লৈ ফিরোই ফিঙাম কৎতুনা মাইচৌ মাইবা-মাইবী অশেনা লৈপাক নিংথৌগী লৈচং লৈনবা, লাইচৎ লায়না মহৈ-মরোং, মতিল-মকাং অফ-ফৎতগী য়ারমবু লৈপাক নিংথৌ অঙম-অথৌ লৈবাক্কী মীশিংদা খঙহল্লি। লৈপাক্কী পুক্লিং লৌশিং ওইনৈ নুমিৎসিদা লৈকাই লাকপা ৪ হায়বদি খুরাই, য়াংখৈ, খ্বাই, য়াইস্কুলগী পানা পুবনা পানা ফীশেৎ কাইদনা শেৎতুনা মীপুম খুদিংনসু খঙনবা শাগোল তোংদুনা চৈ মতোন্দা শরিক য়াল্লগা ঙসিদগী হৌনা অনৌবা চহি ১ হৌরে হায়না লাউই। অসুম্না লাউই হায়বগী কুমজা নৌনা হৌবা অরিবা চহি লোইখিবা নুমিৎ অসিবু কুমজা তেকহৌবা থাজা নৌহৌনবা শজিবু লাকয়েল তাইবা হায়না খঙনৈ।

চৈরাওবগী থৌরমসি মৈদিংঙু ক্যাম্বগী হাখঙ্গীগীদি চৈথাবা কৌবা মীংথোল পীদুনা নুপা অমমম চহিগী ওইনা চৈ থাবা হৌগ্রে। ক্যাম্বা সনা হাকথক্কী শোক ১৪০৬ দা চৈথাখিবা অহানবা নুপা হিংয়াংলোই কৌই।

মতুংদা চৈথাবা ১সুং চৈথারিবা মখোয় অনি নিংখম শমজিনচিংবা অঙবা কিজেৎ শেৎলদুনা নিংথৌগী সনা মাঙদা চৈথাবনা য়েৎতা ফমই অদুগা অনৌবা চৈথারিবনা ওয়দা ফমই। চৈথাবা নুপা অদুনা নিংথৌ তানা অসুম লাউজনি।

*ঐবু শীজবা ইবুংঙো লাইনিংথৌ নোংথৌরেল অথৌব-ও। নদাইরেম ঐনা পুজরকপা চহি অসিগীবু নদাইরেম ইতাও (মমিং) পুজবা কুম্না লৈমা নিংথৌ পুনসিবা চাকহোং ঙাহোংবা ললহোং থুমহোংববু থোইনা হেনবা ওইরসনো।*

মসি হায়না চৈথানা শিন্নরগনি। অনৌবা চহিগী চৈথারিবা নুপা অদুনা ওয়রোমদা লৈদুনা খুঁড ২মক লৈতানা নিংথৌদা ওনশিন্দুনা ফমগনি। অদুগা লৈপাক নিংথৌ মীয়াম তানা হৌনা মখাগী অসুম্না লাউগনি:-

অনৌবা চৈথারিবনা হায়গদবা ৱাহৈদি :

*ঐবু শীজবা ইবুংঙো লাইনিংথৌ নোংথৌরেল অথৌবা। তাইবঙ সোরারেল নমু পোংহনবা-ও। নমু তুবি য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবা অঙৌবা লংমাই নিংথৌ কাইনৌ চীংশোম্বা, চীঙঙু অনিমক্কী লোইদাম মকুম শাবু মৈনা ৱাই তাংনা শম্না, নমু নোংথৌরোল খুদিংদা কোংবা লৈথোং ফাৎ শজিবু লৈখুল ফুল, থাংজিং মখোক লাং খোক্লাং মচৈ থাং। পাখং হুয়েল লাল পাম্বনা হুয়েল লান্দা খোক, কংলা মচল খোক হুয়েল লমচাও ফানা চৈ, শিনাই ননি লোংবনা, খোক্লাং কামু চৈ, শরিক খিং খিং থাংনা, লৈরক থৌকাই চৈবু খোক্লাং লোংদা থোংবা চৈথাবা (মিং) কুম, লোইদাম কুমবা অনৌবা চৈথারিবা (মিং) চৈথারকপা অসিদা ফত্ত, হৌদি শাবাও-লানবাও কল্লক য়েক্লা পুম্নমকতী থারে লেপ্রে তারসুনো, ৱারেল লালেম খুনজিন লালজিন মীচম মীপাও হাকথি শোইনাই তিস্থুং লাইথু অরাল-অহুই পুম্নমক্তি নদাইরেম ঐনা তাংজা লুদা থোংনা পুজরগে।*

*ঐবু শিজবা ইবুংঙো লাইনিংথৌ নোংথৌরেল অথৌবদি নুমিৎকুম মশোং চাও থাবাগুম মঙাল নাইনা কুমজা তেকহৌনা থাজা নৌহৌনা পুন্সি চৈরৈ কুই ৱাঙম খোংদোন শাং তাম্বোং ময়ুং কুই। লেমথোং মফৈ পাকপা পোইরৈ খুলহোং লৈহোংবা খুঙ্গাও লৈচাওববু লেপনা তানফমলঙেনে।*

অসুম্না লাউবা লোইরবা তুংদা চৈথাবা চৈথারিবা অনৌবা মখোয় অনিদু য়েৎ ওই ওম্ভোক্রদুনা নিংথৌ মাঙদা ফমই। মসিবু চৈথাবা হায়না খঙনদুনা কুম্বাবদা মমিং চন্দুনা চৈথারিবশিংদা লৌ পরি ১ মনা পীবগা লোয়নননা পরি ফি থুম্বোল নামচিংবা নিংথৌনা মপুন্সিগী ওইনা নিংথৌ থৌদা কোকপিরম্মী।

পানখৎলকপা ৭নি পানবদা কোংবা লৈথোং ফাৎপা শজিবু লৈখুল ফুনবা অঙোম পোকপা নিংথেম পোকপা লাইফমনা লৈরিবা ইরিল তুরেললগী নোংচুপ কোংবা খুল্লেলগী নোংপোক থংবা মফম অসিদা লৈবাক নিংথৌগী অমাইবা লোইশঙনা লৈবাক নিংথৌ ফনবা অমসুং অফ ফৎতা খুদম য়েংনবা, লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিনা য়াংদৌবী য়াংদৌবা কৌনা কুমজা থাজ শাখিবগী লৈথোং ফাৎতুনা খুদম চাংদম য়েংদুনা থৌনি। অসুম্না কুমসু কুমওম্নরে, থাসু থারোম্নরে হায়বদু তোকখিদুনা কোংবা লৈথোং ফাৎখি। তরা উহৈ হৈশোইদা পামেল তাউজিং হৈকং ফাদা শিংঙেল লৈশাৎ লৈতুং ইন্না লৈরাং লৈমী মীতম পাংশোইদনা থাজ অহন মাবু থারৌদনাবা চয়োল ৭ খাই চয়োল ৪ লোইদাম থাজ অমা শেম থাজ থাখাই অনিনা থাবি লোইদাম থাশিং পাখৎলে। লোইদাম থাজ ১২ মনা লাংহৈ কুমশিং মকুম শারে। লাংহৈ কুমশিং চহী অমদা কোরৌ নুমিৎ শীংবুম ৫নি ব্রাৎলে পুং থোইরে হায়বগীবু লাংহৈ কুমশিং ৬ শুরকপা খুদিংগী উনথম কাম্বী কুমখাই কুমদম লোইখিগনি হায়বগীবু লোইদাম শজিবু চিনকোই থাজ মাবু থারোম্না থাচৎনখিযে। *(লাইচৎ তেংথা/মশিল/শিংতেক শিংসৎ/ চৈথারোল কুম্বাবা/শজিবু চৈরাওবা)*

১৮। লাংচীঙ মাতোল : লাংজিংগী ব্রাবু খঙনবা হায়গে চীংখোঙদা লাইফম লৈবদো লাই অনি লৈবনে। লৈমরেল গুরু অনীমানে। চীংদোন্দা কাপতু কাপলেন থারিবনে নোংদোনগী কৈরাক থারিবনে লুব্রাং গুক পুন্সিবনা নোংগাবসু অদুদনে। লাইকোম অমা লৈবনে ঈশিং থোকপনে। চীংখোঙদা কোম অমা লৈবনে। চীং অব্রাং পাংবদা পুথ্রী অমা লৈবনে। চীংখোঙ নোংচুপ থংবদা লাইকোম অমা লৈবনে। ঈশিং পেরে থোকপনে। উন তরুক ব্রাউ তরুক কংদবনে। লাই অমবু নুংনা নল্লিবনে। লাই অদু উবদি উবা মী অদু শিবনে, উহৈদবা লাইনে। চীং অদুগী মখা থংবদা মরোং খোংনা চেল্লিবনে। মৈরম পাংবরমদা নোংজু খোং লৈবনে

চীংখোঙদা নুং তারিবদো হেংসুনাহা নল্লিবনে।। নোংপোক পাংনা পাৎ অমা লৈবদো। পাৎ অদুদা নুং অমা লৈবদো নুংবান চনুনা নোংগাকমনে নোংচুখোংদি নোং কাংলবদা খোললা অমা শা-ও চক্লু অহিংবা অমা মথক্তা হাপ-ও। হৈবোংনা ঙানোয় অমা শাদুনা হাপও চক্লু মখুল হৎলো, তিংথৌ মপোপ তরেৎ নমশল্লো ঈশিং হৈও লাইশোন্দি :

নোং-ও চুথরো
লাংজিং মতোল থুমহৎলো,
পাশোয় নুরাবী তাউথরো
কৌবা কৌনু নোংও,
লোইজিং লোইয়া নোং-ও,
ইরেং ইথম নোং-ও,
থাংজিং কোয়রেন নোং-ও
ব্রাংব্রেন খানা চাউবা নোং-ও,
শবুম মহারাবা নোং-ও,
চীংখৈ নোংপোক নোং-ও,
হাওকপ চীংশাং নোং-ও,
খুনফম ঙাংজেং নোং-ও,
লৈরী নোংলী হৌরো,
লৈখোঙ নোংখোঙ নেমলো
কোরৌ খোংদুম খোংলক-ও
ব্রাংবন লাউদুম লাউরক-ও
মালেম লৈবুরুঙী লুমথৎলক-ও,
লাইজা ঈথাবী নঙ থাবীরক-ও,
লাইজ ঈখাইবা নঙ খাইথরবিরক-ও।

অসুম হায়না শোল্লো-শকও। লাইমিংদি হ হুপ্, হ হুপ হুম হুম হুম হুম হুম হুম হুপ হুপ ঈশৈদি অসিনে।

(-চীংলোন লাইহুই লামায় ১১)

লামায় ২৭

১৯। খাম্বী মৈ : মৈগী মমিংদি অোং মৈমীৎসং। অোং তারং ঙাঙ্। অোং ঙালতুহিং। অোং ঙানতু ঙাঙ। অোঁ সং তারেং। অোং কেমনুপী।

ওোঁং মইহিংসং। ওোঁং মীৎ তারং।। ওোঁং সংনুপী। ৯ মা অসিনে।।☆।।

*(পুদিল, লামায় ৪/১)*

অমুকস্‌ মৈবু : য়াই কৌয়ে ১, মৈ কৌয়ে ২, য়াউরৌ কৌয়ে ৩, তাঙচা কৌয়ে ৪, চকমোম কৌয়ে ৫, খামপী কৌয়ে ৬, তারং কৌয়ে ৭, মৈরম ৭ মানে । *(লৈশেমলোন)*

অমুকস্‌ মৈ মরম : সনুবী ১, খাম্বী ২, মৈত্রেং ৩, মৈরিক ৪, মৈথাংথৌ ৫, পুনুং ৬, অচৌমৈ ৭ মৈরেম তরেৎ সিমসুনি।

*(পাখংবা ফম্বাল, লামায় ৩)*

অসুম্নস্‌ শৈথাই :

লৈনা খোমচিন পীপা মৈনে,
থাংয়িরেন নানৌ চোংনা মৈ,
খুমি ব্রামি হুমনা মৈ,
নাকলু ফিয়াল মৈ,
খোয়চি মিতম মৈ,
কোলোয় মিংথোল মৈ,
সানলোই খোয়বেন মৈ,
লোইমোম পীফম মৈ,
ব্রায়রা সাকু মৈ,
হুয়েল লাকু মৈ,
সোমখোঙ পরৈ ঙাননা মৈ,
ব্রাতেং হিথম মৈ,
পুনসি লনকু মৈ,
ইমাঙকিনা চৈনংফাতপা মৈনে।
তুপু লমপু মৈ,
তরেৎ লাইকম মৈ,
হেমপা পামলৌ মৈ,
পুচেং কোকপা মৈ,
লাংচেং খোনপ মৈ,
থংচি বুপি তলা মৈ,
হেমপা চীংসাং মৈ,

সিঙকন নোংফাই মৈ,
লমলেন খোনচাক মৈ,
হেমবা পামচাক মৈ,
সদু তেকচাক মৈ,
চীংশাং সাহুম মৈ,
চরু তাংসোই মৈ,
ময়ীম চকপা মৈ,
হেমচেং ফুয়ীক মৈ,
চেগাই কাগুপ মৈ। *(নুমিৎ কাপপা, লা. ২৪)*
পীসমনুনা সমলৌ মৈ-ও,
চীঙখোঙ পোইরৈতোম্না খুলথোক মৈ-ও,
পোইনাওতানা খুলফাও মৈ-ও,
ব্বাইরৌপীনা ব্বাইরৌ মৈ-ও,
সমলৌপীনা সমলৌ মৈ-ও,
লাইয়িংথৌ মৈ পীনৌ-ও। *(মৈপা চিংপা।)*

লামায় ২৯

২০। অঁনচী : অতিংকোককি মথকতা তাইবঙপালকি মপুনা লৈরে। তাইপঙ পালপা মপুগী মমিংতী অ: সল তরং হ কৌয়ে। মহে অথোইবতী সুন্যনে। অহাংবা সুন্যা মহাকতী তাইবঙপালপা মপুকি ফমবীনে। মসাতী অহাংবা সুন্যনে। সুন্যা মহাকতী অতিংকোককি ফমপীনে মনাতী অঁনচীনে। অঁনচী মহাকতী অমমপকী ফমপীনে।

অঁনচী (অঞ্জি) লাইগী অহৌবা খুদম তাকপা লাই নিপা নুপী খঙনবা খুদম, লাবা অমোম ওইবা অহৌবা অহানবা হৌফম শাৎফম ফম্বীগী মশক ওইবা থব্রাইগী খুদম খঙনবা।

*(লৈশেমলোন, লা. ৩। লইকাও, লা. ১।)*

লামায় ৩১

২১। হয়ী কুরু : অমত্তা ওইবা লাই, (হ - *মৈগী মমিংনে,* য়ী - *ঈশিংগী মমিংনে,* মৈ, ঈশিং *অনিগী শাদোংদি নুংশিৎনে)* তাইবঙপালপা মপুগী মমিংদি হুঁ কৌয়ে (অঁ সল তারং কৌয়ে)। মশক লেপনা মাঙয়ে। লাইপাক মরোল ৯, নোংথৌ মরোল ৯ মাসুঙ, মৈ, ঈশিং, নোংসিৎ পূমনা লৈবা খৈবীকসুং ঙমনা মাঙখিয়ে। তাইবঙপালপা অসি খৈবীকপু

তারাঙ তরাঙ মাঙাইরে ইমম মমলে। তরাঙ ওইরে ওইরিঙৈদগী সেমলকপদি তাইবঙপালবামপু সিতপানে, অতিংকোকনে, অমমবনে, লাইসিতাবা ৩ মকনা লাইপাক, নোংথৌ, মৈ, ঈশিং, নোংসিৎ, নুমিৎ, থা, থান্নালশীচাক, খোংচোলনুপী, সাচীক, থাপা, লৈপাক নোংথৌ লৈবা খৈশীকনচিংবা মাঙদবসুং, মাঙদবা সিতরাবা লাইনে। কাসা নোংথৌ হয়ী কুরু তাইবঙ পালবা মাপুনা নোংথৌ সাইরোঙ মরুকুম অদুগুমবা মপা মরা থিবা খঙদবা মচু লৈবা খৈবীকসু তিলচিলনা লৈবা। অপূমবা অফুলপা লাই সিতাবা অসিনা হুঁম হায়না কনচাওরকলে, হুঁম হায়না মপুক নিঙশিংলকলে। তাইবঙ পালবা অসিবু সেমগে হায়না নিঙয়ে।

*হে রে মীকিং হিং মীহিং সং সং*
*চিং তে তে চিং তে তে নপনু।*
*সিরি কিরি সলনু ...... ... ।*

অসি খৈশীকপু নিঙশিংলকতুনা অকোয়পা থাপী য়ুমকি মশক ওইনা থোকয়ে। অকোয়বা মহাকতী মরুনে। তাইবঙপালবকি মপুতী কুয়োমনে মমিংতী হুঁ কৌয়ে। মরাতি অতিংকোকনে মমিংদি হুং কৌয়ে মরুতী অমমবনে। মমিং সং কৌয়ে। মরু অদুবু তাইবঙপালপা মপুনা অকোয়পা থাপী য়ুমগী মশক অদুবু চুকমিথাংগী মশককুমনা ২ ওইনা খায়তুনা মতোল চোংয়ে। মতোল মহাকতি সনাচীঙ ওইরে। মমিংতি-- *চি কিং রিং মারু হিং কৌয়ে।* সনাচীঙ মহাকতী। আতিংকোকনে। সনাচীঙগী মখাদা অমমবা লৈয়ে। অমমবগী মমিংদি *সংথুপলেঙ* কৌয়ে। অমমবগী মখাদা অতিংকোক লৈয়ে। অতিংকোককি লিলফুতী। তাইপঙপালবা মপুনে।

অতিংকোককি মমিংদি *অক হিং রং* কৌযে। অতিংকোককী মখাদা তাইবঙপালবা মপুনা লৈয়ে। তাইবঙপালবা মাপুকি মমিংতী *অ সল তারং হ* কৌয়ে। অসি খৈবীকপু সুনা তাইবঙপালবা মপুতা লৈবগীবু তাইবঙপালবা মপু অ কৌনা লৈয়ে। লিলফুগী মাতোলদা তাইবঙপালবগী মপুগী ফমশীনে মউতী সনাচীঙনে লিলফু মহাকতী অতিংকোককি ফমশীনে। মরুতী অমমবগী ফমশীনে। মচুতী সনাচীঙনে। সনাচীঙ মহাকতী অতিংকোকনে সনাচীঙগী মতোলদা অমমবা লৈয়ে। অমমবগী মমিংদি *ব্রুং সং লেঙ* কৌয়ে। অমমবগী মথকতা অতিংকোক

লৈয়ে। অতিংকোককী মমিংতী *হ রিং স* কৌয়ে। অতিংকোককী মথকতা তাইবঙ পালপাগী মপুনা লৈয়ে। *(পুদিল, লা. ৩/১।)*

লামায় ৩৩

২২। অসিপা (স্নামহি) : তাইবঙপালপা যপুনে অতিংকোকনে অমমপনে লাই ৩ মানা সনাচীঙ ময়াইতা তাইবঙপালবা অসিবু শেমগে হায়দুনা ব্রাতানবে, তিলনঙৈতা তাইবঙপালবা মপুনা মহাকপু অনি থোকনা থারকপা অতুপু অতিযাসিদবনা পুপখিতুনা তাইবঙপালবা শেমলুঅো হায়দুনা শিথরকয়ে *অসিপা* কৌয়ে।

অসিপানা পোকপতী তাকনা মালপী খোইনিঙ মালপী অপকমাবু পোকয়ে। মখোয় অসি খৈপীকপু সিতপা নাতপা কুপীরে। অতিয়া সিতপনা হংয়ে। অসিপা-ও করম হায়রবা হংয়ে। অসিপনা খুময়ে। শিতপা নাতাপা কুপীরে হায়। অতিয়াসিতপনা হায় নঙনা হায়বা অসিতী নংতরে, ঐখোয়গদি মালনাফরোই হায়রে। অসিপনাসু মালনাফরোই খুমলে। অসিপনা অসাইগী লাকফমদা হন্থরকলে। মখোয়দা হায়। ঐতী হয়েং কাখিরকে হায়। নখোয়তী হয়েং ঙললক-ও ঐবু ফংলোলাও, মখোয় অয়ামবাসুঙ হনপ্রে। অসিপনা লৈখাতগী লাই অচৌপাতা হায়। তাকনা মালবী খোইনিঙ মালবীশিংদা হায়ও। নখোয়পু ব্রাকয়ৈ হিনা হৈপাসুঙ করমনা হিথাংলবনো। সামু খোঙনা হৈপসুঙ করমনা ব্রাইথুং থেঙনাপানো পোকসুঙ পোকও। শিসুঙ শিও-। নঙসুঙ লৈরোল নোংলোন খঙও। নামু নচাশিংপু নুংশি নোংতমঅো।। য়াহৌ খমহৌও। হীওন ফমদা হীওনও। পাওতাক ঈরেলদা পাওতা-ও। হায়রবদা তাইবঙপালবা মাপুতী কাখিরে। তাকনা মালবী ব্রাকয়ৈ হীনা হৈবাতী হীনা তালকয়ে। লাংপল খোইনীঙ মালবীনা সামু খোঙনা হৈপাবুসুঙ খোঙনা তাললকয়ে। লাই অচৌপনা হায়ঙাময়ে। তাকনা মালবী খোইনীঙ মালবীশিংও। নখোয়তী মমনা কাতৌকনো হীথাং থেঙলপনো। সামু খোঙনা কারম ব্রাইথুং থেঙলবানো নখোয়বু। তাইবঙপালবা মপুনা ঐঙোলদা হায়রময়ে। পোকসু পোক-ও শিসুঙ শিও। নাসুঙ না-ও। হীওন খামতা হীওন-ও। পাওতাক ঈরেলদা পাওতা-ও। ঐবুসুঙ নখোয়পু য়াহৌ খমহৌঅো। লাইরোল লৈরোল নোংলোন খঙঅো। নুংশি নোংতমঅো। তাইবঙপালবা মপুতী ঙাইপা ঙমতারদুনা কাখিয়ে। *(পুদিল/লৈশেমলোল, লা. ৮১)*

২৩। কোনচীলতুথোকপা (পাখংবা/অপানবা) : কুরুসিদবনা কোনচীল তুথোকপা পোকএ। পাখংবা কৌয়ে। অপানবা কৌয়ে। অপানবা নিংথৌ ওইবগী ব্রাবু হায়কে। অতিয়া সিতপনা হায়য়ে। নোংনাংলেল অথুবা-ও। লৈবাক অসিতী কনাবু লেপহলসিপনো তানায়ে। নোংনাংলেল অখুপানা হায় অতিয়া সিতাপা-ও অসিপাও, কোনচিলতুথোকপা-ও। নখোয় ৩মনা নোংথৌ মখোঙ কোয়-ও। হালনা থুংপনা লৈবাককি মপু ওই-ও হায়। অতিয়া সিতাবনে, অসিপনে অনিমকতী নোংথৌ মখোঙ কোয়খিয়ে। কোনচীলতুথোকপাতি লৈহৌরে। কুরুনা অতোলবা নঙসুঙ্ চৎলো হায়য়ে। অতোলবনা খুময়ে। ঐতী কুরুকি ফানখোঙতুম কোয়চাকে নোংথৌ মখোংতী লৈতে। হায়তুনা কুরুকি ফালখোঙপু ৭লক কোয়তুনা খুমতুনা ফমলে। কুরুনা হায়য়ে অতোলপা নঙতি ঐকি ইতীক অচৌবাপু করম খঙপনো। ইপা অরিপানে হায়তুনা পাখঙ্ য়োয়রেলপা কৌয়ে। অশাইকি নোংথৌ মখোঙ কোয়খিবা অনিমসুঙ থুংলারে। অতোলবতি থুংলাপোইয়ে। কুরুনা ননাওতী থুংঙামলে লৈবাক মপু মানে লোইনা হায়নরে। অতুকি লোইরেল কৌয়ে। অতুকা থিংক্রু চীঙদা কারে কুরুনা মফম অমতা ফমলাবগা হায় অহলপা নঙতী ইপাকি মফমতা ফমল-ও হায়তুনা অতিয়াসিতাপাবু ফমহাললে। য়াইমবা নঙতী লাইকি মফমতা ফমল-ও। হায়তুনা ফমলে। অতোলপা নঙতী নয়ামপা অনিমা খুরুম-ও। হায়তুনা খুরুমহললে। অপালবা নঙতি থিংক্রুম চীঙতা ফমলো হায়তুনা ফমহালে। কুরুনা হায় নপীঙঙা নখোয় অনিসু ননাওপু খুরুম-ও হায়বাবু অনিরক হায়বাতী য়াতে। অহমলক হায়রাবতা অনিমক্কা খুরুমলে। অনিমক্কী মপুকতাতী অপালবাবু থৌওইতে কুরুনা খঙলদুনা মপীঙঙানা কিনবা লৈপাক সুহাললে। মমিংতি লৈরুমলেল কৌয়ে। নোংথৌসুঙ সুহলরে। মমিংতি নোংলুমলেল কৌয়ে। নুমিৎসুঙ সুরে। মমিং মিয়ুংপায় কৌয়ে। থাসু সুরে। মমিং থাবুংপাই কৌয়ে। সুক য়াই সুরে। মমিং সুক মারু কৌয়ে। থৌরি কোঙকোইসুঙ সুরে। কোঙকোইরেল কৌয়ে। চুঙসুঙ সুরে মমিং ঙাঙকুপ ফেৎ কৌয়ে। থাসুঙ সুরে, মমিংতী মীচুম মীরাক থাঙ কৌয়ে। কুপফেৎ হায় ফীরাক থাঙ কৌয়ে। চীরঙলেল্ কিংনাইপাসুঙ সুহাললে। অসি খৈপীক সুরবাগীতি তারঙ পীরে। অদু পীরাপতাগীদি কীরে। অপালবা মহাককি মমিংদি মীতোংসেল পীমনীক তারংবা কৌয়ে। কুরুনা চীঙগী নমলোলতা

চঙখিরে। অপালপাবু ঙাকপীরে মমিংদি *তুম মীল হিং মীহিং চী* কৌয়ে। অসি খৈপীকপু *লোইরে* হায়বগী *লোইরেল* কৌয়ে।

কুরুনা ক্রুম চীঙতগী সল য়োংমালপী ওইনা তাওথারকলে। অহলবগী হিতেলদি লেমথোঙকি থোংলেল নোয়ফমনে। য়াইমবগী হিতেলদি তানথোঙগী অঙাঙ খোংলেল নোয়ফমনে। অতোলবকি হিতেলদি কংলই হীথারমনে। অহলপকি হিতেলতা কুরুনা সল য়োংমালবী ওইনা তাওথারকপাবু অহলপনা খঙতবনা ইনথোকলকয়ে। য়াইমাবসু ইনথোকলকলে। খঙদবদগী, অতোলবনা ইপানে খঙদুনা পুখৎলে অদুগী *পাখঙ য়োয়রেলপা* কৌয়ে।

পাখঙবনা কুরু পোৎলোইবদি থিংক্রুম চীঙগী কা থাবাক ঙালফমতা লোয়য়ে। শীঙ্তী কুরুকি শীঙনা ইকয়ে। খুৎপাকনা থাখল ওইয়ে। লাই অহমনা পোৎলোইরবদা মরু হুনথবতী। নিংথৌ থোঙখুপানা মং লিংয়ে। লৈমা পীয়াইনুনা মংসঙয়ে। হুনথাবা মফমতী *লোইরেল* খুলপীরোকতা হুনথারে অতুকী *লোইরেল খুলপী রোক-ও* কৌয়ে। *(লৈখারোল/পুদিল/ লৈশেমলোল, লা. ১৯/২০)*

লামায় ৩৭

২৪। পোইরৈতোল : থীঙলোংলোল লোঙচুমপানা লৈমা পীয়াইনু পান্নদুনা থাব্রালেলগা পোইবৈতোলগা পোকয়ে। পোইরৈতোলনা লৈনাওতাপী পানদুনা সিঙতাপুং পোকয়ে। পোইরৈতোলনা খুলথোকলকপদা লোইনরকপদি তানতওরীকপা, সাপারীপা চিংনিংহেনপা। মোইফেঙপা। মারীলীশাবা। মারাংলাং শাবা। তেক তেক পাঙসাপা, তানমাবোংসিনাইপা। তানখোঙতেক কোনসাপা, আমুপা, অঙৌপা, থৌঙালপা, য়াওঙালপা। হিচাপা, লইস্নানপী, লইবামপী, হীকানপী য়াইকাপী, মিয়ানু। খোংঙানু, লইনুং মাইপী লিলি লাফোংপী, মাঙব্রাই ভুংব্রাইগী, লৈনুং আসৈপী সাচী লাংকাপপী, নাতেনাসাপা, তারংলইমচা, য়াংলৈঙমপা, খাপালাংথংচা, থীক্নম ফোইনমপা, অসৈপা থৌতীপা, সীঙখঙপা। মখোয় অসী খৈপীকতি। তাকনামালপী খোইনীঙমালপী মসেলনে পোইবৈতোনগা লোইনরকপনে। খোংলুপনে। *(পুদিন, লা. ১৮/১)*

খোংলুপ অমদি— অসৈবাহনবদি লাইফমনে থাঙসুহনবদি লাইফমনে। খুৎহৈবা হনজবদি লাইফমনে, হিজবাহলবা লাইফমনে।

কোনশাবাহলবদি খাবমননে, থাঙশাহনবদি লাইফমনে তরুকমা অসিসু পোইরৈতোনগী খোঙলুপনি। *(ফমলোন,লা. ৩)*

লামায় ৩৯

২৫। পোইরৈতোন ১সুং লৈনাওতাবী : নিংথৌ হৈরোঙঙাঙনা পীয়াইনু পান্নদুনা থাব্রায়রেল ১ পীয়াইনুনা পোইরৈতোন অনীমা পোকয়ে। পোইরৈতোননা লৈমা লৈনাওতাবীনা শিংদাবু পোকয়ে।

পেনা লোয়শংনা পোইরৈতোন কৌবা লাইবু চৈরাওবা নুমিৎতা থাকল ১দি ফিরোই শুনা চৎনবী ইন্না কৎফম থোকপা হৈ-লৈ কৎলগা থৌনি।

মাইপী লোইশংনা লৈমা লৈনাওতাবীবু ফিরোই ফিঙাম কৎপগা লোয়ননা হৈ-লৈ কৎতুনা শরিক থৌনিবা হায়দুনা চৈরাওবা নুমিৎতা পাংথোকই।

চৈরাওবা নুমিৎ অসিদা মঙাং লুব্রাং খুমল চীঙঙু অহুমগী লুক কৎলি । ফিরোই থাকল লৈশুনচিংবা অঙম্বা কৎলগা লোইশংদা লুক কৎলবা তুংদা সন্নথোংদা চাক থাদোক্তুনা নিংথৌ অমদি লৈবাক্কী য়াইফনবগীদমক থৌনি। তানয়ৈশংগী লাই ২ (য়াংদৌবা-য়াংদৌবী) গী থাকল হৌনবী লুক কৎপা, লৈহুল তন্নবা তুংদা নুংজেং পুখ্রিগী ঈশিংনা তানগী ঈশিং শিললবা তুংদা যাইফ থৌনি।

*(শঙ্গাই ফমাং/মশিল সিতেক সিঙথা/চৈরাওবা থৌনি, লা. ১০)*

লামায ৪১

২৬। মাইপা : নোংথৌ মাইপতী— হামলেললীপা, চাকব্রা, পুথিয়া, চেঙপুবৈপা, করৌলেমপা। সোংলেলবু, চিবাইতাঙপা ৭সিনে।

*( লৈশেমলোন, লা. ২৯)*

মাবহনগী খোঙলুপতি লাইফমনে।, মাইবাহনবদি খাবমনে অনিমা অসিনে। *(ফমলোন,লা. ৩)*

অথেংবা মতমদা পণ্ডিত অমা মাইবাহনবা ১, ঈশৈহনবা ১ অহললুপ ১, ৩মতি লাইফম য়ীলয়ে।

পণ্ডিত ২। য়োইরেলহনবা ১। ৩মাতী নহারুপ খাপম য়ীলযে।

*(লৈকাই ৪গী ফম।)*

তম্পাক মাইবা নংদি মোংবাহনবা লাৎলো। খাবা লাংথংচা,কাবা ব্রামাইপা নংদি নাওহল অহনবা লাৎলো। চকোইবা মাইবা নংদি

খমলাংবা লাৎলো, কৌবা মিয়োম্বা মাইপা নংদি কৌপারেল লাৎলো লাংমৈ অমাইবা নংদি চাখাপা লাৎলো, থোংনাং কাইপিয়াং মাইবা নংদি মুব্রানিংথৌ লাৎলো। খরোইপরিয়াং মাইবা নংদি মাবচিং লাৎলো। লোইয়ম শংগাই অমাইবা নংদি কৌব্রু লাৎলো। কিয়ামপা নংদি কিয়াম লাই লাৎলো, নমপুচম নংদি নমপুচম লাই লাৎলো। *(মাইবাগী মশিল।)*

লৈপাক শেম্বা লোইরবদা অসিপা, কোনচিল তিংথোকপা ২মাবু। তীনকি মকুপ লুচিংপা।। লাই নামুংপা কৌয়ে। *হা ব্রুঁ অোঁং য়েং* খোনচেল ৩ মা অসিনা।। মই, ঈশিং, নোংসিৎ ৩মা পোকখায়রে।। তীন্‌লুপ্ লাইরুপ খায়রাপাতা। চিথেক ৪মা। মায়কই ৮মা। লাইফঙথৌ ৯মা। লাইনুরা ৭মা লৈরাপাতা। কুরু সিতাপানা লোইসঙ লিংকে হায়না নীঙলকলাপাতা নোংথৌ মতোলতাকি নোংলৈনা য়োমতানা পুথাররকয়ে।। সঙ মওঙ ওইনা খিললারে।। নোহুমসঙ কৌয়ে। য়াব্রা কোংপোল চৈলোইননা য়োইরেল ফাওলকলে হাইপাকি *য়োইরেল লোইসঙ* কৌয়ে। হুঁম কৌবা খোন্‌চেল অসিপুরে। ঈশিং পোকখায়রে।। পুকনুংতা থা ১০ নাওপুরিঙৈকি।। নুংঙাইনাপা থৌতী। য়োইরেলনা পুয়ে। খোংতী মারোংতা নেৎয়ে। তাইবঙপালবা অসিবু। মানুং ওইনানাপা । মানা মানা থিরে। মারচিঙ কৌয়ে। মাইপা লোইসঙ লিংয়ে। অোঁং কৌপা খোন্‌চেল অসিপুরে। মই পোকখায়্রে। সিরাইতমকি নুংঙাইনাপা থৌতী। মাইপানা পুয়ে। খোংতি খাখোংতা নেৎয়ে।

*(মাইবারোল, লা. ১/২)*

মাইপা সঙ ৩মাকি থৌখলতী। সনা খোঙলেঙলাপাতা য়োইরেলনা মাফম লিংখৎলে। অসৈপানা তেংথানা লাই ফৎতাপা তানথোকয়ে। মাইপানা লাইমিং তীনমিং সোলতানা। কোলথা য়াইথারকা নিংথৌনা ফময়ে। *(মসিল, লা. ১০)*

লামায় ৪৩

২৭। সারিক লাইনৌতাবী (মাইপীরোল) : খায়ীপী, লাইয়িপী, মাঙব্রায়নু, তুংব্রাইনু, সাচীপী, লাংকক্‌পী, লাইসারা, খোংঙাইনু, কোলথৌসু, লৈব্রায়নু, লাইনুসু, চীঙখৈনু। ১২নে।

*(লৈশেমলোল, লা. ২৯/২)*

মাইবীনা পুবা মসিলতী মারোন্ মারিনে। খারাই চাপলনে। খুৎথেকনে। সাথেকনে। অসিনে। তীলথুং লাইথুং সজলাই লাইপু

পুমনামাকি ফাননাপা হিতাক। চাপাল খুৎসু খুৎলাই পুমনামাপু য়াৎপীরময়ে হায়শাকি মেৎপী লাইনা। আমেৎপা লোয়সঙ লীংলময়ে। খুৎসুতী। সীঙতুমনে ব্রায় আমা খুতোল ২ কুইয়ে। মসিতি সিয়াৎথাঙ কৌয়ে। *(মাইবারোল, লা. ৬-৭)*

অমাইপী নঙদি লৈরাই য়ুখাঙ-ও, কবোক ফামনোই চাই-ও, নোংতোল অমাইপী নঙদি লাইচা ফুহিং লাকও, খালৈ লৌকা তা-ও, তাংখুল নুরাপীবু শাও, ফুরা মাইবী নঙদি ফুরা, লাইয়ুম চংনা মংতা-ও। শিংখাই পাউতম-ও।

চৈ লাওপা নুম্মিৎতা মাইবীনা অয়ুকতা মাইকৈ ৪মক লাৎলি। *(লোইয়ুমপা শিং./ লা. ২৪)*

লামায় ৪৫

২৮। নাপা সিপা (খঙবা) : ইতাও লোয়নাবগী ঐগী খোনচেল ওইনা তারবদি চহী ৭ (তরেৎতা) ঙাইরে শিগদবা। অতুকি মাতুংদা সরারেলগী খোলচেল *খেৎ খেৎ* হায়না কৌপা তারাপাদি। চাহী ৬না ঙাইরে। ব্রাইখুকি খোনচেল ওইনা *ক্রেৎ ক্রেৎ* হায়না কৌরাবদি চহী ৫তা ঙাইরে। কাকলেলগী খোনচেল *কা কা* হায়না কৌরাবতি।। চহী ৪ না ঙাইরে। নীন খোংপাকি খোনচেল ওইনা কৌরাপতী চহী ৩ না ঙাইরে। ঈশিং থিংলেল য়ানফৎপাকি খোনচেল ওইনা কৌরাবতি। চহী ২ না ঙাইরে। সাকোল চেলরোইনা *চেক চেক* কৌলাপাতি। চহী ১ না ঙাইরে। লুরাই লুতোলত। শেলপাংকি খোনচেল ওইনা *ক্রিক ক্রিক* লাওনা কৌরবাতী থা ৭না ঙাইরে। লাইপকক্কী সললইতা হোংঙাইকি খোনচেল ওইনা। কৌরাবতী। থা ৬ তা নাঙাইরে। নাতোল নাচিতা *হে হে* হায়না কৌরাবতী থা ৫না ঙাইরে। খৌনাও মতোলতা। *হোই হোই* হায়না কৌরাপাতী। থা ৪না ঙাইরে। থামোই থমপাল থাচীনতা কৌচেঙ ওকৃসাপি খোন্ ওইনা *চিঙ চিঙ* ওইনা কৌরপতি থা ৩না ঙাইরে। থিংকুকি খোনচেল ওইনা কৌবাপর্তী থা ২না ঙাইরে। *ঙেক ঙেক* লাওপানে লিলকি খোনচেল চীলিক চীলিক লাওনা কৌরপাতী থা ১না ঙাইরে। মাকুকি খোনচেল তারপাফি ১০নিনা ঙাইরে। নখাঙতা তোকপকি খোনচেল তারাবতি ৭ নিনা ঙাইরে। পীসুম অনিমাকি মালকতা। ব্রাপাকি খোলচেল ওইনা কলোক কলোক লাওনা কৌলাপাতী নুমিৎ ৬ না ঙায়রে। সাকি খোনচেল ওইনা। চিলি চিলি লাওনা চেললাপাতী। নুমিৎ

৫নিনা ঙাইরে। য়ুসাইকি খোনচেন ওইনা লুতোলতা। হায় হায় লাওনা চেনলাপাতী ৪নি ঙাইরে।। হায়িংসিংকি খোনচেল ওইনা ঙেং ঙেং লাওনা চেন্লাপাতি ৩নিনা ঙাইরে। সনাচিঙ্ খুংসাপিকি মাতোলতা।। অলচা মীং মপু য়েললাপাতী।। ২নিতা ঙাইরে। সুমেরু কৌপা খাংখা মালবীতো অলচা মীংপু কৌরপতী খুচীনল ককলে, নমসা থিললো। ফিসেৎ লৈতেংলো। নমা নপা নাতু নচা নঙাই নশেলতা য়ারেপ শিঙপুললো। অহিং পোকপা নোংথিল সিপানে। নোংথিল পোকপনা অহিং সিপনে।

*((নোংগারোল/লা. ১২))*

২৯। তওরাং ফক : পঙফক ফকসা, খাচেৎ ফকসা, হৈকোই ফকশা, লাইয়েং ফকশা, চকফি ফকসা, নীথাং, মাথাং, ফৈরোয় য়ুংখৎ (অসিনচিংবা মমিং থেংনৈ)। *((পুদিল))*

লামায় ৫১

৩০। খমনুঙ্ সাব্রাতাল : মপালতা শিৎলিপাতী নোংশিৎ কৌয়ে। নোংশিৎ নিংশা ২মা অমৎতনে। হায়না নীঙয়ে। হায়ববু ১ লৈবাকুম তৌয়ে। মাপালদা শিৎলিবা নোংশিৎনা লাই শিদবা অতিয়া কৌয়ে। মনুংতা লৈবা নোংশিৎনা থব্রায় শিতাপনে। নিংশাবু থোইনা করি হায়সিবনো। মানুং মপাল অনিমা তীলনা ফারোইয়ে। করিগীদমকনো হায়রবদি মপালতা লৈবা লাই অদুবু য়াওরৌ কৌয়ে।। মনুংদা লৈবা থব্রায়বু চেংঙা কৌয়ে।। য়াওরৌ অদুনা ব্রাবাবু য়াওচারে হায়বদি সিরাবনে খঙও।। অসাইঙৈগী হায়বা অদুবু খঙনবা খিচীকতা হায়বনে। ১সুঙ হায়কে ফাকে হায়বগী ব্রানা লৈয়ে। ব্রাবা কৌয়ে। অব্রাংবতগী গুরুনা শিথারকতুনা হলচিলনা লৈয়ে। ব্রাংলৈ যুশিলহলবা কৌয়ে। অনিমকি মবকতগী অচেংবাদগী। ঙাকপা ঙমতনা চাখিরে। চেংঙা-চা কৌযে অতিয়াসিতাবনা।। গুরুকা য়েৎনা লোইনরকয়ে।। হায়বগী য়ীরোয় কৌয়ে। য়ৌরুতনা লৌরুরে য়াওরৌ কৌয়ে। চাবা শানা থোকহাললে সাতোকপা কৌযে। অতিয়াকি ময়াতা উমনা পুথোকলকযে। থোকমু কৌযে। হবাবা কৌবা লাই আতুনা উরাকনে হায়বগী মমিৎ সংনা য়েংথোকললকয়ে। মৈশাংপা কৌয়ে।

হরাপানা মশক শারে সাপিশারে। নোংলোলতগী খংনা য়াঙনা লৈরাবদি তৌগে হায়য়ে। লেরা অতোলবা কৌয়ে। মখুম য়িলনা লিখিয়ে লৈঙামলে তোকলে লেরা অতোলপা কৌয়ে। অসাইগী তোকপা শাবা লাই অদুনা থোঙথৈ ফমঙামযে। থোঙঙারেল কৌয়ে।

শাপী লাই অদুগা থোঙঙারেলসাপা লাইগা অনিমানা হায়না চৎননা লৈসু মতৌ য়েংনরাবগা। ব্রাপা সাবা লাই অদু পোইনা লংনা লৈবা অদুবু লৈনা থোকহাললে পোইরৈতোল কৌয়ে। সিতাবা শুরুনা হাক কৌবা মফমতগী লৈমারেল শিতাবী অমাবু লইনা থোকললকয়ে। লৈনাওতাবী কৌয়ে। পোইরৈতোলগা লৈনাওতাবীগা অমাতা খুৎসু খুৎলাই থাও য়াই অহিংপা মারম ১০০, মুলনা চাবা মরম ১০০ সুনা পীথিতনা থোকহলখিয়ে। অসি মতুংদা খমনা কোললৌরে খমচীঙকোল কৌয়ে। *খম কৌপাতী খমনুংবু কৌয়ে।* কোল কৌবদি অপোকপাবু কৌয়ে ।

*((নোংগায়োল/লা. ১-২))*

লামায় ৫৩

৩১। লাইস্না : লাইস্না হৈরোঙলেলপা চানু পলথৌ মপাপোকপু লাইহুইবতী।। লৈনুং পীসানুনা লাইহুইবদি ঙালবা য়ুচাখানা লাইহুইয়ে। পললেম মমাপোকপু সনা লীকলাই য়েনবদি ঙালনুপিয়াইনুনা। সনা লীকলাই য়েনয়ে। খুই পোকয়ে। *((লৈশেমলোল/লা. ১৪১))*

লামায় ৫৫

৩২। তাইপঙ মি (নমু তাইবঙ মী) : অতিয়া সিতপনা অসিপাঅো কুমলক-ও। হায়না কৌথদুনা থা মচিতাগী কুমলক্রে। অতিয়া সিতাপানা হায় অসিপ-ও নঙকা অপানবগা নপীঙঙা মীশাঅো। থব্রায়সুতে। থব্রায় হাপসে হায়। অসিপনা করম সাঅো হায়পনো হংয়ে। অতিয়ানা হায় ঐকী সক তমঅো। মী অতুবু সারিঙৈদা। অতিয়ানা সাকোন ফানবা খোইমরি চিংথোকলে। মমিংতী মরাচীঙ কৌরে, শাকোন ফারে। অতিয়ানা অসাই সেমবা। পোংখু অদুগী মমিং কোংলৌতোন কৌয়ে। পোং অসিবু, নিসা হাপসী হায়না অতিয়ানা করি করা অরংপপা ব্রাকোঙলেলগা, নোংতমবগা নহাককি লাই ৫মা পোকলে থাব্রায় হাপলে নিংসা হোললে। থব্রাই ঐনে খঙলে। ঈসিং চাইপা নাইথইনীনু কারককানে হায়না মখোঙ সেংসৌনা, মশম মনা ঙাক ঐগী মমিংদি চী খিং খিং মীহিং সং কৌয়ে। হুমলেলবনা চুপকি মনাকতা লৈবদি কোনখৈরেলনে, কাঙপীলীক মারুনে, পাখংবনে, ৩মা সঙথপতে থব্রায়বু সলশেলবাগুমনা সেললিবনে। হাৎকে মানে হিংহালকে হায়বসুঙ মানে। থোঙঙারেলকা মপীঙাতী লাপনতে। মপুসিলপাতী খোইচেংলেল কৌয়ে, ময়াইতানে মপালথংবতি মীৎ তারেং কৌয়ে।

মারুতী মানা লৌতুনা কৌপারুতা পীরুয়ে। পাখংবসুঙ লীসিঙচাইপা থোঙঙারেলসুঙ থাপনতে মারু সেমবতি কৌপারুনে সিলগী মপুনে ককচেং পোকপতি খোংচেংলেলনা পোকয়ে। মীনা চিংনা শা, ঙা, নিংসা হোললিপা খৈপীকনা থৌখলপা মফমনে। কোনচিল তিংথোকপাতা মহৈ খঙচাবনে। সিললাপকি মমিংতা তাইবঙপালবা খৈবীবপু সিতাবতা চংখিবনে। সিরাবভা থোঙতা খলঙামবতি কাঙপীরেল লীক মরু কৌরে। লীসিঙচাইপাভী থেঙঙাবেলকি মপাতাওনে। তাইবঙপালপা মপু কোনচীলতীংথোকপতা পাললীঙইকি মমিংদি ব্রোঁং লরেল কৌয়ে। মাপাল ফাওরপাতী। লাইয়িংথৌ লৈয়োনলাং তানৌপা কৌয়ে। নীপাগী সীনুংভা লৈপানে। লাইরেমমা তানৌ নুং তারেঙপীতী নুপীগী সীনুংতা লৈপানে। *(লৈরোল নোঙলোন/লা. ১৪-২))*

৩৩। লাইনাওবী : পোইরৈত্তোলনা লৈনাওতাবী পান্নদুনা শিংদাবুং পোকতুনা খুমল ১সুং লুব্রাংগী চাদা য়েক সলাই সনদোকখি।

*(পুদিল, লা. ৮/১))*

লামায় ৬১

৩৪। হায়িচক : হয়িচক কৌবা অহালবগী কুমসিংদি লাখা ১০/১০ চামাবু অক কৌযে। অক আদু ১৫না লাখা ৮ লিশিং ৬ নে অদুঙৈগী চুকতী কক্‌পা ব্রালক্পীনা লেপলময়ে। মানাচিংনা থোকলনপা শাকৈতী চকপা ১০ মানে। মাতম অদুদা পুকনিং তপনা ব্রা অনি লোঙনা ফাইনাবু তাপীতে। পুকনঙি অরেপ্পনা লাননৈয়ে। সিরাকা পোৎলোইবদি ঈশিংদা থাদৈয়ে। মচা মশু অয়াম্বনা নুমিৎ ৬নি ঈশিং মপালদা মৈরিংদনা চাকহেললে । খঙঅো। *(খুন্দারোল)*

৩৫। খূলনুং চক : খুলনুং চকতা কুমশিংদী অক ১২ লখা ৯ লিশিঙ ৪ নে। পুকনিঙদো টীকলময়ে। পুকনিঙ থৌচালবনা লাননৈয়ে। শিরগা হকচাং অসিবু লৈবাকতা লোইয়ে। মফম অদুদা শাকৈ মচা মসুনা শিংকুম ফিমচেৎপু ঙকতা য়েৎতনা নুমিৎ ৪নি সঙ খলভনা চাকহেন য়ুহেনলে অদুঙৈগী লেপলমবদি লৈমা কাঙখন নিংথৌ তারি মনা শাকৈ ৯ চিংথোকলময়ে। কোককোম ১ য়ুহাল ২ লোকলেম ৩। লাললেম ৪। লোকতু ৫। খোমতু ৬। হেপুকাংচিকপা ৭। ঙাংচেংপা ৮। লৈতকপা ৯। মা অসিনে। অমুরক মমিং কো কৌনা ওনলবগা অকোয়বা১। অরংবা ২।

অসংপা ৩মা পোকয়ে খাকপা চানু ওনলাকপা। নোংশ্মানা চিংনা ৭মা পোকয়ে খঙআো। *(খুন্দারোল ৩/৪)*

৩৬। লাংপা চক : লাংপা চকতা কুমশিং লাখা ৪৩ লিশিঙ ৪না মরিয়া ফমপালচা লৈমা ব্রুরুম খৌচোনপীনা লেপলময়ে। মনা লাইরেমমা হেনলোয় নুরাপী তরেৎপু চিংথোকলময়ে। মহাককি হাকথকতা পুকনিঙ য়াথং লমচৎ আচুমবনা লাননায়ৈ শিরাগা লৈপাকতা লোয়য়ে।

*(খুন্দারোল ৪)*

৩৭। কোলনা চক : কোলনা চকতা কৌপারুকি লোংলুমনা মঙাং কৌনা চোংথোকলকতনা মঙাংগা,অঙোমগা লুব্রাংগা ৩মা পোকলমদনা অমুরক থুপচিলখি। মথং অকোনবদা লৈমা তাননু নিংথৌ কাংবনা ফমলময়ে। মনা শাকৈ ৯ মা চিংথোকলময়ে। কোংকোই ১। তৈমা ২। য়াংমা ৩। তেশারোৎ ৪। ব্রুরেনখুপা ৫। ব্রুরেলহলবা ৬। য়ীরেম ৭। খাপা ৮। লংপা ৯ মানে।

কোংকোইনা পোং পোকয়ে। পোং নিংথৌনা অতুঙৈদি চৌসাম ১, চাওহায় ২, চাওতা ৩, চাওখুল ৪, চাওপা ৫, সেংচাও ৬, চাওখম ৭, মানে। অপোঙ ইংখোলদা লৈরময়ে।

তৈমনা মৈতৈমালপী পোকয়ে। ললহাংপুঙতা ময়াং পোকয়ে। ময়াং খোংতেসারোৎনা তাখেন পোকয়ে। তমপাক চীঙ্খোঙতা লৈয়ে। ব্রুরেলখুবনা কুসু পালতল পোকয়ে। কুসু ইংখোলতা লৈরময়ে। ব্রুরেল হলবনা মোইরাং থোকচোম পোকয়ে। কাঙভোই ইংখোলতা লৈরময়ে। ইরেমনা তুমি পাসা পোকয়ে। সংকু ইংখোলতা লৈরময়ে। খাপানা খাবিকা চাইরেলকা পোকয়ে। কুসু খোংতা লৈরময়ে। লংপনা লাংতেকা মোইরাংকা পোকয়ে। চীঙখুলতা তায়ে। অসিতাকি নিংথৌ কাংপনা লোমখিযে। চাকতগী ফৌনা শিলখিয়ে।

অসাইঙৈ ঙালপা, লুব্রাং, অঙোম ৩ মানা ফুংকা লোঙচুম সা। নুমিৎকি সেকনিঙ মহমনুংতগী নোংলুম ওইনা কৌথারুতনা মতম অদুতা লৈমা লৈনাওতাপীসুং লাইসানা কৌনা পাথংপনা লেপনরে। লাইসানা মতা হেনলোয় নুরাপী ৭ মানা সাকৈ মীপোকলে। লৈকক্ লৈয়ারেল চানুতী লাইসানানে পাখঙপা খোলয়ে। নিংথেম পোকয়ে।

*অরৈনুতী অহমনুনে নোংলুম খোললে। অঙোম পোকয়ে।*
*লাফোঙপীতী মরৈনুনে হামেঙ খোলয়ে থুয়োল থেম পোকয়ে।*

*সঙব্রাইপীতী তোলথাংনুনে শামু য়িংখোলতা লৈয়ে খুমল পোকয়ে।*
*তুংব্রাইপীতী খোইনুনে। য়িরোই খোলয়ে। লুব্রাং পোকয়ে।*
*সাচিপীতী চিংনুনে শজি খোলয়ে। মোইরাং পোকয়ে।*
*লাংকপপীতী খেরেলোঙচম চানুনে কৈ খোলয়ে ঙালপা পোকয়ে।*

লৈকক্ লৈয়ারেলচানুকা তলথাংনুকা ২মাতী লৈপাক য়েংবা কুমখিয়ে। চিংনু, মাহমনু ২মানা লাফু ইংখোলতা কুমথখিয়ে। লাইসারাকা মরৈনুকা ২মা অমুরক কাখৎলকতুনা অঙোম খোইয়মথেম খাপা ঙালপা,সারাং লৈশাংথেম, নুংপাল লুব্রাং, নোংয়াই খুমল । হৈরেম খুলচালল। লোকখা হাওখা। হাওরোক কোনথৌ। মালভিঙ মাললা। লেরা খোংনাং। থাঙকা কমপোং। সেললোই লংমাই। ব্রুরোক ব্রুসাই । লোকখু লোকহল। শাকৈ ১৬মা পোকয়ে। সললাই খাইখোকপাকি মফমতী মংলেল মনুং নোংপোক থংপা লমনে। মাইপারোল ৭মা। হেনলোই নুরাপী ৭ মাসুঙ মফম অসিনে।

সল্লাই ৯ মানা। অমারক পোকখায়ে। ঙাঙানা অঙোম পোকয়ে, সরাং মচা অহলতী লৈসাং কৌয়ে। অতোলপনা সোংপু কৌয়ে। নুংপলকি মচা অহলনা পামিংনপা কৌয়ে। অতোলপনা থংকান কৌয়ে।

খুমলকি মচা অহলতী কাওকি কৌয়ে। অতোলপানা অঙৌ কৌয়ে। সাকৈ অসি খৈপীকপু নিংথৌ অপালবামাবু পাখংবনা কোলয়ে। পাখংবাবু হেলনা সুপপা লৈতারে। ময়াই কোয়রেলথককি ভম্ফা য়াই নিংথৌনে। মাকি হাকথক অসিতী নিঙচাপা কনপানা লাননাসনু। সিরাকা মৈতা লোইঅো। মফম অদুদা নোংমা চাকহেনঅো। খঙঅো।

হয়িচক অহালবগী কোলনুং মফমতী অব্রাং মোঙপি চীঙ মনাকতনে লৈপাক মমিংসুং মোঙপিরু কৌরময়ে। খুনুং চকতা কৌপারু চিঙখোঙতানে। লৈপাক মমিংতী তাওপিরু সনা কৌয়ে। লংপা চকতী কুরুম চীঙখোঙতনে লৈবাক মমিংদি সুপপিপোক কৌয়ে। কোলনাচককি নিংথৌ অপালপা হাকথকতা লাংমাই চীঙ্খোঙতানে। অহানপাতা ইমচাও কা ৩নে মমাঙতা অঙোমনা মনিঙতা লুব্রাংনে ময়াইতা নিংথেমনে।।

অসি মাতুংদা মৈতেংগু য়োয়পা হাকথকতা ময়ায়তা হোংচিললে। লৈপাক মমিংসুং সুমতোংপাল কৌয়ে। অসি মতুংদা ইমচাও কা ৯ শায়ে।

কা ৯ মা অদুদা শাকৈ ৯ মা থংচিলনা লৈরে। ময়াই কাতা নিংথেমনা লৈরে। য়ুমমাঙ কাতা লুব্রাংনা লৈয়ে। মথং কা ১দি চকপানা লৈয়ে, মথং কা ১তা সরাংথেমনা লৈরে, মথং কা ১তা হৈরেমনা লৈয়ে, মথং কা ১তা মোইরাংনা লৈয়ে, মথং কা ১তা খুমলনা লৈয়ে। য়ুমনিঙ কাতা খাপা ঙালপানা লৈয়ে অসিতগী ১রক মৈতেংঙু নাওফমপা হাকথকতা য়ুমখাইতান নিংথেমনা ওকসঙতা, সঙকাই য়ুমচাও শাগৎখি।

*(থেল্লোন, সল্লাই খুন্দালোল /লা. ১-১০)*

# ব্রাহায় লায়থোকহনবা

## লামায় ৩

হায়ী হায়া— নিপা নুপী ওইবা ঙম্বা নিপা ওইবা লাই, তাইবঙ্ শেম্বা মপু।

খোইয়ুম সিতাপাপু— তেংবানববু শেম্বীবা অনীশুদবা লাই।

য়ীখুৎ ১০মা লোলনা— খুবাম চাংজৌ অনী লোন্নদুনা।

খমনুঙ্ থোঙ্ঙাবেল্— অশিবগী চুক্রী পাযবা লাই।

তাইপঙপালকি মপু— লেঙ্লি পাল্লিবগী মপু ওইবা।

তাইপঙ— মীওইপোক।

লাইচা— ঈশিং।

য়ীয়ুনা— লাই ইপুথৌনা শেম্বীবা কুবীবা মপু ওইবা।

লাইচা য়ীবোলনুংতা— ঈশিং মনুংদা।

মিতমলওতুনা— মীগী শকতা লৌদুনা।

লাংফম— য়েথাই থিনগাইবা থেংনগদবশিং।

## লামায় ৫

ফম্মাং চীঙ— শিবমদাইনি খঙনা ফম শেমদুনা হিপনবা থাদুনা শেম্বা ফমুং।

খুনুমিন্না তাম্না লুরুক্তা— অবোইবা ওইনা উইশিনখ্রবা মিৎ।

ম্নালীকল্— থব্রায় য়াইবীবেল।

লীকলাং চোইনা তাখাবে— শিখ্রে।

লৈমারেলপুতী খুলকুমলে— হকচাং মীহুল অমত্ত ওইনা পুনশিল্লকপা।

য়ীয়ুতী চৎকে হাইনা— হকচাং মপু ওইবনা চৎথোক্কে হায়না।

য়ীয়ুনা লেঙখারাবাতা— থব্রায়না হকচাং থাদোকখ্রবদা।

খমনুঙ্ সাব্রা তালপাতী— অশিবা হকচাং ওইবদি/শিবদি।

আমল খমলইকুমপাতী— অশি লৈবাক্তা চৎপদি।

আচঙথোঙসু— লেঙলি পাল্লিবগী থোঙজিন মফম।

আচঙ থোঙবু থিঙহৌরে— লেঙলি পাল্লিবগী লৈফমদা চঙহনদবা, চঙবা য়াদবা।

আসি থোঙপু হাংখারে— অশি লম্বী ফাৎনা লাক্লবা থমখ্রে।

তাইপঙ— মীওইবা।

খমনুঙ কোককোই লৌরোলবী— অশিবা লখী লাক্লবা পাওথেম হৈবী অশিবগী লাইরেম্বী।

নুরা— নুপী।

পাওথেম— য়ানবা হায়বা।

পললেম— মমা।

পলখৌ— ইপা।

নাওরা— অঙাং।

হৈরাঙ— হৈ।

পাখঙ লাংচে— ইনখংলকপা নিপা, পাখং মচা।

তাললোই— পানবী নুপী, ইতু।

ফৈরা তালকা ফাপা— মফৈগল চাওবা।

## লামায় ৭

লৈরাং— মউ নেন্না পাম্বীদা শাংপা লৈ।

সামু— হকচাং।

মাতাও— মরুপ।

হানু— নুপী অহল মতম ওইরবী।

হলথি— নিপা অহল মতম ওইরবা।

তাললোই— য়ুম্বানরবী নুপী লৈমা।

লাইরেমবি— লাই নুপী ওইবী।

হানু মাললৈ কাবিসুঙ— নুপী অহল মতম ওইরবীসু।

মপুরোইবা— মন্না ওইদুনা য়ুম্বান্নরবা, য়ুম্বানম্মীন্নরবা নিপা।

নুরা পাওথেম হৈবী— নুপী ওইবীবু থোংনৌবা রাহায়দা থেম্না, ভাঙবা রাহায়রাতা হৈবী।

তাইবঙপালপা— মীওইবনা পানফরিবা মফম।

লমতাং হলপা— অমুক হন্না চৎপা।

তাইপঙ অোইপতী— মীওইবদি।

হইরাঙ চাহলরে— হৈ পীজরে।

থৌরিবী— থৌদানা থবক পাংনবা হোৎনরিবী।

লৈচীললুরাপকি— লৈরাং লৌনা চিললুরবগী।

লমতাঙ হললাকপা— লম্বীদা অমুক হন্নকপা।
খমনুঙ সান্না তানপা— শিবা
অমল শিঙকুমখিপানা— অশিবা ওইরবনা।
নুরা পাওথেম হইবিনা— নুপী থেন্বগুম থেন্বা হৈবীনা।

## লামায় ৯

থাব্রাই নমপা মাফমতী— য়াইবী থব্রায় ওন্বা মফমদি।
খোইরি— পুন্সি চেংজেল, পুন্সি।
ব্রালতেং খোইবি— চাবা য়াবা পাম্বী মথল অমা।
খমনুঙ কোককোই লৌব্রোলপি— অশি থৌদা পায়রিবী লাইরেম্বী।
অইকি— ঐগী।
তাননু নৎতে— ঐগী নুপী নত্তে।
থংলেন নৎতে—ইব্রা ইপুরোইবা নৎতে।
নাতা চাননবী নৎতে— চান্নবী নমানবী নঁতা নৎতে।
নঙখোইতী— নখোয়দি।
অমল সিঙকুমলাকলাপানে— অশি লম্বীদা লাক্লবনে।
তাইপঙ লমতাংহলপা য়ারারোইয়ে— তাইপংপালদা অমুক চৎপা যাবরোইয়ে।
নামানাপা— মরুপ মপীজা ওইবা।
নওব্রা— অঙাং মচা।
পাললেম মালবি— ইমাগুন্নবী, ইমা মানবী।

## লামায় ১১

য়ীপানা লইপা লমতাঙপু— ইপানা লৈবা লমদম্বু।
য়াংলও— লম্বী।
লামাতাঙসাঙনা— লম্বী য়াম্না শাংনা।
য়ীসিঙ্— ঈশিং।
য়ীখওলাংপানে— ঈশিং খৌরাংবনে।
পললেমপীমাবি— অপোকপী ইমা মানবী।
খোমলাংবু— মমাওইবীনা পীথকপা খোম মহী।
হকচোথাখরে— হকচাং ব্রারে।
মুৎহওরে— উখিদরে, লৈখিদরে।

পোকবি— ইমা।
পোমাবা— ইপা।
পললেম— ইমা।
পলথৌকি— ইপাগী।
লাকঙমতানা— খঙহৌদনা।
মাথিক নৌনা— থম্মোয় নুংশিনা।
তমলাকপাসিংনা— থাপনা লাকপশিংনা।
পললেম য়ীমাবু য়াওপারা— অপোকপী মমা য়াওবরা।
পলথৌ য়ীপাপু লাকপারা— অপোকপা ইপা লাকপরা।
পললেমকি সকপু ব্রুতা— মমাগী মশক উদা।
পলথৌ মাপা ব্রুতারাপাতা— অপোকপা মপা উদ্রবদা।

## লামায় ১৩

পললেম মালবিঅো— ইমা মানবীও।
পলথৌ মালপশিংঅো— ইপা মানবশিংও।
নপাবি মালপা— নচানিপা মানবা।
নমোম মালবি— নচানুপী মানবী।
স্না লাংচেল ব্রাইচাকে— নখূৎ শমজদুনা নত্তুং খরা ইঙ্গগে।
পললেম পোকমাবি— অপোকপী ইমা।
য়ীমাকি ফইরা তমতা— ইমাগী মতমপাক।
পীপুক থলনা থকচাকে— ইপুক থম্না থকচগে।
হেকঙাই মাপাওচাওনা— হিক্লা হিক্লা কপ্পা।
মিৎস্না— নুংশিরবা মমিৎ।
লাইচা— ঈশিং।
লিকলু— পরেং ওইনা শীননবা লিক্লাং।
মালেম লইতা— লৈপাক্তা।
য়ীরাচেল— পীন্না থনবা মিৎস্না।
নুংঅোল— পুক্রীং শুস্কৎপা।
মিকপা— কপ্পা।
হুললাল— থাদোকপা।

## লামায়্ ১৫

নুংয়োন খোলপু— পুক্রীং শুক্ংপা খোজেল।
শীপুক নুংতা— থম্মোয়নুংদা।
খলখেংলুরাশাশী— থম্মোয়দা শান্নুরবশী।
সকখোং— মায়খোঙ।
শলেম নামানা লইপা লমতাঙ— নমানা লৈবা লম।
শলখৌ নাপানা লইপা লমতাঙতী— নপা লৈবা লমদমদি।
নাপল শলেমকি— অপোকপী মমাগী।
লাইচা খোমলাং য়ী— মমা ওইবীগী খোমলাং।
কাওডামতানা— কাউবা ভমদনা।
পারি চেংলৌ— ইচানিশাগী মশক।
লাকসিকঅো— লাক-ও।
খুতাং শীকম তইপা— কয়া।
তাংচা মালুকনা— মকোক নোম্না।
তারং লাইচা য়ীরাচেলনা— শীরাং মিংতা ঈরা হৌনা।
য়াংলৌ— লশী।

## লামায়্ ১৭

মালেম— লৈবাক।
খুশাক লাইখলসানা— খুবাক খন্দুনা য়েংবা।
তাইশঙ লমতাঙ য়ুতারে— তাইবঙশানগী লশী উদবা।
মিংয়া থমশা ২তা— মিং অনীদা।
তারঙ যীরা হও— মিংতা শী ঈরা চেনবা।
চীঙচুম য়ীফুং— চীংখোং চীংয়াদা খোকপা ঈশিং।
মিংকশলমরে— কশলত্রে।
লমতাঙ সিংলাকলে— লশী চংপা হৌরক্রে।
অনুংনিতী তারং লাইরেমবি— লাজোলগী চীংদা লৈবী লাইরেম্বী অমগী মমিং।
য়েংলোই নাতৈনা— য়েং থংবা মায়কৈদা থম্লগা লানখোক্রকুনা, লাকপা।
খোঙচাক লইমা লাইরেমবি— লাজোলদা লৈবী খোঙচাক লাইরেম্বী কৌবী লাইরেম্বী অমগী মমিং।

য়ীরুলিপী— ঈশিং খিন্দুনা ঈশিং ব্রাংহন্দনা থম্বী।
অসি থেলফম— অশিবশিং পৈদুনা লৈফম।

## লামায় ১৯

মাসাইকোল— মহাক্কী মফম।
লাইথোঙ— লাইনা লৈবা মফম চঙফম।
ফালথোঙ্ পাইচারারে— মফমদা য়ৌরক্লুনা চঙজরম্মে।
খুৎলাম তোইনা— খুৎ হৎতুনা কৌশিনবা।
কোললোই পাওমেলনা— ব্রাহায়, ব্রাঙাঙ্না।
পারি— ইচানিপা।
ইমোম— ইচানুপী।
থারুঙ— অচৌবা লৈপাকনা শাবা চফু মথল অমগী মমিং।
য়ীমাই চোলনা— ঈশিং পীক থনবা।
য়াংলৌ লমতাঙসাংনা— লম্বী য়াম্না শাংনা।
য়ীথৌ লাংলিকনি— ঈশিং থক্লীংলমগনি, ঈশিং থৌরাংলমগনি।
তাঙচা কোরেক— তুম্বা কোরেক (খোংক্রম অখাবগী মথল অমা) হৎতোক্লুনা
শেম্বা ঈশিং কয়নবা পোৎ, তুম্বা হায়নসু খঙনবা অমা।
সামু নাখুৎনা— নহাক্কী নখুৎমক্তা।
পীপুক থলনা— নপুক থলনা।
আরাম থৌরাং— চানিং থক্লীংবা
অব্রা হুইসোন— অব্রাবা চোকথবা ওইবা।
চীকনেমকানিয়ে— নেমথরকপা, হস্থরকপা।
য়ীয়ুকি— শেম্বীবা মপুগী।
পারি সেৎন— ইচানিপা কাইনরকপা।
য়ীমোম খাইনা— ইচানুপী কাইনরকপা।
য়ীমোম য়ীবেমশিংঅো— ইচানুপীশিং-ও।

## লামায় ২১

নৌনা নামাসানা— মমা নৎতনা মমা শাবা।
পাওথেমপাতী— য়ানবা থেমদুনা হায়বদি।
হোই য়ারাকপানো— ‘হোয়’ হায়না মশানা য়ানা লাকপনো।
তাল্লোই— মৃম্বানমীম্নরিবী নুপী।

থংলেন— য়ূম্বানমীয়রিবা নিপা।
থংলেনশা— য়ূমগী নিপা শাবা।
হইরাঙ— হৈ ফজবা।
লৈরাং— লৈ ফজবা।
মাপাও — মরাহৈ।
নিঙ্থিপাপু— ফজববু।
লাইচা থকতাপাসু— ঈশিং থক্তববু।
খারুঙ য়ীচোল থককি— খরুংদা ঈশিং পীক থলনা য়াওবগী।
অঙাং নাওরা ওইবা— অঙাং মচা।
খমনুঙ সাব্রা তাললাকপা— অশি লমদা লাক্লবা।
অমল সিঙকুম তামলকপা— অশিবা হায়বদু ওইববা থরায় ওইবশিং।
অপীসাকনা— অপীকপনা।
তামথিপা— লাপথিবা।
খকলাকপাকি— ফংলকতবগী।
সামমা— হকচাং।
তামচাপাশিংনা— ফংদবশিংনা, লাপ্পশিংনা।
কোরেক অপীসাক— কোরেক তুম্বা মচা ওইবা।

## লামায় ২৩

য়ীখৌ মলামপানে— ঈশিং খৌবাংবা, ঈশিং থকনিংবা।
য়াংতৌ লমতাঙ সাংনা— লম্বী লমশাং।
আহল তুংয়ীল— অহলগী মতুং ইনবা।
য়ীলতালচারক্‌পাকি— তুংইন্না লাকচরকপগী।
হুইসোন য়ীখও লাংনা— ব্রাবদা ঈশিং খৌরাংনা।
য়ীসিং লইরিক পকপাপু— ঈশিং ঈরিক পকপা।
নাওরা অনৌগা— অঙাং মচা পীকতা অপীকপা।
মিকপনায়ে— কপ্পরে।
লাইচা ফংতাপা— ঈশিং ফংদবা।
মিকপ মাতৌ— কপনবগী মশক।
তাইপঙ্‌ মাললংপালতা— মীওইবা ওইনা লৈনরিবা।
সেংনা খাইনা— শেংনা লাপথোক থাদোকনরকপা।

পারি মামোম সেৎনপাসিংপু— মচানিপা নুপী থাদোক লাকথোক্লরক কায়নর-
কপশিংবু।
য়ীচোল— পীক থনবা ঈশিং।
খমসা ব্রাতাঙলকপাসিংপু— অশিবা ওইনা লাকতুনা লৈরবশিংবু।
অব্রা হকচীকঙৈ— অব্রা পোৎথোকঙৈ।
হকচীঙ খক থেললায়ে— অব্রা পোৎথোক্লা পোখানা লৈররে।

লামায় ২৫

য়ীমা মকাইফমতাকি— ইমাগী মফমদগী।
সাব্রাপলকেল— থব্রায় য়াইবীনা পোখাগে।
মাকোই— চীং অমগী মমিং।
লাংচীঙ— চীং অমগী মতোলগী মমিং।
চীঙসাঙ— চীংশাং মশা ওইবা।
তুরেল লুখাই— তুরেলগী ফাংবা চেনথোকখিবা মফম, তুরেল ঈতিনফম।
লমলেল— অথোইবা লম।
খোঙহামপাৎ— লাঙ্গোল চীংগী মফম অমগী মমিং।
আমল সিকুলাকপাসিংপু— শিবা ওইদুনা মিরেল থব্রায় ওইনা লাকপশিংনা।
হইরু লোকতা— লাঙ্গোল চীংগী লোক অমগী মমিং।
মহাকসাঙ— মহাক্কী হকচাং।
চেঙহ ব্রুতী সমখোঙলাংনা— মকোক চেঙহি উতী লুজবা।
লাইচা হকচোৎ— হকচাংদা ঈশিং চোৎপা।
নোংপোক চাকয়েং সেলপু য়েংলুপা— নোংপোক মায়কৈদগী নুমিৎ মঙালনা
য়ৈবদা ঈশিংদা তাবা মমি য়েংলুবদা।
লাইচা তারঙ থককি— ঈশিং ঈপাক মথক্কী।
মিরেল খালয়াং নাসাকপাতা— থব্রায় মীরেলনা তাইবং হকচাং থাদোক্লা
লাক্লবগী।
মহাকসাঙপু— মহাক্কী হকচাংবু।
থালফম মইখু লময়াইকাই কাইথিললময়ে— মৈ থাদুনা হকচাংবু পোৎলোই
মৈথা মৈখুনরে।
খামবি মইসা লাংয়ে— মৈ ইকনা থাদোকলে।

## লামায় ২৭

তাঙগোই পাইপাবু ব্রুরাপাতা — মৈ চাকনা তাংগোই পাইবা উন্নবদা।
খামবি তাঙকোইনাপাপু— মৈ থাদুনা উৎ ওলহনববু।
লমতাঙহলপা — লম্বীদা অমুক লাকপা, হনবা
কলচাও হৌনা— শাউনা।
মিন্না তাবং য়ীবা সিনথানা — মিৎতা মপী মতুম মতুম হেক তাবা মখে।
খুতাং পীক্ষম তৈনা — কপ্না কপ্না।
তায়পঙ লমতাঙকি — তাইবঙ মীওইপোক্কী।
তাললোই কাইনব্রা — নুপী কাইনবকপগী।
পাবি মামোম সেৎনব্রা — মচা নিপা নুপী কাইনবকপগী।
মাপাচা — মচিন মনাও।
ব্রোনথোইনা — খাঙঙমদনা।
পললেম পোকমাবিসিংনা — মমা অপোকপীশিংনা।
তাইপঙ নব্রা আখুপা— মীওইপোক্কী অঙাং মচা।
ফইরা তালতা পমল— মতম্পাক্তা পমজনা।
থামোই লাইয়ুম কাইপাকি — থম্মোয় খাঙবা ঙমদবগী।
খমনুং য়ীললাকপা — অশি লম্বী লাকপশিং।
নাওব্রা সামা আখুপাশিংনা — অঙাং চাওদ্রিবা পীকতা পীকপশিংনা।
মিকপনাবময়ে — কপ্নবন্রে।

## লামায় ২৯

সমলাং — কোক্কী শম।
সমপুম ১না — শম শম্না অমনা।
থোংলেল পামপৈ — থোং পাম্বৈ, খুৎপায়নফম।
য়ীপাক — ঈশিং ঈমায় মথক।
তাইপঙ পালপাতা — তাইবং মীওইবদা।
থওরাঙচারাকপকিপু — শিঞ্জ-লাংজবকপগী।
সিঙ্‌পুম্ — নোংমগী মতম, নুমিৎ অমা।
থৌচৎনাপকি — থবক চৎপগী।
অঁনচী লাইয়ুমথাবিপা — শোইফদবা শকতম ময়েক ইরিবা।
খুরাল — হুরানবা।

চীনথিকিপু — মচিন থিবা ওইবা য়া হায়বা।
আথুপ — অয়োলবা।
আফাপা থৌচায়াকপাসুঙ — অফবা থৌরম তৌচারকপাসু।
মাতীক লাকনাতানা — তৌথিবা অদুমক্কী মতিক চাবা য়েংদুনা।
থৌচাল — চানবীবা।
মিয়োক — মী য়োকপা।
মীচাল — মীবু চানবীবা।

লামায় ৩১

থৌখঙ্চারাকপা — তৌখিবা থবক খঙজরকপা।
লাইপু কুরুপু — তাকপী তম্বীরকপা লাইগুম্ববা গুরুশিংবু।
থৌচৎ মাসক লাকনা — তৌথিবা থবক খঙনা।
থৌখল — মনাক্তা খনজবা।
তালচারাকপা — ফংচরকপা/ফংনবা হোৎজরকপা।
পলথৌ-পল্লেম — ইপা ইমা।
নাওয়োকলমল্পু — য়োকপীরকপগী মমলবু।
হয়ী কুরু — অনী শুদবা তাইবঙ্ পালবা শেম্বীরকপা মপু।
য়াইপী পীপুক চঙনা — পুক্কীং হকচাং থব্রায় য়াওনা।
পুনেম — খুরুম্বা।
থৌকাওতানা — কাউবা লৈতনা।
পালতম — মতৌ।
হইরু লৈরাং থৌকল — হৈরাং লৈরাং কানা থৌগলজবা।
লাইচা য়ীরোঙ য়ীরম — ঈশিং ইরম পাংনা চেনবা মফম।
সালতেং থৌনিচারাপা — ঈরুজদুনা লাই নিংজরকপা, খুরুমজরকপা।
খোইয়ুম লাইথোঙ — লাইগী খুফমশিং।
খুয়া য়ীপাৎনা — খোঙনা ঙম্বা মথৈ চৎপা।
থৌচং — মথৌদাং ওইনা চৎপা।
লাইনিং পারে কিসিচারকপা — লাই নীংজহদা পুক্কীং থব্রায় য়াওজরকপা।
মারলকি — মাগী লন ওইবগী।
য়ীয়ু — শেম্বীবা মপু ইপুথৌ।
সিলথানানা — তৌরকপা থবকনা।

লমমুকনাপা লৈতনা — কঙাওনবা য়াওদনা।
কোরও — নোংথক।
সিতাপাকি পোলতা — শিবা নাইদবা লাইগী মফমদা।
তালফঙচাতানা — ফংবা ঙমজদনা।
হয়ী হয়ানা কোললাকে — ইপা ইমাগী মশক ওইরিবা অমত্তা ওইবা তাইবঙ
শেম্বীবা নহাক্কী মফমদা চঙজগে।

## লামায় ৩৩

কোরৌ নোংথৌতা — নোংদোল থক্তা।
পাল্লিবা — লৈরিবা।
লোইতাম — থা।
য়াহিপপা — তূম্বা।
অসিপা — লৈশেম্বা লাই।
ব্রাহমখিয়ে — হায়খিয়ে।
য়ীসানৌ — ইনাও নিপা।
অইহাককি — ঐহাক্তগী।
মিবেপ সমথাপীবমপা — মীগী চাদাবম্বা।
খমনুঙ তেপা — অশি লৈবাকতা হনবা।
সাব্রা তোমপা — শিবা।
নোংতমপীবমতাবাপতী — পীবীবযদববদি।
লইমানাসু — লৈ হায়বসু।
খাঙঙামলাবোইযে — খঙবা ঙন্নবোইয়ে।
নামু — মী।
খুবকচলনারাকানি — য়াম্না য়ামনলগনি।
নোংতমমুসি — পীরুসি।
পাওয়ীকোলকি — য়াথং হায়বা ব্রাহায়গী।
হায়ীচাক — অহানবা লৈশেম হৌবকঙৈদগী।
লোমথিকাতৌরে — লোইথিগদৌরে।
হায়াচাক — লৈশেমগী মতুংদা ওইরকপা চহী।
তাকবু তীকপীরুতাপা য়াতে — তাকপী তম্বীরুদবা য়াদে।
ম্না থোমতোনপাতা — নুমিৎতা।

য়াহিপপা — তৃষ্ণা।
নসাপী — নয়াম্বা।
য়ীহাকনা — ঐহাক্তা।
মাপোক — মহাক্কী ওইবা পোকপা।

## লামায় ৩৫

নোংতমপিরুসি — পীবীরুসি।
মাসাবি মাসানৌ — মচিন মনাও।
হৌনাতানা — লোয়নদুনা।
মাপোক মিহল্ তমকা — তাইবঙ্ মপোকতা লাকপা পোকপা।
চীঙুঙু — লাই।
লাইঅোইখিপা — লাই ওইখিবা, শিখিবা।
থুপখিপা — শিখিবা।
চাতি নুংসাংনা — চহী শাংনা।
কোলোল — মমিং।
কোনচীল তুথোকপা — কুরু সিদবগী মচানুপা।
সিপা য়েলনাকাতৌপকি — অশিবা হায়বদু পীগদবনী।
তাইপঙলেলতা — মীওইপোক্পা পানফরিবা মফমদা।
কোইচানারাক্পাতা — কোযনা চৎলকপদা।
সিরোইনুংতা — পীবুকনুংদা।
ব্রাইথুংলারে — য়ৌরক্রে।
নুংশাংনা — য়াম্না শাংনা, চহী য়াম্না।
মিরোললমলাকা — নাউপুরবগা।
য়ীসাইফু — ঈশিং হাপ্লবা লৈবাক্কী চফু অচৌবা।

## লামায় ৩৭

য়ীপাল লাংলুইয়ে — ঈশিং শোকলুইয়ে।
থেললোংতা — য়ুমগী মমাঙ সুমাঙদা।
য়ীমুং লাংতা — য়ুম মনুংদা।
ব্রাংলেন — মতম।
নিঙখলতুনা — খল্লক্তুনা, নীংশিংলক্তুনা।
মপাল লাংতা — মপানদা।

য়ীসাইনুংতা — ঈশিং পুন মনুংদা।
লাইচা আতুপু — ঈশিং অদুবু।
সামু — হকচাং।
খুকলুতা সেংসৌনাতুনা — খুউ শৌদুনা লৈবা।
মিৎয়েং সানখৈরুপাতা — য়েংলুবদা।
য়ীখঙহেক খঙহওনা — ইখঙ খঙহৌনা।
য়াঙলমতাকি — য়াংলেনলোমদগী।
খুৎচেং পাললোইনারে — মখুৎ শম্নরে।
তাইপঙ য়াংকোইরাখিনি — তাইবঙ মীওইবা ওইনা লাকখিগনি।
লাংব্রোন — মপোক অমা।
পোইবৈতোল — পীযাইনুগী মচানুপা অনীশুবা।

## লামায় ৩৯

লাইকি মাপোক লাংব্রোলকুম — লাইগী ওইবা মপোক মীওইবা।
কোইচানাখিপা — কোয়না চৎখিবা।
কংলই — নিংথৌ পানবা লম।
ময়ামপুং — ময়াম্বা অহল, মথক থোংবা।
তাথিতুনা — য়েংথিদুনা।
পালনাতুনা — লৌদুনা।
চহি নুংসাংনা — চহী মতম শাংনা।
নিংথৌ হইরোংঙাঙ্‌ — লুব্রাংদা পাম্লম্বা নিংথৌ অমগী মমিং।
হুয়েল লালদারে — লান মথক্তা তারে, লান তৌররে।
লাইব্রোইখিরাপা — শিপ্রবদা।
য়েকনা তীংখং লৈতানা — কনা অমৎতগা য়েক্না য়েংথিবা লৈতনা।
মীরেপ চারা সমথাতুনা — চাদা নাওদাদুনা।
চাহি নুংশাংনা পাললামলাকা — চহী মতম শাংনা লৈরম্নবগা।
নোংকাথিয়ে — শিখিয়ে।
মিরেপ চাতা নাওতা সমথাতুনা — মচা মশু সুথাং থগ্নমদুনা।

## লামায় ৪১

মি মরোল — মথক্তা লৈরম্বা মীওইশিং।
সিচাতানা — শিবা কৌবা নাইদনা, শিবা লৈতনা।

চেঙ্কইতা — চেঙ থম্নবা মফম।
থুমখোংতা — থুম থোকফম।
ঙাকইতা— ঙা থমফমদা।
সিঙকইতা — শিং লৈফমদা।
ফিকইতা — ফি লৈফমদা।
সিপা নাপা খঙতাপা — নাবা শিবা হায়বদু লৈতবা।
খাম্বি — মৈ।
নোংচুপ হারমতা — নোংচুপ লমদম ওইবশিংদা।
য়াথোকলময়ে — থোরকলময়ে।
অোনথোকপনি — অঙকপনি।

## লামায় ৪৩

পোৎমাঙ চৈমাঙবা — পোৎ চৈ মাঙখিবা।
ব্রারম — ব্রাগী মরম।
তাইপঙ মিকি — মীওইবগী।
মপুক নুংঙাইন হারাওহলপা — মপুক্কীং হরাও নুংঙাইহনবা।
য়ুমথোঙ — য়ুম খুদিং।
খুৎলৌ — মাইবনা য়েংনা পাউতাকপা।
লাইতাইপঙ পালপানা — লাইগা মীগা শম্নৈ।
মাফি মরোল — শেৎ-ইনলিবা ফিজেৎ।
শারিক — মাইবীনা পায়বা খিংনবা মখোল থোকপা অমা।
লাইকি মাপাও — লাইগী পাউজেল।
পললেম য়ীনুং — ইমাগী পীবুকনুং।
সিয়োননুংকি — পীবুকনুংদা মীরোললিঙৈগী।
নামু পোংথোকপা — মীওইনা পোকলকপা।
ব্রাথিমুতাপানা — ব্রারী ব্রাখোং খঙনবা থিদবনা।
পায়মা — পুক্কীং।
য়ীরৈ চল — তুফক তুফাইনবা।
ব্রাইতুং ফমবি — অরেপ্পা পম্বুংফম, অরেপ্পা ব্রাহৈ।
ফমলেল লুচীংতালফঙপা — নুংঙাই য়াইফবা।

চইনৌ — সনা।

তাইপঙ ফংঙামপাপু — মীওইপোক্লা ফংবা ওম্বু।

## লামায় ৪৫

খোইয়ম — লাই নুপীনা লাইনিপাগী মথৌ পাংবা ওম্বী লাই নিপাগী মথৌ তৌওম্বী লাইরেম্মা।

লাইরোল — লাইগী ওইবা মরোল।

লাইপাও — লাইগী মপাউ।

লাইকি থৌতীঙ — লাইগী মথৌদি।

খোইয়ুম পাওচেল — লাইনা তাকপীরকপা ব্রারম।

শারিক লাইনৌতাপাকি — লাইপাউ পীবী মাইবী।

ব্রাহমনাচাখিয়ে — ব্রাহং পাওহংচখিয়ে।

চেঙপা খুৎলৌ — মাইবানা চেঙ হৈদুনা য়েংলগা লাই পাউজেল পীবা হায়বা।

মপাওখোল — মহাক্কী ব্রাহায়।

নোংতম — নোংমা নুমিৎ অমদা ।

নোংতমপাকি — লাইনা পোকপী থাবীরকপগী।

সিলনৈ লোমপাসা — খঙদা উদবা পূম্বশিং।

তুলৈ য়ীলৈ চলপার্শা — পূক্লীং লৌশিং থোক্তবশিং, তুফক তুফাইনবা পূম্বাশিং।

ব্রাইথুং — য়ৌবা।

ফমপী — অচঙবা।

তওরাং — ফক।

লুতুং সমলাং খোইপাক শা — নাবদগী তুংগী শম মতুম তারবা।

## লামায় ৪৭

থারাই লাইকলনা — য়ুমদা অনাবা য়েংবা।

কাওরেল — অথোইবা ষণ।

নামুপোংথোকপা — মীওইবা ওইনা পোকপা

পোল সেমবিরাপাকা — লৈফম শেম্বীরবগা।

থৌতীকনানা — থৌদা পাঙথোক্লবা ব্রাহায়।

ব্রালহমখিয়ে — ব্রা হায়খিয়ে।

চীঙ্ঙু — লাই।

থৌতীখোল — থৌদা ব্রাহায়।

লাইকি কোলোতুপু — লাইগী মব্রাহায় অদুবু।

হংচালাকয়ে — হংজরক্লে।

তওরাং — ফক।

মোললাং — কোক থাংনবা মোন।

মাইথা — ফৈজুপ।

য়াহিপ — তৃমবা।

থৌখল — মনাক্তা ঙাক-শেন্না লৈবা।

কোইচানাপাসা — কোয়না চৎপা ব্রাখল লৈতাদবাশা।

লামায় ৪৯

মিপুম খুতীংন — মী পূম্নমক্লা।

তাইপঙ্সিং — মীওইবশিং।

মপুকতা খললে — পৃক্লীংদা খল্লে।

অইসুঙ — ঐসু।

তাইপঙসা — মীওইবশা।

মিরোইপাশিংনা — মীওইবশিংনা।

হংয়ী — হংডি।

লামায় ৫১

ব্রাথি — ব্রাহায়দুগী মরম থিবা।

ব্রামুলতাপাসা — মমুৎ তানা খঙদবা-শা।

থোইনা — হেন্না।

মোনুনা — নুপী ওইবীনা।

খমনুঙ সাব্রাতাল — শিবা।

আমল য়াইথোঙ থারৈকুম — থব্রায় হকচাং কায়নদুনা শিরবা।

লময়াই কাইপুথিল — পোৎলোইবা।

পললেমকি — ইমাগী।

নোংথৌ — নোংদোনথক

থাকললাং — থাক্কল খলবা।

খামবি মৈতারেং — মৈ কম্না চাকপা হৌবা।

মইসালাং — মৈনা চাকপা।

মাললেম — লৈবাক ।

মাপোক্‌ মিহলতমনা — মপোক মীওইবা ওইনা অমুক লাংওন্দুনা তাইবঙদা পোকপা।

কৈতাপু — করিদবু।

ব্রাহমলাকয়ে — ব্রারমদুবু হংজরকয়ে।

মতৌ নুংঙোলকি — পূক্লীং শুমহৎপা মওং মতৌগী।

য়ীখাঙফম — খাঙঙেলফম।

খাংপোক সঙলিংব্রাই — শুমাঙদা অশিববু ঙাইহাক থম্নবা শাবা শঙ অমগী মমিং।

চংবি লারাক — চংবী কৌবা লফুগী মনা, লা।

যাহিসাংতাবাপাক — হকচাং শাংনা হিপতুনা লৈবা।

লামায়্‌ ৫৩

ফিকোই — ফিনা কোইশিনবা।

মাসাক তমলে — মশাক মান্নবা শারে।

লৈসি লৈথোলনা — ফজবা নীংথি ব্রাহায় ব্রাতানা শৈথাদুনা হায়বা।

তেংথা — তেংনা হায়বা, খাকপা লৈতনা হায়বা।

নাওরৌনরাপাকা — থোৎনা নৌনা হায়বা ব্রাঙাঙ।

নুংসি নুংব্রোন মিকপলে — নুংশিনা মাগীদমক কপলে।

অসি পোৎলোইসুনা — অশিবগী মপোক মচৈ ব্রাৎতনা।

বুফোং হোংপা — অশিবগী মপোৎ মচৈ তমদুনা থৌরম পাঙথোকপা অশিবগী থৌরম।

অসিপা সাকৈ — শিখিবা মীশিং।

তাকপী তীকপীতুনা — খঙনবা হায়বী তাকপীদুনা।

কোলোই — মিংখৈ।

সকসোলতুনা — শোন্দুনা শৈশক্লুনা।

লামায়্‌ ৫৫

অচাপোৎ — চানবা পোৎ।

য়ীখোইসুং খ্বাইসুং — ঐখোয় পুম্নমকসু।

ব্রাংলেল — মতম।

ব্রারমপু — উরক খঙলক্লবা খুদিংমকপু।

নাতাইরেম য়ীখোয়্পু — ননাই ওইরিবা ঐখোয়বু।
সিপা হাইপা থৌতম অসিপু ফংচরাকে — অশিবা হায়বগী মতৌ অসি ফংজগে, অশিবা ওইজরগে।
থৌচাল ললকুপীয়ো — চানবীদুনা পীনবিয়ে।
হাইচানারে — হায়জরে।

## লামায় ৫৭

লোলথুপনানা — খঙহন্দনা, অরোনবা ওইনা।
পীথোকনিংতাপাপু — পীনিংদবা, পাম্মুবা।
থৌব্রোংসিভী — থবক অসিদি।
নুংব্রোন তাইপঙসিংনা — পৃক্লীং হোংগনবা মীওইবনা।
লৈসি নোল্লুক্লনা — হায়জবা নোঞ্জবগা লোয়ননা।
নোংতমবিরে — পীনবিরে।
কাইফাতাপানা — হেন্দোকপা য়াদবনা।
য়ুমথোং খুতিং — য়ূম পূন্নমক।
হাঙতারে — ফংদবা লৈতবা থুংদবা য়াওদরে।

## লামায় ৫৯

করি মতৌনো — করি তৌদবগীনো।
নখোইখ্বাইকি নাপালতাকি — নখোয় পূন্নমক্কী নতেংদগী।
ব্রারিনাতুনা — ব্রারী শানদুনা।
মাপোক মাচৈ শাংনা তামপাসুং — মাগীদমক পোৎ খাক্লুনা থম্বু।
হললকতারাপাতা — লাকতরবদা।

## লামায় ৬১

তকসি সিতংসোলনাতুনা — লাকচৈ হায়বা উৎনবা ব্রাহৈ ওইনা ঙাঙনবা, উৎনবা।
কোইনা থিরাকনারাকয়ে — মক্কম খুদিং থিবা হৌরক্লে।
লোৎখারে — উহন্দরে।
মাথৌ মাঙাম আয়ামপাপু — থবক থৌরম খুদিংমকপু।
ব্রুহালতাতুনা — খঙহন্দদুনা।
মাঙখারে — খঙখিদরে।

মিরেন চান্না সমথানাপা — মীওইবনা চাদা নাওদাহৌনবা।

লামায় ৬৩

লৈরাং — মউ নেম্বদা লৈশাৎ তম্বা লৈ।
হইরাঙ — হৈ।
লাইনুরাসিংকা — লাই নুপীশিংগা।
কোলোমিংলেল — মমিং অথোইবা।
আয়াং খমকোল — নুংশিৎ।
লাইপুংথৌ — মায়কৈ পুবা লাইশিং।
সিংঙেল — মউ অচৌবদা শাৎপা লৈ।

লামায় ৬৫

নামি খমকোল — লিরি লিরি শিৎপা নুংশিৎ।
থৌকললি — মনাক নক্লা শেম্মরম্মী।
ব্রুমঙ মাইকোই খুতীঙত — উমং ব্রামং খুদিংদা।
নীংথিপীশিংনা — ফজবীশিংনা, মীৎচুবী।
লাইনুরা — লাইরেম্বী।
লাইয়ীংথৌ — তাইবঙ মপু।
খুৎলাম তোইনা কৌসিলবি — খুৎ হৎলদুনা কৌশিনলি।
লাংপুম লোলতা — হৌরকফম মপুদা।
হয়ী হয়ী হেয়ী য়ো — তাইবঙবু শেম্বী শাবীবা ইপা ইমা ওইবীরিবা মপু-ও।

---



অইবগী ফোংথ্রবা লাইবিকশিং